# বুদ্ধনা তূম্লিবা লমদুদা

সলাম তোম্বা



সনাহনবী পব্লিকেসন্স, তৌবুল, মণিপুর

ꯕꯨꯗ꯭ꯙꯅꯥ ꯇꯨꯝꯂꯤꯕꯥ ꯂꯝꯗꯨꯗꯥ

# বুদ্ধনা তূম্লিবা লমদুদা

(লমকোয় ৱারী)


সলাম তোম্বা





সনাহনবী পব্লিকেসন্স, তৌবুল, মণিপুর

# Budhana Toomliba Lamduda

A travel-writing by **Salam Tomba**

# বুদ্ধনা তূম্লিবা লমদুদা

(লমকোয় বাবী)

**সলাম তোম্বা**


| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | নিংথৌকাবা ডিসেম্বর ৩০ ২০১৩ ইং |
| অফোঙবা | : | সনাহনবী পব্লিকেসন্স তৌবুল, মণিপুর |
| কপী মশীং | : | ৫০০ |
| হক | : | অইবগীনি |
| ফংফম | : | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল অমসুং অইবা মশা |
| মমল | : | লুপা ২০০/ (লুপা চনী) |
| মখুমগী ফোটো | : | নুআ সঃবগী চাংখত্তা লৈবা চেডী (Chedi) |

ISBN 978-81-921163-4-1




---


নম্ফম ঃ লমথানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

To

Kade and her parents

who received me warmly

# পুন্নিংগী ৱা

ঐ লমকোয় বাৰী অমতং ইনিংলকপা কুইৰে। ঈথিল অসিমক্তি ওজা কুঞ্জমোহন্না ইবা 'জি ডি আব ডাইৰি' পাকুবদগী ওইখি। অসুক কুইবসি পাঙথোকপা ঙমদনা, তাঞ্জা ফংদনা লাকপনি। অদুবু ঐসি তাঞ্জা অমতংবু ফংলবদি নাম্বাকহল্লবোই খন্দুনা পৈশা চঙনা পাসপোর্ট শাদুনা লৈনবনি। নীংবু নীংলবদি খম্রাংচাকসু উচুক ওল্লি হাযবদুনি। ২০১১ গী মেগী তাং ৩ দগী তাং ১০ ফাওবা থাইলেন্দ চৎপগী তাঞ্জা অমা ইচা চাওনবা সদানন্দনা পীবক্লে।

ঙসিদি লমকোয় বাৰীসু সাহিত্যদা মযাযগী ফমফম অমা ফনবা ঙম্লে। অদুবু লমকোয় বাৰী কমদৌনা ইগনি হাযবা অসিদদি মত কযা লৈবি। মখল কযাসু লৈবি। ট্রাভলোগ হাযবগা ট্রেভেল ডাইৰিগা মান্নফম থোক্তে। ট্রেভেল বাইতিং হাযবনা চুমথ্রা হাযবসু লৈবি। চেম্বরস ডিক্সনাবিদদি ট্রেভেলোগপু অসুম্না হাযবি A travelogue is 'a talk lecture article or film on travel ' অদুবু অযাম্বা ক্রিটিকশিংনদি ট্রাভলোগ হাযবগা ট্রেভেল বাইতিংগা চপ মান্নবা অর্থদা শিজিন্নবি। মীওই খবা অমসু লৈবি মখোয়দুনদি খল্লি, "Travel writing is the accounts of strange places and eccentric people or useful for mountaineering expeditions ' ওইনিংবা ওইবসনু, মবমদি Shobhana Bhattacharji না হাযবা ৱাফমসি ঐ লৌবে। মানা হায In fact consolidation of genre is exactly what is tough about travel writing there is not even a consensus on what it is or from when it came to be acknowledged as a genre "

ওইনিংবা ওইবসনু। ঐ ইবগে হাযনা লেপ্লে। অদুদি কমদৌনা ইনি। লমকোযবা মখল কযা লৈবিবদুদা ঐদি লাইফম চৎপা, তীর্থ কোযবা অমগুম চৎপসু নত্তে, অদুগা ট্রেভেল্লব অমসু নত্তে, টুবিষ্টনি, ওফিসাব অমগী খোঙচৎসু নত্তে সাইন্সকী থিজিনখাৎচিনবা চৎপসু নত্তে। অদুদি ঐনা কবি ইনি। মতাংসিদা ঐনা ক্রিটিক খবগী মত লৌবে। মখোযনা হাযবি, "The subjective perspective is the only mark of travel writing " মসি ঐ যানিংঙি। লম অমা যেংবা চৎপদা ইশা ইশানা থেংনবকপা, উবকপা পাউদমদু ফজবগা লোইবে। নিযম্না পুনবা যারোই। সবজেক্তিব এলিমেন্ট যাম্না মক ওই। পাউদম্বু হৈত্রবদি মদু ট্রেভেল বাইতিং ওইববোই। ট্রেভেল ডাইৰিগী মওং দা চৎথ্রনি। অদুনা ঐ ফজনা পাউদম্বা ঙম্নবা হোৎনবগে খল্লে। অদুদি কমদৌনা ফজগনি। মতাংসিদা ঐনা থাফম অনীখক লৌখৎলে। ট্রেভেল বাইটব অমনা চেকশিনগদবসি ঃ

(i) The freshness and wonder of the traveller's response and meticulousness in recording what a person, a town or a landscape looks like

(ii) Descriptions- as factual as possible

মসিমদি লমকোয বাবী ইবিবা মীদুগী হৈ-শিংবা চাংযেংনি, মানা অপাবশিংদা পীগদৌবিবা খুদোলসু মদুনি। অদুগা ইতোপ তোম্বা বাফম অমনা শোক, তাবিখ, ইতিহাসর্বা মচাক হাপচিন্দ্রবদি লমকোয রাবী অদু মথাই পান্দবা অশিবা ওইগনি হাযবসিমসু ঐ কাউবা নৈতে।

অদুনা পূল্লিংদা, বাখন্দা বাফম খবসি থম্লগা ইনবা হোৎনখি। ইনা ইনা বাফম অমসু কাউদে। মদুদি Henry David Thoreau গী বাফমনি। মানা হায, It is not worthwhile to go around the world to count the cats in Zanzibar " Zanzibar" হাযবসি Tanzania গী লম অমনি sq mile 640 চাউই। Pemba না মসিগী কোনুংনি। কযাদা চুমথ্রবনো। অদুনা ঐ থাইলেন্দা হৌদোং মশীং থীবা চৎপা নত্তে, হঙোই মশীং থীবা চৎপা নত্তে। ঐনা উজবা খবদু তগং তগং তেন্না মিংমাঙদা হেক চোংথোক্লা, ঐগী থমোযদা উবগা-তাবগা খঙলকপা, মাঙবনপদু থমোয শেংনা হেক পাউদম্বনা ঐগী পান্দম ওইবগে লেপখি।

অদুনা ঐ মীনা তৌনবগুম লম কোযকপা হল্লক্রগা যুমদা নে তানা যম্লগা নীংশিং নীংশিং ইবদু পামদ্রে। ঐগীসি ফোঙ ফোঙ শাবা পাউ ওইনা চৎনা চৎনা ইবা ট্রেভল বাইতিং ওইবগে লেপ্লে। অদুনা ইবিবনি ঐনা 'বুদ্ধনা তূম্লিবা লমদুদা' কৌবা লমকোয রাবীসি, অউ-অউবা, খুদক্তা।

ঐগী পাউদমদা যজবা-কজদবা, পেনবীবা পেনবীদবা হাযবদুদি অপাবশিংনা লেপ্পীবসনু। মতাংসিদা ঐনা ইজবা খবদু মকোক্তগী লোইবা যাওবা কুপা পাবিদুনা অশোয অঙাম তাকপিবকখিবা ঐগী মরুপ সৌবাম তোম্বা লুবাংবু পুন্সিগী কাউগদবা নৈত্রে।

অবোইবদা ঐনা কাউগে শুকঙম ঙমদবা থাইলেন্দগী ইমুং অদুগী মফমদা করিনা লমন শিংগনি। ঐনা লাইবিক অসি মখোযগী মফমদা পূমকৎ কখোকপা অসিনা মখোযনা পেনবীবসনু।

অথুবা মতমদা ফোঙনবা হোৎনবদা রাবিখিবা লমযানবা প্রিন্টর্সকী ইচা অতাঙ ফমদোম অমদি ওজা তাউবেম মঙ্গীবু তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

-সলাম তোম্বা






থাইলেন্দগী মেপ

থাইলেন্দগী ফিবাল

গী লম-সাইবেবিযা (নোংচুপ অমসুং নোংপোক) অমদি অতৈ লাপ্ত-লাপ্প লম মচা খবা অমগা থল্লি।

অদুনা থাইলেন্দ অসি খা-নোংপোক এসিযাগী লৈবাক মচা অমনি হাযবদা লাল্লবোই। খা-নোংপোক এসিযাগী পাক চাউবসি স্কাব কিলোমিটব ৪৪৮১ ৫ নি। মসি পৃথ্বী অসিগী পাক চাউবগী চাদা ৩ ৩৬ নি। খা-নোংপোক এসিযাগী লৈবাক ১০ অসিগী মনুংদা ইন্দোনেসিযা না খ্বাইদগী হেন্না চাউই মসিনা খা নোংপোক এসিযাগী পাক চাউবগী চাদা ৪২ ৫ নি। মসিগী মথঙদা ম্যানমানা চাদা ১৫ নি। অদুগা অতোপ্পা লৈবাক মচা ৮ অদুনা পুল্লপ (থাইলেন্দ যাওবগা) পূন্না চাদা ৪২ ৫ খক্তনি। মসিগী মনুংদা সিঙ্গাপোব অমদি ব্রুনি হাযবা লৈবাক মচা অনী অসিদি সিটি স্টেট হাযবদুনি।

থাইলেন্দ অসি মহৌশাগী খুৎশেম যেংলগা অমুকসু শরুক ৪ খোল্লা খাযদোকই - (১) অৱাংথংবা থাইলেন্দ (২) অৱাং-নোংপোক থংবা থাইলেন্দ (৩) মযাযথংবা থাইলেন্দ অমসুং (৪) খা থংবা থাইলেন্দ।

(১) অবাংথংবা থাইলেন্দ লমদম অসি চীং মানগী লমনি। তুবেল ৪ না চপযুংনা খা-বাং শাংনা, লাওবা মান্ননা চেঙ্গবক্তুনা লমদম অদু শরুক ৪ খোল্লা অমুক খাযদোল্লি। তুবেলশিং অদুদি পিং তুবেল বাং তুবেল, যোম তুবেল অমদি নান তুবেলনি, হাযবিবা তুবেল ৪ অসিনা অমুক নাখোনসবান সহবগী মযাদা পুনশিন্নবগা চাউ ফ্রাযা তুবেল কৌদুনা থাই সাগবদা তাববি। লমদম অসি উ মবাং কাযনা হৌই, মকওইবা মন্ধ-মবাংদি ফৌনি। লৈঙোই তাবা, চীংলৈবাক ওইবনা হবাই মখল কযা থাবদসু যাম্না খুদোং চায। টিক পাম্বীসু মবাঙ কাযনা হৌই।

(২) অৱাং-নোংপোক থংবা থাইলেন্দ লমদম অসি থাইলেন্দগী শরুক ৩ থোকপগী অমা চাউগনি। অতোঙবা লৈহাও চেনবা লমদন্নি। নোংপোক্রোমদা খবা চেপথৈ। মেকোং তুবেলনা মাযকৈ অনী কোযশিনবা লমদমনি। অযাম্বা শরুক উমং-ৱামংনা থনবা লন্নি। অনেম্বা মযমদা ফৌ, চু, হৱাই, লশিং, আলু, হিদাকমনা অসিনচিংবসু থানৈ।

(৩) ময়াযথংবা থাইলেন্দ লমদম অসি মকওইনা শরুক অহুমথোক্না অমুক খাযদোকপা যাই। (১) মথক্তা পনখ্রবা তুবেল ৪ অদুনা তম্পাক তাবকপগী লৈহাও চেনবা লমদম। (২) লৈতেম মান্নবা, তুবেল ৬ না ঈশিং পীবিবা ময়াযথংবা তম্পাক্কী লমদম। (৩) নোংপোক থংবা চাম্বাবুবি অমসুং বেন-থাঙ চীংজাউ অনীনা চপ্লিবা লমদম অমদি সমুদ্র তোর্বানগী লমদম।

(৪) খা থংবা থাইলেন্দ খা থংবা থাইলেন্দগী শরুক অসিদি মালয পেনিন্সুলা লমদমগী শরুক তঙ্খায অমা কন্দুনা লৈবি। শাংনা চৎখ্রিবা শামু মনাতোন মানবা লমদম অসি থুংনা তেনাসেবিম কৌবা চীংশাং অদুনা শন্দোকখ্রি অদুগা মলযাসিয়া মনুংফাওবা যৌখ্রি। তুবেল কযা চীংশাং অসিদগী হৌবগা নোংচুপ্তা আন্দমানগী সমুদ্রদা অদুগা নোংপোক্লোমদনা থাই সমুদ্রদা তাক্লবি। মকওইবা তুবেল খবগী মমিং পনবা তাববদি তাপি, পটানি, ট্রাং তুবেলশিং পনবা যাই। লমদম অসিগী মকওইবা পোখোক্তি উমংগী পোখোক্লি। ববব পাম্বী মবাঙ কাযনা থাবি। ফৌসু থানৈ।

ঈশিং-নুংশিৎ থাইলেন্দ অসি ভাবত মহাসাগবদগী অমদি থাই সমুদ্রদগী হুন্নকপা মৌসুমী নুংশিৎনা মতম পূম্বদা নোং মবাঙ কাযনা তাই। নুংশিৎ ফজনা শিৎলি। নিংথম থাদসু নোং তাই। থাইলেন্দগী লমগী চাদা ৬০ দি উমংনি। অদুনা উ মবাং কাযনা যংগি।

লৌউ-শিংউবা ১৯৯৭ কী বেকোর্দ মতুংইন্না থাইলেন্দনা খা-নোংপোক এসিয়াগী ফৌ পুখোকপগী অহুমশুবা লৈবাক্লি। চুজাক পুখোকপদসু অহুমশুবা লৈবাক্লি। অদুগা ববব পুখোকপদদি মালেমগী ওইনা থাইলেন্দনা মকোক থোংলি। মলযাসিয়া, ইন্দোনেসিয়া অমদি থাইলেন্দ লৈবাক ৩ অসিনা মালেমগী ওইনা চাদা ৭০ ববব পুখোক্লি। চু পুখোকপদসু মালেমগী ওইনা ৪ শুবদা লৈবি। অদুগা খোংদগী থোকপা পোৎশিংগী মনুংদা টিন পুখোকপদদি থাইলেন্দনা খা-নোংপোক এসিয়াগী মনুংদা মকোক থোংলি। লশিং পুখোকপদনা ২ শুবদা লৈবি।

ঐনা চৎকদৌবিবনা অসিগুম্বা থাইলেন্দ লমদম অসিগী নোংচুপ মাযকৈদা লৈবা, বেঙ্কোক্তগী কিলোমিটব ১৬০ বোম চৎলগা লৈবা ফেৎবুবী (Phetchaburi) প্রোভিন্সতনি। প্রোভিন্স অসিগী কোনুং মুআং (Muang) সহবদা ২০১১ মেগী তাং ৪ দগী ১০ ফাওবা লৈরুগদৌবিবনি ইচাগী মতুং ইন্দুনা।

# ১

## থৌরাং অমসুং খোঙশানবা

থৱাযসি নিক নিক লাউনা নীনি হুন্নিসি শোযবদ্রা হাযনা বাকববা মতুংদা ঙসিদি চৎপদা তাবে। ঙসি মেগী তাং ৩, ২০১১, লৈবাকপোকপা নুমিৎনি। ঐনা থবায বাকবগী মবমদি ঙসি থাইলেন্দ চৎনবা টিকেৎ কক্লবা অসিদা ঐগী পাস পোর্ট ভিসা, টিকেৎ খূৎনা ঙবাং গী নুংথিল পুং ৫ ফাওবা পাযদ্রি। পূন্নমক ইচানুপা অতোনবা সদানন্দনা বেঙ্গলোবদগী থাগ্রগা এযাব ইন্দিযাগী স্ট্রাইক্লা মবম ওইদুনা ঙবাংগী পুং ৫ ফাওবা ইম্ফাল যৌবকপা ঙমদ্রে। ইচানা ইন্টবনেৎতা থিগৎপদা কোলকতাদা পন্দুনা লৈবে হাযবদি খঙলে। প্রোফেসনেল কোবিযাব সর্ভিস হাযবা এজেন্সি অসিদা ইচানা বেঙ্গলোবদগী এপ্রিলগী তাং ২৩ দা বুক তৌখ্রে হাযবরবনি। ফোনগা ফোনগা ইচাগা ঐগা, এজেন্সিগা পাউ কন্না চৎনবদগী উচিন নাচিন্না অতোপ্পা ইন্দিগোগী ফ্লাইট অমদা এজেন্সি অদুনা হাপ্পীবকপদগী ঙবাং নুংথিল পুং ৫ তাবদা খূৎনা পোৎলমশিংদু পাযবা ফংজবনি। পাস পোর্ট তান্নবদা বাবা, ভিসাগী বা পূন্নমক অদুদি মীযাম্না থেংনবিবা অৱাবদু অদুম থেংনখি। মসিদা সেভেন সিষ্টর্স এজেন্সিনা চাউববা মতেং পাংবিখি। ভিসাদি ইচানা বেঙ্গলোবদা লৈবা থাইগী এজেন্সিদগী লৌবগে হাযদুনা ঐগী পাসপোর্ট মতম চানা থাখিবনি, মানসু পাসপোর্টতু ফংবগা ভিসা লৌদুনা ইম্ফাল টু কোলকতা কোলকতা টু বেঙ্কোক এযাব টিকেট, হল্লকপগী যাওনা কত্তুনা মতম চানা থাবকখিবনি। অদুবু তাবিবা দশা অসিনি।

অদুবু ঙসিদি টুলিহল এযাবপোর্ট অসিদা ফম্বা ফংজবে। পাইগদবা মতমদি নুমিৎযুংবা পুং ১২ তাবদনি। অদুবু ঐদি চৎনীংবনা অযুক পুং ৭ অদুবাইদগী অদুম যূমদগী থোক্লক্লে। মসিগী মবম লৈবি। টিকেৎ অসি এযাব ইন্দিযাগীনি। ঙসিসু ফ্লাইট কেন্সেল তৌববদি অতোপ্পা ফ্লাইট অমা নৎত্রগা অমা ফাদুনা ঐ কোলকতা ঙসিমক যৌদবা যাদবনি। নৎত্রবদি হযেং তাং ৪ গী বেঙ্কোক ফ্লাইট তিকেৎ মাঙজবা তাবনি। ঙসি ১০ নিমুক শুবে, এযাব ইন্দিযাগী কর্মচাবীশিং, মকওইনা পাইলোৎশিংনা স্ট্রাইক তৌবক্লিবসি। লাই লৈতে কবম হাযগনি, ঐনা লাইথোঙ খুদিং খুকমজবা অদুনবা, ইখুঙ্গংবু কোনবীবিবা ইবুধৌ সোবাবেল, যাঙ্গোইনিংথৌ অনীবু চেৎনা থাগোন্নজবকপা অদুনবা, লাউথোক্লক্লে, ঙসিদি কোলকতা যৌনবা স্পেসিযেল ফ্লাইট অমদি শোযদনা

থাবনি, পেসেঞ্জরশিংনা বোর্ডিং কার্দ লৌবীরো হায়না। ঐ হবাউবনা লৈফম চাফম খঙখিদে। ঙবাংদগী চাবা থকপা নীংখিদ্রবনি, ঐ কবি ফি পুনি খনখিদ্রবনি। অহিংসু তূম্বা যাদনা ঙসিগী ফ্লাইটকী খননদা লৈত্রাবকত্রবনি। পূম্নমক নে তাজবে। বোর্ডিং কার্দ পায়দুনা অবোইবা সেক্যুরিটি চ্যেক তৌবে, স্পেসিয়েল ফ্লাইট অদু লাকপা ঙাইদুনা লৈবে। স্নব হোন্দোক্তুনা টি ভি যেংদুনা চাউববা হোল অসিদা ফম্বা ফংজবে। অদুবু বানদি নাবি, ফ্লাইট যৌবকত্রি, তম্বা ঙমদ্রি, কৈনোমা হেক্তা হায়বব্রবদি ঐ লোইনা তোক্রে, অতোপ্পা ফ্লাইট অমত্তা লৈত্রে। ঐখোয়গীসিনা অবোইবা খুদক্কী শীল্লকপা এয়ার ইন্দিয়াগী স্পেসিয়েল ফ্লাইটনি, সেদুাল ফ্লাইট নত্তে, চার্টর ফ্লাইটনি হায়বে। অদুনা ঐ লাই খুরুম্বা তোকচদে। চৎনীংঙি ঐগী অহাননবা মীবৈবাক চৎপা খোঙচৎনি। লাইনা যাবোই, মোনে চৎপদা তুম্মু যাওবদি ম্যানমাগী লমদম অদু হৌখিবা চহীদা চঙলুবে। অদুগা ত্রিপুরা চৎপদা বাংলাদেশকী চেক পোষ্ট অদুদা খোঙকাপ অহুম দংদি থাংজিল্লম্লে।

ঐগী ইন্দকী থাইলেন্দগী খোঙচৎ অসিমক্তি ঐগী থৌবাং অমতা যাওদে। সবকাবনা থাবসু নত্তে সাহিত্যগী চৎপসু নত্তে ইচা পোকচমন্নি, বেঙ্গলোরদা এম সি এ তম্বা লোইরগা মাইসীস র স্পেনীদা থবক তৌদুনা লৈবিবা ঐগী ইচা (নুপা-নুপীগী) অহানবা সদানন্দনা শীন্নকপা খোঙচৎনি। মাগী মতুং ইন্দুনা চৎকদৌবিবনি। মানা বেঙ্গলোরদগী বেঙ্কোক্তা ঙসি অহিং পাইখ্রগনি মফম অদুদা মানা ঐবু হবেং ঙাইরমদৌবিবনি। মহাক হৌজিক বেঙ্গলোরদা MISYS Company গী Computer Engineer ওইনা থবক তৌবিবনি। ICFAI Hyderabad তা MCA লোইরগা Campus placement পীদুনা চঙখিবনি। ঐনা ঙসি কোলকতাদা লেক্লগা হবেং অয়ুক পূং ১২.০০ দা বেঙ্কোক্কীদমক পাইরদৌবিবনি। ঐখোয় অনীনা থুংলুদৌবিবা মফম্না বেঙ্কোক্তগী পূং ৩ লোম বাবনা চৎলগা লৈবা যেটবুবী প্রোভিসকী মুআং সহর অদুদনি।

নোংমা অথেঙবা অহিংদা ইচা সদানন্দনা কোল অমা তৌবকখি। ঐদি মৈ লাক্লবদি থেঙনা লাইবিক পাবসি ঐগী হৈনবীনি। নুমিত্তু ঐ লাইবিক পাদুনা লৈবনি। মানা থাজদনা থেঙনা কোল তৌবকপদুদা ঐদি পাবু পাখৎলুবে। অদুগদি নুংঙাইবা পাউ ওইবম্লে। মাগী রাহৈদা "ররা। নঙ থাইলেন্দ চৎপা যাওগেরা? ঐ ইমান্নবী অমগী ইমুং মনুংগী লুহোংবা চৎলুবা তাবি।' ঐ খুম্মম খঙখিদে, হবাউবনা লোইখি। থুনা খুমখি

- কযাম থুবনো?
- মে তাং ৪ দা মখোয়দা থুংলুদৌবনি।

ঐনা খল্লি, ঐগী কবি অচিননা লৈ। কৈসু থোইনা থবক লৈতেনো। ঐগী লম চৎনীংবদু মথি ফোংলকই। অদুনা ঐনা থুনা খুমখি।

- যাওগে। মনাওবা ।ইপা যান্না চৎনীংঙি। (ঐনা ইচাবু অতোনবনি হাযদুনা নুংশিনা "মনাওবা" কৌই)।

- অদুদি ববাগী পাসপোর্ট হযেংমক থাবীবস্লো। ঐনা মসিদা ভিসা লৌবগে। টিকেটস্তু লোইনা ঐনা চৎপগী হল্লকপগী শেল্লগা থাবক্লগে।

- হল্লকপদি তাং কযাদা

- তাং ১০ দা হল্লকসি।

- ফবে, হযেংমক পাসপোর্ট থাবক্লগে।

খুমদোকখ্রে। ঐ লৈফম খঙদ্রে। নুমিৎ ২০ নিমুক্কী মনুংদা ঐ থাইলেন্দ চৎলনি খল্লুবদা নুমিদাংদু তৃম্ফম খঙদ্রে। ঐনা মমাদস্তু পাউদু তল্লে। মাসু যাওনীংঙি হাযবে। অদুবু লুবিবদি মাগীদি পাসপোর্ট শাদ্রি। শাবস্তু নংলবোই। ঐগীদি মীবৈবাক অমুগুংদি চৎকে খন্দুনা পাসপোর্ট শাবা কুইববনি। যাদবনিনা ঐদা চৎপা তাবে। মাগী থাইগী মমান্নবী অসিগী মবমদা নোংমস্তু মানা হাযফেৎ পনখ্রে। বেঙ্গলোবদা খঙনবনি হাযখিবনি। হৌজিক্তি মযুমদা লৈদুনা সবকাবগী থবক অমগী পবিক্ষা যাওখ্রে হাযবনি। মহাক্তস্তু বি সি এ নি হাযব্রা এম সি এ নি হাযব্রা অমনি। অমুক্তং কোববকউ হাযদুনা মাদি অমুকস্তু চৎলুববনি। ইমুং মনুং যাওনা খঙনববনি মাদি। সদানন্দনা ঐবু হন্দক পুনিংলিবসি মবম অমদি লৈবস্না যাই খন্দুনা ঐ নুমিদাংদু তৃম্না থেমখি।

নুংথিল পুং ৪ বোম তাববা অসিফাও প্লেন থুংলদ্রি। অখন্নবা ফ্লাইট চৈবনা সেদ্যুলগী মতম কাযখ্রে। লাউথোক্লকই অমুক, চিখহৌবশিং সেক্যুবিটি চোক থুনা লোইশিনবীনবা, মিনিট খবগী মনুংদা প্লেন থুংলবনি হাযদুনা। শাউনিংলিবনা খোঞ্জেল অদুনি, ইংবাজী উচ্চাবন শেংদবা, মখোল বৌ বৌ লাউবা নুপা অমনা কস্থা কলেংননা লাউথোক্লকপদুনি তানীংদ্রিবা। নুপী এনাউন্সব অমত্তং থম্বদা কযাম লুবা বানো? কোলকতা, দিল্লীদা নুংশিনা লাউহৌবদু নীংশিংলকই। তানীংদে, নুপাসিগী খোঞ্জেলসি, শুক্তা হেক তানীংদে, মযেক মশোলস্তু খঙদে, শ্রু শ্রু নৈশিল্লি। টি ভি অনী ফব্লাংদা চাউথ্রোক চাউনা নপ্তুনা মীযাম্মু নুংঙাইনা থম্বীবিবা ঙাইফম হোল অদুগী শান্তি অদু খোঞ্জেল অদুনা থুগাইবিবে। মখোযনা খিল্লিবা suggestion box অসিদা থীনা ইবগা থাদবমসিবা খল্লকই, অদুবু ইদুনা থাদবদি থাদবমদ্রে।

ঙাইহাক লৈবগদি এযাব ইন্দিযাগী থেঙথববা স্পেসিযেল ফ্লাইট অদু থুংলবে। থব্রাযসি খঙচাউ চাউই। খল্লি ঐ চৎপদি তাবমাল্লে। যামদ্রবদা কোলকতাফাওদি যৌবনি। নুংথিলগী পুং ৪-৩০ দা পাইখৎলে, চীংলোন মাপল লাল্লে। ঙবাংদগী লাংতক্লবনা

তুমযম চাফম খঙলকত্রবদুনবা খঙদ্রে, ঐদি উইবে প্লেন মনুংদা। অতিযাগী ফজবা, লৈচিলদা ঙাওজবা ঐ ঙসিগী ওইনদি বিদায লৌবে। কোলকতাদা দাইবেক্ত যৌবগী টিকেৎনিনা ঐ থওইদ্রে। তুমথকবমাল্লে।

ঐনা মিৎকপ থোক্লকপদা প্লেন্দু তাগদবগী নেমথবা হৌবল্লে। হেক তাবগা মী হৌগৎনবক্লি, ঐসু ঐগী এযাবক্রাফ্‌ট মনুংদা পুশিনবা বেগতু পাযদুনা চৎলিবা মীগী মতুং অদুম ইল্লুবে। ইনবদুনা Luggage লৌফমদা ঐগী লগেজ উংলকপা ঙাইদুনা লেপ্লুবে। অদুগদি ঙাইহাক কুইবগাও ঐগী লগেজ থোক্লকত্রি। লাংতক্লবিঙেদুদা মশা নানবা যুনিফোর্ম শেৎপা নহা পাখঙ মচা অমনা ঐবু তাপ পাযবৰে। ঐনা যেংথোক্লুবদা মানা খি্না হংলকই

where to go ? (কদাই চৎপনো ?)
To kolkata (কোলকতাদা চৎপনি)
Then come on please soon (অদুদি থুনা লাকপীবো)

ঐ ভাব তাদ্রে। কবিনো হাযবিবসি। মাগী খিংবা মওংদুদা ঐ মাগী তুং ইল্লশ্মী। মানা চৎনা চৎনা ইংবাজীনা ঙাঙবা তোক্তে, it is Bagdogra, You become now a Transit passenger ঐ খুমদ্রে খাই লাউই, কবিনো ঙসিসিবু Bagdogra দা তাবগী বাদি টিকেট তা যাওদে ইচা সদানন্দনা কব্রকপা টিকেট তা শেংনা ইবি, ইম্ফাল টু কোলকাতা, মসিদা ঙাই মা যাওদে। ঙসিদি স্পেসিযেল ফ্লাইট কী হৌনবী নিযম মথোঙ খঙদ্রে। নুপা মচাদুগী মতুংইনবা তোক্তে। চৎনা চৎনা খল্লি ঐনা নেতাজি সুভাসচন্দ্র ইন্টবনেসনেল এযবপোর্ট মান্দে, কবিনো মসিবু হাযদুনি। মী ইবল লল্লি, নানবসু বাৎলি। অদুবু অমুকসু খল্লুবনি কোলকাটা এযপোর্ট তি চাউবনিনা দোমেসটিক ফ্লাইট কী তাফম ওইনা তৌব্রা হাযনা। নুপামচাদুনা সৈবব থুনা কাখৎলি, ঐসু কাখৎলি। মথক্তা সেক্যুবিটি চেক মাসু ঐস্ তৌবে, ট্রান্সিট পেসেঞ্জব হাযনা থাবা প্লেট অমা ঐবু পাযহল্লে। অমুক ইনৌ নৌনা হৌনবী পূম্বা তৌবগা এযব ফিল্ড অদুদা ঐখোযনী চেল্লব্রে, প্লেন মখোঙদা ট্রান্সিট পেসেঞ্জব থাবা প্লেট অদু পীবম্লগা অমুক প্লেনদুদা কাখৎলে। ঐ ইকাইবনসু লোইবে, প্লেন দু ঐবুদা ঙাইদুনা লৈবল্লে। কোলকতা যৌগদবা পেসেঞ্জব মশীং থীবদা অমা ব্রাত্তুনা থিনবকপা ওইবল্লে। মদু ঐ ওইবে। ঐবু লমজিংবা নুপামচাদুগী সববিসতু ঐ পেনখি। মমিং লামা কৌই হাযহৌবনি। অসুম্না বাগদোগ্রাদগী অমুক পাইখৎলকপনা কোলকতা তম্লকপদু খবা খবা মম্বা হৌবে। যাম্না শাংবা ফ্লাইট নত্তে। অদুবু ঐদি ইকাইবোই কবিবোই ফমফম খঙদ্রে। থোংনাওবোমদা যেংবসু নীংথিনা উদ্রে। ঐ তুমিন্না লৈবে। বাগদোগ্রা কাউবা ঙমদ্রে। পুন্সি গী কাউগদবা মান্দ্রে। মসিগী মবম অমসু লৈবি।

মমাঙ চহীদা কে কে বিবলা ফাউন্দেসন গী মীফম চৎপনি। ঐ মণিপুরী লোনগী এডভাইজরী বোর্ডকী মেম্বর ওইবি। মণিপুরী লোনগী কনভেন্নর ওজা প্রো এন তোম্বীনা চৎপীগদবনি অদুবু মহাক্কী অচিনবা লৈবদগী ঐ ওইনা সিলিগুরীদা চৎপনি। নেপালী লোনগী কনভেন্নর কৃষ্ণ প্রধান কৌবা মকপ অমনা কৌবা মীফমনি। হীবম্না কে কে বীবলা ফাউন্দেসন্না পীগদবা সরস্বতী সম্মানগী লাইবিক নোর্থ-ইস্ট কী ওইনা খনগৎনবা খন্নবা মীফমনি। মসিদা নেপালী, আসামীজ উরিয়া, মণিপুরী যাওবি। ঐনা কৃষ্ণ পধানগা যোন তৌনবদা মুলহৌদদুনা ঐনা কোলকতা ফাওবগী ফ্লাইট টিকেট কক্লুবনি। তশেংবদি বাগদোগ্রা, ফাওবগী কক্কদবনি। মানা এযরপোর্ট তগী তেক্সী দা পুংখায অমতগী লম্বীনি হাযবকপনি। মানা হাযবিবনা বাগদোগ্রা ঐনা কক্রিনবা কোলকাতা খবা বাখি ঐ বসতা অমুক অহীং তৃমদনা চৎখি। লাইনল্লা থীবিবসু লম্বীদা টাটা গাডী অমনা অঙাং অমা তকই হাযদুনা লম্বী অদু থিংলম্বদগী পূং ২/৩ লেপ্পুনা লৈখিবনা মীফম অদু লোইবমদাইদা ঐ থুংলুরে। ঐ লাক্কনি হাযখিবনিনা ঐবু যোন্দা থিবদা ওজা তোম্বীদফাও হংনদুনা লৈবম্লে। ঐ মদুদসু ইকাইবা নংখ্রবনি। ওসিসু বাগদোগ্রা গী মফমদা অনীবক ইকাইবা নংলে। ঐনা মীটিং মফম সিলিগুরীগা কোলকতাগা লাপ্পা মঙা খঙহৌদ্রবগী ফলনি। ঐনদি কৃষ্ণ প্রধান্না এযরপোর্ট তগী হাযখিবদু কোলকতা এযরপোর্ট ওইরবোই নীংখিবনি। ঐ ইসু ইকাইরে বাসু বাজরে। ঐদি মসিগুম্বসি খরা থৈ নাখিনি। 'হেবা' হাযবা ঐগী মচিং অমা লৈবি। হেক্তা তৌরগা লোইরে হেক্তা চৎলগা লোইরে হাযবা বাখল অমা ইবোইতা লোযনবি। তৌব তৌবগা চৎল চৎলগা (হেইক্রু হেইক্রুগা) অসুম শিংবা হেল্লি হাযবদু তারে।

কোলকতা যৌবদু পূম্মম নম্লে। চৎলমদাইদা লাউরবা কযা লৈখিবনা কোলকতাদা লৈবা মণিপুর ভবনগী কা বুক হান্না তৌখিদে। চত্তবু চৎলবদি ঐনা থোকপা অমা তৌকরবগা লোইরে হাযদুনা লাকপনি। তেক্সী তাংখৎলে। মনিপুর ভবন যৌরে। খনবগা তৌবম্নগা মান্নবে। কা অমবাও হাঙলমদ্রে। কা ফংদবা অসিগী শাউবম লৈতে ঐগী ইবালসু লৈ। অদুবু ঐখোযগীদি ইযুমগুম্বনি, ফজনা হাযনবগা যাবা ঙাক্তনি। অদুবু ওফিসিযেল অদুগী ব্যবহার অদুনি। লৈবাক মচা ওম্ভোল্লা তাখিদ্রে। ঐনা হায ঐখোযগী ভবন্নি হাযবগী চঙলকপনি, নঙনা অদুক শাউবিদুবু কবিগীনো? ইংলিসতা খবা ঙাঙনখি, মানা ফনগৎলিবনা হান্না বুক তৌবকপসু নত্তনা কা পীদবা যাদে হেক্তা হায অসিনি। ঐনবুদি ঐগী সেবিযসনেস খবা উৎখি। অদুবু ঐখোযগী ভবন অসিদা মৈতৈ মচা অমতা থবক তৌদ্রিবসিনা কবিগীনো? ঐখোযগী সরকার অসিনা তৌবিবা মতৌসিবু?

ঐ নুপাদুগা কুইনা যেৎনদ্রে, অতোপ্পা নুপা অমদা অনকপদা হোটেল লৈব্রা হংলে, মাসু ফোন্দা হংনবে। লুপা ৮০০ পীবা এ সি রুম অমদি লৈনি হাযরক্লে। মানা সেবারী

অমা শীন্দুনা ঐবু হোটেল অদুফাও থিলহল্লে। হোটেলদু যৌবগদি লুপা ৯৫০ দগী ওবা যারোই হায়রে। ভসাই যোন্দা নুপাদুগা ভাঙনখিবদু ঐ তাহৌই, লুপা ৮০০, হায়খিবনি। ঐ ভাব তাবে, ভাঙনখিবা নুপাদুগী লুপা ১০০ অদুগা ত্রোলী বেগ চিংদুনা পুবিবিবা সেবাবী অসিগী লুপা ৫০ যাওবে। মসিনি কোলকতা, মসিনি মযাংগী চলাক। ঐ পীবদা তাবে। ঐ রুম নম্বর ২০৩ দা লিপ্পা কাদুনা চঙলে। এ সি বম্লিনা মপানগী মৈশাদু কোল্লে। ঐগী হমাং ঐগী শাউনিংবা অসুম অসুম ঈংথবল্লে।

চাবদি লাপ্পুবনিনা মনিপুর ভবন্দা চাবা যানি হায়হৌবদুগা চাবা অমুক চৎলে। মদসু ইকাইবা মচা অমা নংলে চাক পুথোক্কভুনা চাবা হৌবনা কান্দা মেনেজবদুনা বেঙ্গলীদা লোম্নখিবদু তাব ভবন্দা লৈবা মীগী চাক কবিগী পীবিবনো হোবেল ওক এনদি কমদৌনি হায়দুনা সেবাবীশিংদুদা ভাঙখি, ঐ শাউনীংনা চাবে। চাবা যাদ্রে, ববা চানগা নুপা হৌগৎলা খুৎ হায়লে অদুগা পৈশা পীবা চঙবদা মেনেজবদুদা হিন্দীনা নজনা হায় ভসাই চাওি অসিদা চাবা যানি হায়হৌবগী লাকপনি অদুম ভাঙলিবা কবিগনো। অসি মণিপুরী ভবন নত্রেবাব মাসু মমায় ভাঙলে ঐ খঙলোইদৌবোই নাংদনা হায়খিন ঞাইনি।

ঐনা পুষ্পকসি পঙবনদি, বদি ২৬ - বোলেন্দ রোড তা লৈবিবা ঐখোয়গী ভবন অসি ত্রেবোয়গী মপানহৌদ্রে হিকানা পীথৎকহিবা মানহৌবে। মোৎপসু ইকাইবা নাংই। মোনোজমেন্ট অসি হৌনা শিন্দোকহৈদ্রবদি নোংমা খুৎ থাগবা শোয়দনা যাওনদ্রনি। ঐ ভবনগী দিপুটি রেসিদেন্ত কম্মিস্নর লৈববদি অমুক্তদি ভাঙনবমগে খনদুনা মাগী কানা চঙলই অদুবু লৈবমদে। হ নদসু লৈতে হায়রে। মপু পান্দবগা চপ নামহৌই। ঐখোয়গী, ভবনগী মযা গী, ভবনদা মথোঙ খঙহৌদে। সোল্ট লেক তা লৈবিবা অদুমদি ঐ চঙলুদ্রি মদুনা কনাদৌবমগনা।

শ্রীগেস্ট হাউস কী রুম নম্বর ২০৩ দুদা ঐ নে ওনা পোখাবে। ইচা সদাদা ফোন তৌখ্রে। কোলকতাদা ততে কাযদনা যৌবে হায়খ্রে। মাসু বেঙ্গলোর এয়ারপোর্টলোমদা চৎপা হৌবে হবোং বেঙ্কোক্তা উনবসি ববা নুংঙাইনা লাকপীবো খুল্লবই। ঐনসু ইচাদা খোঙলৌ পল্লোদনা যৌবম্মা হায়খ্রে। ভসাইগী বাগদোগ্রাগী যবক মনিপুর ভবনগী বেবা মযামদুদি কোম্না হায়বগে খন্দুনা হায়খিদ্রে। হায়দবগী ফবা অমসু লৈ মদুদি ঐ ইতোমতা ওইবনিনা মাসু পাখৎলনি লৈযম চাফমসু খংলবোই। বেঙ্কোক যৌবক্তদনা তোকপা তাবে শোয়দনা খনখ্রনি। গুদ নাইট পীনবে।

# ২

# বেঙ্কোক পাংবা

ঙসি মেগী তাং ৪ অসিদি থমোযসি ইবাঙ লাঙই। ঙসিদি ঐ মীবিবাক পাংগদবা নুমিৎনি। ঙসিগী অযুক নহাল মখেগী অযুক্কা মান্নদনা ভম তৌই। ইনুংদা নুংঙাই এযা' ব্বাক্কী অযাকপা মখোল অদুফাও হেক নুংশিবকই। ঈকভবা চঙনদা ঈশৈ ঙংনিংলকই। ইংবাজী কবি এস টি কোলেবিজগী শৈরেংদু নীংশিংলকই। মাগী মমিং লৈরবা শৈরেং 'ওদ টু ডিজেক্সন' কৌবা ১৮০২ গী এপ্রিলগী তাং ৪ দা ইখিবদুদা হাযবদা শৈরেংদুগী। ষ্টেঞ্জা ৪ শুবগী অহৌবদা ঃ

- O lady' we receive but what we give
And in our life alone does nature live
Ours is her wedding garment ours her shroud'
And would we aught behold of higher worth

কযাদা চুম্না হাযবমথ্রবা মথায় নুংঙাইবা মী। অমনা উবগা ঙাহা শোকপা মী অমনা উবগা মান্নবা হৌনদে, মহৌশাগী ফজবা মাগী ফজবা পুম্না ঐখোযগী। থমোযনা হাপচিনবনি হাযবনি।

ঐ ঙস্তা হৌগঙ্নবা হকচাং শেংদোক্রে, ঈকজাখ্রে। নুমিৎ যুংবা মতুং পুং ১২ ০৫ গী ফ্লাইট ওইববসু থবা ঙম্না চৎপা যৈ। অমুক্তা চত্রিবনিনা নহালমখেগা মান্নবপ্রাই। International Departure Lounge অদুদা তৌকগদবা থবক যাম্লি। Immigration officer উনবা, Visa চেক তৌবা, পৈশা ওল্হোক ওনসিন কযাম্না বাৎলি। ইচা সদানন্দনা ঙবাং বেঙ্গলোর থাদোকত্রিঙৈদা লোইনা তাক্রম্লবনি। মাদি বেঙ্কোক যৌবম্লনি, অযুক পুং ৬ তা যৌগনি হাযবনি। ঐবু ঙাইদুনা লৈবম্লনি। ঐনা অযুক হৌগৎপদা মানা অহীংদা পাইবমদাইদা ইবম্বা মেসেজ অমা মোবাইলদা থেংনবে "ববা! আই এম ইনসাইদ দ ফ্লাইট, সি যু টুমোবো এট বেঙ্কোক।" খংনুং নুংশিববকই ইচাদু।

অযুক পুং ৭-৩০ দা ঐগী কা ২০৩ থাদোক্লম্লে। হোটেল মপুবু টেক্সী অমা কৌহল্লে, মমল হান্না ভাঙনবে, লুপা ২৫০, পীথোকখ্রে, ঐ এযারপোর্টলোমদা খোঙশাল্লে।

ঙবাংদগী ঙসিফাওবদা উবিবা কোলকতাগী দৃশ্য পূম্নমসি যেংলুবগা থমোযদা শৈবেং অমা ফাওবকই।

কোলকতা নঙ চাওখৎলে
অদুবু ইকাইদ্রে ঐ
নঙবু উবদা থাবনগুম
মবমদি
নঙগী চাওখৎপগী লৈনাবক্তা
লোৎলি স্রম কযা, অমোৎপা মৈপ
খোং মখাদা
লম্বী মপান্দা
টযাবনা ননবা, চেবলা কুপ্পা
পোকনুক্তা লাংবা খাংপোক। পাইপ মনুংদা খবা
লেপ্পি পুসি কযা ইকাই ইকি নাংমা লান।
লাকউ লোংবা
ঐখোযগীদি উবনই, অসি তম্বা অমতা
লোক্লী, ঈশি, খুন্দাউ
উবা না থাংজনসু
ট্রাম বেল চেন্দ্রসু
ফজবা লৈজে ঐখোযগীদি
ঐ ইকাইদ্রেকো নঙবু উবদা
থাবনগুম

শেবে দা উংলুনিহৌদা ডেক্লীদ ইন্টরনেস্নেল এযারপোর্টলোমদা থৌজিল্লম্লে। অনৌবা এক্সপিরিএন্সনি। নানবা হেল্লি মীবিবাক মচা মযাম মবক্তা ঐ লেপ্পা ফংলে। যি বোলসু অহনবমক্তা শেৎ-চারে। ইচানসু খবা নান্না লাকউ হাযবকই। মাদা নত্তে দেল্লীদা লৈবা ইচা নুপা যাইমা সোনামনিনসু নহাল হাযবকখ্রবনি, যি মচু তাবা খবা শেৎলগা চৎনবা। ঐ খঙই, সাহিত্য যাওবদগী ঐসি ফিজেত্তা কযা চেকশিন্দ্রবনি। অদুনা হাযবক্রিবনি। অদুনা খোঙগ্রাও অহনবা অহুম, ফুবিৎ অহুম, খোঙউপ অহনবা, টাই, রুমাল ফাওবা সেট অমা অহনবা ঙাক্তা লৈবগা শেৎ-চাদুনা চৎলিবনি। ইচাশিংগী মমায চোপ্তনবা। ইচা সোনামনিনা তত্তনা হাযবা রাফম অমা কাউবা ঙমদে - "ববা লুপা ১০০/২০০দা চোপ্রমগনু ইজৎ তৌথোকপীযু, মদুনা অঙাং অমা শেম্বা যাবপোৎ নত্তে ইমুংদুনা লান্না লৌখিনি।" চুম্মী হাযনা খল্লি।

অহানবা ওইনা International flight কী টিকেৎতু উৎলি। সিফাইদু ব্যবহাবগা লোযননা চঙবীযু হাযবকই। মীবৈবাক মচা মানবদুননি খল্লি। ঐখোয শ্বাইগী মীনি হেক খংখিবদা ঙসাইগী ব্যবহাবদু তৌবক্কনি থাজদে। হেক নকশিনবগা মতোমতা অদুম হাংদোবকপা মিংশেলগী থোঙদু লান্না অঙৌবা কাঙবুগা ভুংথ-মাংথা চঙলে। ফি নান্না, খোঙউপ কক কক ট্রোলী বেগ অহনবা চিংলগা মখোল থোঙনা নাল্লবা লৈমাযদু নেৎলগা চঙবদুদি ইশাসি চহী খবা হেক হুম্থিবোই খল্লকই। খোঙকাপ ফাওবা মহৌশাগা মান্নখিদে খোঙউপ অহনবদু মখোল থোকখি। মতম খবা ঙনবনা মথঙগী থোঙদি চঙবা যাদ্রে। ঙাইফমদা থাবিবা অনানবা সীৎ মযামদুগী অমদা ফমদুনা মতম ঙাইবে। সিফাইশিংদুনা 'সাব' হাযবা মিঙ্গৌদা ব্যবহাবগা ঙাইহাক পোখাবীখো হাযবকপদুদা ভবন্দা লৈহৌবা মযাং ওফিসাবদু নীংশিংলকই। ব্যবহাব মচেৎ অমতা যাওহৌদবদো ঘন্ধগা ঐনা খল্লকই, মী হাযবসি ফিজেৎ-চাকচেৎকী মখাসু যান্না পোনবা ভাৎনিকো। ঙসিগী সো গী সংসাব অসিদা ঐগী ফিজেৎ অদুগী মমল ফংলে। ঐ নোব্রিংলকই, ঐনা মণিপুবদা শৈবেং পাবদা শেৎ-চাখিবা কুবিৎ খোঙগ্রাওদ্ ওসি শেৎলক্লম্লদি ঐবু সাব কৌবিগদবা মাল্লকত্রে।

ঐ অযুক্কী কবিমত্তা চাদ্রি। ভেসতিজ গী ওলী অনাসু চাগাদবনি। অদুনা ঈশিং লৈবা ওইনা ব্রেক টি অমগা সেন্দবিচ অমগা চাবে। লুপা ৭৫ তাবম্মী। ঐসু চাম্ম চৎপী অমা পীশিল্লি ইজৎ তৌবে। ঐ ইন্টবনেম্লেল্লি চাবা হৌবে। মখোবনসু ইন্টবনেম্লেল্লি অদুম পৈশা লৌখ্রে ভাবত অসিগী মনুংমক্তদা। তৌবগীবুদি এযাবপোর্ট মনুং ওইবননি। অমুকসু ঐগী নুপীগা Guwahati Airport তা চা অমমমগা চানবা কবিনো কাউখ্রে, অমমমগা চাকবদা লুপা ১০০ চৎপী অমা ঙৌবোক ঙৌনা লৌহৌই। ফমফমগীকাও যাওবমাল্লে। ঐদি বিলদু লান্নব্রা হংলুবনি। অদুবু বেটব অঙাং অদুনা যে সহী হৈ হাযনা হাযবকখিবনি।

হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদি ঐ যাম্না কোমলে। ঐনা যি নান্না শেঙ্গুনা খোঙ থাংজবগী ৱানী। গ্রাউণ্ড কন্ট্রোল্দি ইচা সদানি। মহাক বেঙ্কোক যৌবে হাযবকই। মানা আদগী তৌগদবা মথঙ মথঙ তাক্লকই। কবিশ্ত বাদ্রে। পৈশা হান্না কাযথোকউ, ফংলগা থাইলেন্দ গী বাত(Baht) ওইনা, ফংদ্রগনা দোল্লব ওইনা । অদুদগী ইমিগ্রেসন ওফিসাব উনৌ, পাসপোর্ট অমদি ভিসা উৎলু, ফোর্ম ফিল্লঅপ তৌবদু পাসপোর্ট কীদা ইবিবশিংদুগা চানহনবীযু, অসিনচিংবা। মানা হাযবিবসি ঐগী দেট ওফ বার্থ অনী লৈবদুগীনি, মসিদা নত্তে, তাক্লক্লিবসি হোবেল বেঙ্কোক যৌবমদাইদা এযব হোসস্তেস না ফোর্ম অমা অমুক পীবক্কনি, মদু ফ্লাইট মনুংদা মেম্থোকপীবকউ, কুম্বগা বেঙ্কোক কী ইমিগ্রেসন ওফিসাব

মনাক্তা নুংঙাইনবা। মসিদবু কবিদা বাকনি। চাম্মবক চৎলবা মী অমগুম ঐ চৎলিবনি কোন্না। অদুবু মানা হাযবা ঙাক্তা থাজকদুনা ঙবাং চোপ্পদি নংখ্রে। মানা কোলকাতা দাইবেক্ত ফ্লাইত নি হাযবকপদু থাজকদুনা বাগদোগ্রা দা কৃষ্ণবদুনি। ঐ বাফমসিদি মঙোন্দা তমখোক্লিংদ্রে। মানা তাবদি ইপাসি এম এ কবম্না পাস তৌবকপনো খনখিগনি। হেক মপী লাইনিক তম্লকপদগী ক্লাস টেন কাওবা মকোক্তা ওইদুনা লাক্লিবা, অদুগীসু মথক্তা বি এ দা ওনর্স লৌবক্লিবা, এম এ সু সেকেন্দ ক্লাস তা বাংনা পাস তৌজবক্লিবা ঐবু ইচানা কিনো অমা ওইনা শোযদনা খনখিনি।

ঙবাং শোযখিবদুনা ঙসিদি চেকশিল্লে। ইচা সদানন্দনদি লুনা হাযবকপনি, ফোটো অমুক নম্বনি বাইং যাম্না হংবনি, পাসপোর্ট কা চানদ্রবদি দিত্তেন তৌবনি। ঐসু পাখত্তুনা পাসপোর্ট তা ইবিবা ঐগী বাইও দাটা দু চিনযা পুনা হোৎনবি। অদুগদি ওফিসাব অদুনা পাসপোর্ট হাইযেৎ যেংলগা, ভিসা দু হাইফেত্তং যাক্লগা "সাব কৈদৌঙৈ হনবীবকনি" হাযদুনা মকপ মপাং ওইনা বাখৎখিগদবা বোল্লিং স্টৈযব দুগী মাযকৈ তাক্লকই। ঐ বিতাযর্ড ভাইস প্রিন্সিপালনি খঙবদা পীবিবা ব্যবহাব মাল্লি।

পূং ১২ তাগদৌবে। লাউথোক্লক্রে। গেট নম্বব ২ দা থাই এযাব এসিযা থাবা অচৌবা প্লেন অদুগী মাযবি পানলে অথুবা টনেল মানবা লম্বী অমদা অদুগা চুমদ্রিং এযব বস অদুগী মনুংদা চঙলে। মৈতৈ লৈশাবী মানবী অনীনা মখূৎ জুব তৌদুনা মখোযগী মবোলদা কৈনোমা হাযহৌই ওড মোর্নিং হাযবা মাল্লি খোম্হোক্তি 'লাকপ্রা' হাযবা মাল্লি। হৌবে মীগীদি, মমালোন নুংশিবগী খুদম উৎপা। মখোয অনীদুগা মৈতৈ পানগ্ড মানবা অমগা সেবা তৌবকপদুদি কযাদা নুংঙাইবে। প্লেন মনুংনা যজবনে, মখোযগী ফিজেৎনগা নানবনে ঐ পেল্লে। মতম চপ চানা বন বে অশাংবদু চেল্লম্লগা থাই এযব এসিযা থাবা এযব বস অদু পাইখৎলক্লে লৈচিল মবক্তা। ঐগী থমোয মথুম মবাং হৌবকই, সমুদ্র মথক্তা পাইবম্লনি, মানমাগী লম লানশিন্নম্লনি, মদু হেক লাম্থোকপদা থাইলেন্দ যৌবনি। পূং ২ খক্কী ফ্লাইট নি হাযনা লাউথোক্লকই, ঐনা খঞ্জে, ঐ হৌজিক মীবৈবাক্কী নুংশিৎনা স্বব হোনবা হৌবে। থনুং যৌনা চিংশিঞ্জে, অদুগা ঐগী ইশা মনুংদা ইবমদমগী নুংশিৎ খবা যাওখিবদু ওপ্পা হোন্দোকখ্রে। নুপী মচাশিংদুনা হোল্লিবা স্বব অদুমক ঐ হোনবা হৌবে।

ঐ পোত্থাবে। থোংনাউদা যেংথোক্লুই, বাংনা পাইবনা অমদি লৈচিল-নোংফাইনা খনখিবনা লৈখাদি উবা ফংদ্রে। অদুবু তাম্না যেংখিবদা লৈচিন মচা অমনা মদোম শংবানবা অতিযাদা তাউদুনা চৎলিবদু উবদা ঐগী হৌখ্রবা পুক্সিনা হঙ্গৎনা লকানুংদা চেনখৎলকই। খল্লকই মওল মওল।

ইচা সদানন্দনা ঐবু পুবিবসিবু মবম অমা লৈবমগদ্রা? মাগী মকুপ্তু লৈশাবীনি হায। মদুবু মানা কযাম নক্লা তিন্নববা জাৎনো? মদুগী ওইবন্নবদি? কাযদেদা ইচাগী অপাম্বনি। হৌজিক্তবু মালেমসি অমতা ওইবসিবু? ঐঙোন্দা হোংলক্লিবা বাখলনি।

অমুকসু নীংশিংলকই ঐগী ৱা। ঐগী নুপীনা ঐখোযদা যৌবকখিবগী বাবী। পূন্নমক ঐ মঙগুমখি। লাইবিক্তা হোৎনদুনা বোল ৱান তাবগী ইজৎ ঙাক্তুনা লৈবা ঐনা ক্লাস নাইন পবিক্ষা তৌবমদাই অদুমক্তদা কমদৌনা যূম পান্নুবনো। ঐ লোইনা নীংশিংলক্লে অমুক ঙবাংতা থোকপগুম।

নোংমা নুমিদাংৱাইনি। ইমান্নবা, ঐঙোন্দগী খবা হনবা ঐখোয ৭/৮ স্কুল মমাঙদা ফমদুনা বাবী শাবনি কোযশিন্দুনা। ঐঙোন্দগী খবা হনবা ইনেনা পোকপা ইবাই তেম্না কৌবা অমনা বা ফৈজিল্লকপনি। মাদি নুপী কোযবা কঙ্না হৌববা মতাংনি অঁৎ খবসু। ঐবু অপাম্বা নুপী অমফাও লৈতব্রা হংলকখিবনি। ঐ খুমফম খঙখিদে। অঁতনসু তকশিল্লবখি। কৈসু কাযদে, লাইবিক তন্নসু নুংশিনবা অমদি থম্বা যাই। মখোযগী চত্রি দা ঐ খুমখি, অমখক্তি লৈ। কনানো হাযবো। তকশিল্লকই। মদুদা খুমখিবনি, মাবু পাম্বা হৌদোকপদি ঙমদে হাযনা। ঐনা মসি হাযকসিদি ঐগী কন্নকচবদুনি। মানা নাংনা নখোযগী, ভমাঙদা মশম নীংদু যৈনা শমচেং হাৎহৌবদু উবদা যাওখিবা বাখলদনি। মযাম যুব হৌগৎলি। ঙসিমক কোযবা চৎলুসি। লোইনা মত মানগ্রে। ঐ তনিং-তনিং তুং ইনি। চঙঙুরে, ঐখোয ৭ চঙবদা মবেনবোল্লা কবি থবক্কীনো হংলকপদু ঐ বাউদ্রি। ইনাই তম্না খুমখি, সুম কোযথোক্লকপনি। ফম্মু যম্মু হাযবকই। মতৌ লৈবীদুনা যিদা থাই। ঐখোয ফম্লে। বা চেক মোক লাউনদে। ঙাইহাক ফম্লগা অদুম থাব্রক্লে। অদুদগীদি ঐনা পাম্বা কোযগে হায হাযবনা মখোযনা অদুম যৌথ্রমাল্লে, মহাক ঐ উবদা নাই চিনবা উৎলবই মতুংদা। ঐসু হৌজিল্লুববনিনা তোকপা যাদ্রে। অদুনা লৈকইগী ইতম্না অনদা হায হল্লুবদা খুম্মু যাদে হাযবে। ঐ খবা ইকাই। মদুগী মবম লৈবম্লে। মাগা নুংশিনবা নুপা অমা লৈবল্লে অদুগী মথক্তা মাবু কোনবা নুপা চঙ চঙ লাউবা ৪ অমসু লৈবল্লি। মখোযগী ইমুং লানবুং ওইরে। ঐ যাম্না নুংঙাইত্রে। হৌবনা মযাম চঙদুনা হৌবিবল্লগা লাঞ্জাউদি ঐনা থেংনজহৌবা তাবে। কযাম বাখি, কযাম ইকাইবা নংখি, কযাম থমোয কাযখি মখাদি ঐ নীংশিংনীংদ্রে।

কাউনবা লৈচিল যেংদুনা অমুক লৈবে। অদুবু পূং ২ হেন্না পাইগদবনিনা অমুক নীংশিংলক্লে। ঐ খাঙবা ঙম্নক্তে, হৌখ্রবা থমোয কাযবা থৌদোকশিংদু নীংশিংলুবদা। মোন্দুম মহাদেব খুকুম্বা চৎপদা মখোযনী নল্লখিবা, হোটেল চঙমিন্নখিবা, ঐগী মায মচেৎ অমা যেংবীদনা। অমুকসু কৃষ্ণ জন্ম থবো চাবা চৎপদা লৈকাই লৈশাবী মযাম তুং ইল্লুবদা মানা নাইতোম নুপা অমগা হেক্তা চৎখিবদো, ঐনা ইমান্নবশিংগী মমাঙদা ইকাইখিবদো, লৈশাবী অমনা ঐবু থেমজিনখিবদো। নুমিত্তুদা ঐ বাশকখি। মানা ঐবু

নুংশি হেক হাযদ্রিফাও কোযগনি, অদুগা লৌবদি লৌববোই। বাশক অদুমক্তনা অমদি ঐগী মীনা লাকচবা যাদবা থবাব মচা অমা যাওবসিভনা লমজিংদুনা ঐনা মাবু চহী অমা শেন্নখি। লাইবিক খবা কাউথোক্লই, অহিং কযা তূম্বা যাখিদে, ঐ ইশানা ইশাবু বাবকচবক ই ঃ "ঐ মাঙনা তাবববা?"

মবক্তা লাউথোক্লকই, পেটি ফাজিন্নবা, বেঙ্কোক নকশিল্লক্রে হাযবকই, ইচা সদানন্দনা হাযবা ফোর্ম অদু এযব হোসতেসনা যেম্থোক্লকই। ঐনা থুনমক মেনশিল্লে, অদুগা পাযবে। বেঙ্কোকশী অতিযা যেংথোক্লই, লৈখা উবা ফংদ্রি। মতম খবা লৈবিমাল্লে। ঐ থোংনাওদা অমুক যেংথোক্লই, লৈচিলগী কজবা লশিং ফৌবভম শন্দোক্লিবা অদু পুস্পনা ঐবু কৌথোক্লকই। ইশাদি যাম্লি, থবাযদি থোকখ্রে, শান্নকবি চেন-চোংদুনা লৈচিলগী মবঙুদা কনানো অমনু থিকবি।

অমুক নীংশিংলক্রে। থাবল চোংফম। পুস্পিগী থাবল চোংলক্তবা যেংবযাও চৎতবা ঐ থাবল চোংবা যাতেনবা লেপ্লে। মণ্ডংলাংগী মাগী থমোয ফানবগীদমক। ঐগী হাযববু মাদনি লৈশাবী অমা পাযগে খল্লুদে কবিগীসু পাযকনি। অদুবু কমদৌখি, ঐ লৈএক লৈবগদি চঙলমগনি, মানা হেক থোক্লকপগা ঐনা মখূৎ পাযবা হালহৌনবা লেপযাম থিবা পাযকনা, মানা লাউন্দ থুংলমদনা থদৎলগা চঙখিবা। মাগী মাঙ্গ অদুনা পাযংনি বদা শকতীবা ঐনা মাংথোক্লাবে মতানি। অদুনু ঐদি লাঙ্গংনি মাযথীবসু ঐ তোকপা যাদ্রি শাংনবা লক্কি, অমা চৎপা তাবি। কযাবক থদৎলি কযাবক পায, পূং ৩ চাংনদু লোইখিযম খঙহৌদে, যূম হনবদসু অদুম ইগ্নে, লৈকাই মশোম্নিনা ঐগী খুদোংচাবা ফংডি। উচেগী মচা লৈশাবী অমগা মাগা ইতৎ ততুনা হনমিগ্নে। দি মতৃপ অমনা পুন্না লেঙ্গোম্নদুনা। ঐনা লাপুক ইল্লি। অদুগা ইমৌ নুপীদুনা হেক নোম্থোং চঙখিবদা মহাক লমজেল থাদুনা চেনখিনি ঐ তুংদা লাবকই হাযবা যেংবিনোই। ঐ খাঙখি, ইকাইবা কযা খাঙখি। মাগী থমোয চেদ্রি, মাগী লাপল হৎদ্রি। শক ফজবদা পুলদুদা তদং মূৎ থেক্লকপদা মাসু যাওবি। অদুনা ওইবন্দ্রা যাই।

অদুদগী কমদৌখ্রে। ঐ পাউ জাৎ জাৎ তাবে। মাবু কোযবম্বা লিন্দাউবশিংদু সুম সুম লাপথোকখ্রে। নুপী থিবসু যাওখ্রে। হৌজিক কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা মাগী থবাযগী মাঙ্গ অদুগা ঐগদা ডাযহৌবে। ভীমগা দুর্যোধনগা গদাবাগ তৌনবা তাবে। বাযেল্লিবনা মবেনবোক্সি। অমনা মমা পোকপা মপুবোক্সি। অবোইবী তাঙ্কব যৌবে। হাযবা লাকহল্লু হাযখিমাল্লে মাঙ্গ অদুগী অহলশিংনা হাযববদা জজ অনীনা যাদ্রে, পীদ্রে নক্লবা মবী থবসু লৈ, অদোমদা পাউথোক্লগা পীদ্রে। ঐগী প্রেম্না ওইবম্বসু যাই, অহল অনীদু। মবেনবোক্সা ঐবু যাম্না যাই, ঐনসু ব্যবহাব কাযজদে। মবেনবোক্সা ঈ মতুমদগী মমা লুখ্রাবীগনা যোক্লকপনা মবেনবোক্সা যাদবদা খোঙকাপ অমা থাংবা ঙমজদবীনি মাদি। ঐ তুমিন্না লৈজবে।

মথঙ চহীগী যাওশং লাক্লে, থাবল চোংলে, হন্দক্তি থদৎত্রে। হন্দক্তি ইমৌ লৈশাবীদুনা কোম্লোং হেক চঙখিবগা কাঙ্ঙগী খোঙথাংদা চৎলে, ঐ বা ঙাঙদে, মখোযগী শুমাং যৌবে, ঐনা মতৌ যেংগে হাযদুনা ঈশিং খজিক্তা থকখিগে হাযরবে। শুমাং কাংখি থীনা হাযবক্কদ্রা হাযদুনা। অদুগদি পুথোক্লক্কে, হাযবম্লগা চঙখ্রে। ঐ যেনখাদা লৈশিল্লগা লৈ। কিবা ফাওবকই। মবুং পাখঙ থাবল চোংবা চৎলমগনি খেংনববদি ফজবোই খল্লে। মানা ঈশিং চাইশেন্দা পুথোক্লক্লে, ঐনা মখূৎ ফাদুনা অশেংবা অমতদি হাযবীবো হাযব্বদা, "অহলশিং থাবকউ" হাযনা খুম্লকখি। ঐ ঈশিং থকফমকা খঙখিদে অদুম চেল্লক্লে। মাগী অহানবা নুংশি পাউখুমনি। ঐনা কালিদাস ওইবম্লবা বাহি অনী অসিনা মহাকাব্য অনী ইথোকপা ঙম্লম্লগনি। মদুদি থোকখিদ্রে।

বেঙ্কোক্কী অতিযাদা তপ্না নেমথবক্লে। লৈখা উবে। কযা মান্নখ্রবা মনিপুরগা লৌ কৈদোম মচা মচা, ঈশিং, নাপী, উ, মোংশোং লোইনা মান্নে। যূমদি মদুসুনি দলান অবাংবা উদে সহব মযোন্দা খবদি লেপ্লি লৈচিল খেৎনা। অতৈদি থাইগী যূমশাদা। নেম্না নেম্না, মৈতৈ যূমদৌনা। অদুবু চপ-মান্নবা অঙাঙবা যূমথক। ফজেদকো বেঙ্কোক। অসিননিদনা হাযনবিবা চৎলুবা মীপূম খুদিংনা। এযর বস উদু তপ্না এযারপোর্টকী বিল্ডিংদগী লাপ্না নান্না শেম্লিবা বন-বে অমদা অশংবা নাপীনা ফিরান চনবদদা দ তাবগা প্লেন্দু ড্রি লাউনা চেল্লে যৌবে হাযবা মতাংম হনাউনা। অদুবু খাঙ পাকা হাংদে, বস থৌজিল্লকপা ওইহবি, কুমযম ইনশিন্নকপা ওইহবি। মীবিবাক মচানা নান্না যাওবনিনা লৌগদবা চেকশিন থৌবাং খবা লৌখৎপদা মতম খবা লৌবম্সু যাই। ঐদি ঐগী সীৎ নম্বর ১৯ দা অদুম ফম্লি। অতৈদি হৌগৎনাখ্রে। ভারত মচা যাম্না যাওই। মবুক কংবা, অনোযবা কযা সাবী শেৎপা নুপী মৌ কযা। লাঙবনা প্লেন মনুংদু ইন্টরনেস্নেল ফ্লাইট মাল্লক্তে অঙৌবা মীবম মচাশিংদুনা তুমিন লেম্না লৈ ভারত মচাশিংদুদি মতৌ অমনি ইকাইবকই দিল্লী চৎপা ট্রেন মনুংদা পোৎ যোনবগী লাঙবদু মাল্লিকই। ঐসে ভারত মচা মান্না উবিবমদ্রদি যনি খঙ্জবে। মাযদি ইচপম্নক ঙাংলে ইকাযবনা। ঐনা খল্লিবসিবু চুম্লিব্রা, চুমদে। মতাংনা যাদদুনা তৌবিবনি। ঐদি থাইগী মী মানবগা ঐগা ফমিন্নবিবা নুপা মচাদুসু থাইলেন্দ মচা ওইবগা তুমিন লৈজবে। মৈতৈ বযাদা মানখ্রবা। লোন্দি যাওনদে, থমোযদি অমতা ওইখ্রে। মহাক ভারত্তা লাইবিক তম্বা মাল্লি। ঐনা খ্বাইদগী ইকাইখিবসি ভারত মচাশিংদুনা সীৎ অমদগী অমদা কোযচৎ চঙ্না লাঙবদুদা খাঙবা ঙমদ্রবা লৈশাবী হোসটেস অমনা মখোযগী মবোলদা লাউবম্বদগী ইংবাজীদা ঙাঙথখিবদুনি। ইংবাজীসু ফজনা খঙবী ওইবম্লে।

## ৩

# বেঙ্কোক যৌবা

মাখোযগী মতমদা নুংথিল পুং ৫ ঐখোযগী মতমদনা নুংথিল পুং ৩ অদুম্মাইনা তাবকপদা বেঙ্কোক যৌবে। ঐ হবাউই অশোগ অঙাম যাওদনা থাইলেন্দগী কোনুং যৌবে। লাউথোক্লবই হোস্টেস নৈশাবীদুনা মাখোযগী মবোলদা খঙনীংলগা খঙঙু খঙনী দগা থোকউ হাযনগী লাইদাদা। নপানগী শাবগী চাং, থোঙ হাংদোকত্রিফাও সীট তাযরিদুনা অতীনবা ফ্রাইট কেপ্টেনগী মমিং থাই এযর এসিয়া দা তোংলিবকপগী নুং[illegible]হনবা, কযা[illegible] হেলোকপা মাখ্রি [illegible] মবক থৎলিবা ইংরাজী অদুদগী। কযাদা [illegible]মাংলোননা [illegible]। হাউরিবা। [illegible] ইখোযরোমগীদি ইমাবোল মচেৎ ইংলিস [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] মায়োল নত্তা ইংরাজী নাত্তে [illegible] যেপখিদনবা চাংলনি থাবনা [illegible] ঐ [illegible] সিনা পুন্সিগী অতাবা ওইনা মাখোযগী মবোলখক্তা [illegible] [illegible]। [illegible] থাউ অশাবদা ঈশা কাপশিনবদা থোকপা [illegible] [illegible] মানবা নত্তে কযাম্ বাঙই। ইংরাজী থৎলিবা হায়বদু লেদিজ এন্দ জেন্টলমেন। সুফ্রিম থাই এযর এসিয়া অসিনচি [illegible] থবদনি।

নৈখা যৌবদা ঐগী মঙলানগী বেঙ্কোক উদে। ঐনা শন্নকপদদি ফূডা দলানগী বঙ্কোনি। উনিবনা থশং তমান মথক্তা অঙাউবা যুমথক মযাম মিং থকপা নৎলমদ্রে মিৎযম হোংবা মদবা ওইবস্লে। থোঙ হাংলে, কুমথবক্লে নানত্রবা ফবাংজি থাবা মানবা থাক থাক অদু নৈরাক যৌনা। ঐ মী উইহন্দনা নৈবাঙু নাইনক কৎলি, অহানবা থোঙচৎ ওইবনা। বস কঙবা অমা থৌজিল্লক্লে। কাখৎলে থৌবে ফনা শাংনা অদুগা অমুক হ্রাই ওভব অমদা কাখৎলক্লে, চৎক্লে তৌবিবসিবু কবিনো সহব তান্না পুবত্রা? অদুগদি দলান মথক্কী লম্বীদুদা ইন্টবনেস্নেল এবাইবেল থাবা থোঙজিন মযাদা খাস্লে। গেট অদু হেক লানশিনখিবদা মনুংদা তৌবস্লিবা মযাম মাইল অমা হেনগদবা, থেক্কোই থেক্কোই তৌবা এযব পোর্ট বিলদিং অদুগী মওং যেংলুবগদি ঐ পেল্লে। ওস্থোক্লা নীংথিবে। গ্লাস ভাক্তনা কুপ্পা শঙশাং, যুমথক অদুবু ফাবিবা ফ্রেম অযাংবা সিনথেটিক ফাইবব ভাক্তনি, যোৎ অমতা নত্তে, মতাং মতাং পাল্লি বাদৌনা। ফল্লাং গ্লাস ভাক্তনি। যেংখিবদা পূমঙান, পূমলং মিৎফম হোংবা অমতা যাদ্রে। কোলকাতাগা খৈন্নে খঙনা খেন্নবে। ওইনামগী ওজা শবতনা মাগী



দোল্লব



বাত (Baht)

লমকোয় রাবী, "মোমোন নোকহৌবী সিযাম" হায়বদুদা থাবিবা সুবর্নভূমি এয়ারপোর্টকী ফজবদু ফন্ন ফন্ন চোংথোক্লক্লে। লৈবল্লিবা রিসেপসন মওং মনিল নাইদে, লৈশাবী ঙাওনি, যূনিফোর্ম অমুবা শেৎপী ঙাক্তনি। ইমিগ্রেসন চেক, মনি একচেঞ্জ বূথ পূন্নমক লৈশাবী ঙাক্তনি। মথৌ খঙনা থবক তৌবগী মমি ফজনা তাই।

ঐ খুদক্তা দোল্লব ৬০ গী বাত(baht) ওন্থোক্লে। পূম্না বাত(baht) ১৭২০ ফংলে। অদুদগী পাস-পোর্ট অমদি ভিসা যেংলে। মখোয়না সহী তৌবে। মাদে, luggage ঙাইবে। লৈনুংদগী থাওগৎলক্লিবা বেগ মযাম পোৎ মবোম মযামদুনা চেপ্প চেপ্পা লাক্লি, অউংবী বেলট আদুদা। ঐসু ঐগী বেগ পাযখৎলে। অদুগা ইচাগী মায়কৈ থোললক্লে। থোল্লা থোল্লা বাত(baht) ৯০ পীদুনা লমদুগী সিম কার্দ অমা লৈরে। মখোয়না হাপ্পীবে অদুগা ইচানা পীবস্পা মমান্নবীদুগী নম্বরদা ফোন তৌবে। ইচানা খুম্লকই থোল্লক্লদবা মায়কৈ তাক্লক্লে, মখোয়নদি ঐবু উবে হায়বকই। মখোয়না হায়বা মায়কৈদা ঐ থোল্লক্লে চহী অমা হেন্না উনখিদ্রবা ইচা সদানন্দ হেক উবদা মাপু হান্না কোনবীরে। নুপী। মচা


থাইগী পৈশা মযেক



সুবর্নভমি এয়াবপোর্ট যৌবদা নুপীমচা অদুগী মমা মপা যাওনা ওক্রম্বা

অদুসু মখূৎ জুব ভৌদুনা খুব ন্রকই। মকোক্তা নাহ্বীবে। মখোযগী ভুংদা মীবক্তদা পংলাপ নাপ্তনা মমা-মপা অনী অদুসু মখুৎ লোন্নদুনা ব্যবহাব ভৌবকই। ঐসু মোমোন মীনোক্না লোয়নলা খুনমক চঙশিন্দুনা মপাদুগা খুৎ শোন্নবে কোনসু কোনশিন্নবে, নমাদুদনা ঐনা খুৎ লোন্নদুনা ব্যবহাব উংলে। অসুন খুনা চুশিন্নবগী মবমদি ঐ অমসুং ঐগা নুপীগী ফোটো মখোযদা যৌখ্রে ইচানা থাখিদুনা। অদুদা নত্তনা মখোযগী ফোটোসু ঐখোযদা যৌবকখ্রবনি। শনখব উনদবদা ঙাযববনি। থমোযগী লোন্দি থমোযতনা খঙনৈ। ওম্মোক্না নুংশিনবে।

অদুদগীদি ঐখোয নঙানা ব্যাবদা এয়াবপোর্ট অদুদগী হেক থৌদোক্লকপদগী উবে বেঙ্কোক্কী ফজবা। ফ্লাই ওভব মযাম্না ব্যাত্তোনমুক বাংনা কাবন ভুবন চেল্লিবা মযামদু উবদা অদুম পেল্লে। সডক খুদিংমক শিং নাল্লি মযাযদা মতাইদা চে মচেৎ অমা নৎত্রগা পোলিথিন খাউ অহাঙবা অমা চাইদে। নাল্লি নাল্লি, নাল্লিকো। ভাবতনা তমজগদবা যাম্না লৈবিকো। দিল্লীনা, কোলকতানা ইকাইগদবা যাম্না উবিকো। ইবমদম মণিপুবগী বাদি ঐ পঞ্জবোই। ঐখোযগীদি ইনৌ নৌনা শেমগৎলক্লিবা লমদম্লি। ইম্ফাল শাব লোইদ্রিবা সহব অমনি। কৈদৌনা বেঙ্কোক্কা চাংদম্নকনি। নাল্লি ফজৈ। এয়াবপোর্ট অদুদগী অদুম থোক্লকপদা থাদুনা থেৎলম্লে, 'দ লেন্দ ওফ স্মাইলস'। খবা অমুক কাবদু থৌদোক্লকপদা উবে, থাইলেন্দ পূম্বনা লুনা লৌজবিবা "মকোক অহুম পানবা শামু" গী মুর্তি। মখোযদি মদুবু লাইওম্না লুনা লৌজৈ, খুকুম্নে। মদুদা নত্তে, মখোযদি শামু পূম্বা লুনা লৌই হায, মবমদি মখোযগী থাইলেন্দগী মেপ অসি শামু মানবনি, মনাতোন মান্না শাংনা লৈবনি, পিক্না মলযাসিয়া ফাওবা। অদুদগী খবা অমুক থৌদোক্লকপদা



**নুপীমচা অদুগী মমাবোক্কী ইমুংদা পনা ফম্মা**

উবে অঙকপা থোং অমা। বেঙ্কোক যাওনো, ভুবেল মচা ৪ পুম্নগা শাগৎপা নকোরগী খ্বাইদগী চাউবা ভুবেল চাউ ত্রানা ভুবেলগী মথক্তা শাবা ময়াযদা মখোড় য়ুদনা বাম্লগা শাবা থোং। ফজে মদুসু ফজে।

অসুম্না পুং ১ হেন্না খৌরকপা লম্বীদু নাংদনা অকায় অতোই যাওবা লম্বী থেংনবক্তে। ট্রাফিক পুলিস অমা লেপ্লা উদে, টোল টেক্স সনল ময়াযদা বঙ্কল শাবগা লৌনে, গাড়ী চপ লেপ্পী, পীগদবা পৈশা পীশনখি, বসিদ পীখোব্রবই মাডদা ঙংলিবা চৈদু ফং হাইগংখি গাড়ী খৌরকই। মিনিট অমা চঙলমলোই, কয়াদা ফজনা শীংখ্রবা। হেক পৈশা পীদবদা চৈদু হাইগৎপগী বা লৈতে। অদম লৈবা ভাবনি। সিফাই অমা সডক্তা চৎপসু উদে। মীচমগী লৈবাক্কি, মনীংতম্না ঈংনা চীরা পাল্লি থেংবদা নুংঙাই।

কাব মনুংদসু নুংঙাইবি। নুপীমচাদুগী মপা মমাদু ইংবাজি খঙদে হাযবা যাই। শক তাক্লবদা খঙলে, মপাদু হযাব সেকেণ্ডবি অমগী প্রিন্সিপালনি মমাসু ওজানি। অদুবু মখোযগী এদুকেসন্দা ইংলিস যাওদ্রে হাযবা যাই। লমদম অসি ইংলিসনা লোই লম শন্দোক্লকপদা যৌবমদ্রমাল্লে। ঐখোযনা ইংলিস অসি পৃথ্বীগী লোন্নি খল্লবদু লাল্লে, ইংলিস খঙদ্রবদি শিবদৌওম খল্লম্বদুই ইকাইবক্লে। মচানুপী ইচাগী মমান্নবদুদি খঙই, হৌজিক্তি মখোযসু কলেজদা, যুনিভর্সিটিদা ইংলিস সবজেক্ত হাপ্লমাল্লে, কম্প্যুটব তম্বদা তঙাই ফবকত্রমাল্লে। ইচা সদানন্দনা হাযখিবনি, ঐনা মখোযগীদা লাকপদা চাগদবা, মখোযনা উৎকদবা ব্যবহাব পুম্নমক হান্না হংদুনা খঙখ্রবনি। অদুনা ওইবা তাই, নুপীমচা অদুনা এযাবপোর্টতা ঐবু উবমক্তদা উৎখ্রিবা ঐখোযবোমগী ব্যবহাবদু। মানা কাব মনুংগী



মমাবোক্কী ইমুংদা নুমিদাংদু চাক চামিন্নবা

ইটনপ্রিটিন ওইবে। ঐনা হ ছি মানা খুম্মী। এপানা হায মানা অথ হন্দোক্নবই ঐনা খল্লি চাইবও মীসি লোয়া পানা চৈনমদ্রে থমোয়গী নুংশিনবনা পুনবা ওইবন্নে। লোনাব ওেদ্রনসু চানম লোননিলে, অদুমবা ডাক্তরনা ইঙ্গিৎলা কনিনা। থমোযদু তিন্নবগদি তাৎ নিজাৎনে। বামন পুম্মাক লাক্লে।

মখোয়না প্রোগ্রাম যজনা শীনখ্রমলে। তাং ১০ যা ওবগী কাবক হোইনদনা ঐগী নু চাইনবা খোংলাগদৌবনি। ইচা সদানদগীদি অমুকসু লাক্ন মরবনিনা খোইনা নাইনবমদ্রে অমতম ওইখ্রে। ঐনবুদি সদানন্দদা হায়খিবনি ঐ ত্রেভেল্লোগ অমা ইনিংঙি, মীবম চৎপা চাহানবনি। ঐ ইবাগে লোপ্পে অদুনা ঙেংবা যাবা মখৈ খবা যেংগা হায়রে।

ঐখোয বেঙ্কোক সহব মনুং চঙলম্লে। উবে শ্বাইস্কেপব কয়া, চপ যুংনা কক কঙনা খিনবদৌনা মখোল ৩০ ফাওবগী দলান উবে। সহব মনুং ওইবগী মোৎযম থোবপদু থেংনদে। লোইনা নাল্লি, লোইনা যজৈ, চেজেৎ পোলিথিন তাবা উদে। লম্বীনা নাল্লিবা, ঐ পেল্লি হোয ভৌববুদি মীদি ঐখোযগী কোলকতা, দিল্লীদৌনা কুংদে চিন্দে, লাউদে। মী লেনবনা নানবা ওইবম্বসু যাই, লম্বীগী ডিভাইদব লৈপাম্বীগী পবেংনি, চীংও উ মচাগী পবেংনি মযম খুদিংগী ওভব ব্রীজ, ফ্লাই ওভব যেংবদা পেল্লি, ফজৈকো বেঙ্কোক।

ঐখোযগী কাবদু মপাদুনা থৌবিবনি। পূং ১-৩০ বোম থৌবে। মখোযগী নুমিৎসু তাবে। মম্লে। কাব মৈ থান্দুনা থৌবে। মখোযগী যূম মুআং সহবদি লাপ্পা মবম্না যৌবদা থেঙ্গদৌবি। অদুনা বেঙ্কোক সহবগী মতাই ওইবপ্পা মমাদুগী মচেগী যূমনি হাযবা অমদা

থৌজিল্লে, নুমিদাংগী চাক চাথোকখিনবা। হান্ননা শীনখ্রে হাযবে। ঐদি তুমিন লৈজবে। মখোযনা হাযবিমখৈ যাবা তাবে। থোঙজিন অমগী কোল্লিং বেল খীংলুবে। ঙাইহাক লৈবগা যান্না নোক্কনবী মৌ অমা থোঙ হাংদোক্লকই ঙাঙ ঙাঙদুনা, নোকপ-ও, কবি-ও। ঐ উবদা হান্না পাউ ফাওনখ্রবনিনা ঐঙোন্দা হান্না মখূৎ জুব তৌদুনা খূকল্লকই, ব্যবহাব ঐখোয মৈতৈগা চপ মান্নে। ইচা সদানন্দদি হান্নসু চঙলল্লমাল্লে মমিংবু কৌবকই। ইমুং চঙখিবদা থোক্লক্লিবা নুপীদুগী নুপানা অমদি মচা পাখঙ অমা লৈশাবী অমগা লৈবম্বদুনসু লোইনা খূৎ জুব তৌবকই। ফজনা লৈতেংলবা কা অমদা ঐখোয লোইনা চঙদুনা থাখ্রবা কুসন থাবা সোফাশিংদা ফমথনবে। ঐদি ত্রেভেল্লোগ অমা ইগে খল্লিবনিনা যেংবা তোক্তে, হংবা তোক্তে। উবে, হিন্দুগী লাই মযামগী ফোটো, মুর্ত্তি মযম চানা চানা লাৎলম্বা, ধুপ থাদুনা। মখোযগীদি মকওইবদি বুদ্ধনি। কবিশু খেন্ননা উদ্রে, ঐখোযবোমগা যান্না মান্নবে। অদুবু নাঙবা, কেজবা, লূজবা মখোযনদি হেনবোই নীংঙি। মমাবোক অসিগী নুপাসি থাই নৎলমদ্রে, টাইপৈ মচানি হায। মৈতৈ যান্না মানখ্রে চহী ২০ হেন্না মফমসিদা থাই নুপী লৌদুনা লৈবক্রলনিনা থাই মবোল থোক্লে হায। ইংবাজিসু খবা অদুম ঙাঙঙি। লৈবিবা যূমদু দলান নত্তে থাইগী খূৎশানি। কা অমম মবিগী ওইনা যূমদু সহবগী হাউজিং কমপ্লেক্সকী শরুক অমনি, মথক চপ মানৈ। অঙাঙবা তৈবা মচু মান্নহনবা যূম পবেংনি। মচা পাখঙ অমসুং লৈশাবীদু ইংবাজি খবা খবা ঙাঙঙি সেবা যাওশিল্লকই। ওম্বোল্লা মীচঙ মীথোক যখ্রে। ঐ কোইদ্রে। মখোযনা চমথোক্রবনিনা।

চাক টেবলদা থুনা শীন্দোকখ্রে। থাইগী অহানবা চাক্রেন ঐ চাগদৌবে। পাখৎনি শা যাওবমগদ্রা, নত্রগা লিন থোংবকা যাওবমগদ্রা, মখোযসি লিনসু চাই হাযনৈবো। অদুবু চঙলুবদদি মনা-মশিংগী ফজববা এনশাং, ঙা অতাউবা উহৈ অথুম অহাউনা থল্লবা চাকলেন ওইবল্লে। ঐগী হৈনবা হৈনদবা পাউ হান্না লৌখ্রবনা ঐনা চাদবা শা যাওবমদ্রে। চাক, এনশাং উহৈ, অথুম অহাউ পূম্বা তেবল মযাযদা পৈদুনা থম্রগা নুপা নুপী খাযদনা মাগী মাগী প্লেটতা খবা খবা লৌনদুনা চাবীনি। ঐসু চাক খজিক্তং লৌথবগা, হন্নাই থোংবা, কোবি থোংবা এনশাংদু চামচনা খবা লৌথবে। চাবা হৌনবে, নোকপগা লাঙবগা হবাউনা । ঐনা কোইবপ তৌবদু উবদা নুপীমচাদুনা ঐগী প্লেট তা পংহাপ্তা হাপ্লকই। ঙা অঙৌবদুদি পাকখ্রবা খবাউবী (কমল কব) ঙাগুম্বনি। মযাৎ মযাৎ যাত্তুনা ফজনা ঙৌবনি। অদু মাগী মাগী ফোর্কনা খবা খবা থিন্দুনা শেৎলগা চানবীনি। ঐদি হৈফাত্তদুনা লৈবে। অদু উবদা নুপী মচাদুনা শেৎলগা হাপ্লকই। মখোযগী হৈনবীদি চৈতেক অনীনা চাবীদুনি। অদুবু ঐগী যেংনা চামচনা চাবে। যেকম তল অদুসু ঐনা অযাম্বা চাবে, নুপীমচাদুনা হাপথবক্তুনা । ইচা সদানন্দদি মখোযগা অমতবু ওইখ্রে। মীতোপ ওইবিসি ঐদবু ঙাযবে। অদুনা সদানন্দনা হাপ্লকপনা মবোল অমা, ঐ ফজনা

চাবে। চাক চাবদু লোইফাৎত্রিঙেদা উহৈ চাবা হৌনবে। তর্বুজ মকক মকক, ঙাঙশং ঙাঙনা পৈবি, লৌদুনা চানৈ, অঙ্গুব থৎতুনা চানৈ। মখোযদি চাকসু উহৈসু যাম্না চানদে। ঐনা খবা হেন্না চায। ঙসিদি অযুক্তগী ইচা চাবকত্রবনি। প্লেন মনুংসু লৈবগা চানবীদুনি। ঐদি চাবকত্রে, অদুনা হাপ্পীবকপা পূম্বা লোইশিল্লে।

চাবা লোইবে হান্নগী কা অদুদা অমুক ফম্লবে। হন্দক্তি শকখঙ মাযখঙনবগী বাবী অশাংবীনি। লোন্দি অমত্তা খঙনদে, অর্থ হন্দৌবিবনা নুপীমচা অদুনি। খবা খবা পাংশিল্লক্লিবনা মমাবোক্কী নুপাদুনে, লৈবম্লিবা পাখঙ লৈশাবীদুনে অসিনি। তশেংনা হাযববদা লমদমসি মমালোন্না লোইবে হাযজবা লমনি। ইকাইববই, ইথঙ্গা, মণিপুবদা ইংলিস স্কুলনা শৌগ্রি যুংবঙম লৈহৌবদু খনবদা। মমালোন মণিপুবীবু মীবাইহৌবদু নীংশিংবদা। মচানা ইংলিস ফজনা ঙাঙবা উবগা মতীন যোৎহৌবিবা লমদমনি, ঐখোযগী মৈত্রবাক।

নাবীদি মমারোক্কা হৌদোক্রক্লে। ঐনা লাকপীবগী নুংঙাইবা, হবাউবা হান্না যোঙদোল্লকই। যাম্না শিংই। মাদি খুবাক মযি যেংবা হৈবী, পাঙ্গিগী লাইবিক পাবা হোংপা হৈবী নুপী ওইবম্লে। মানা ঐগী চহী হংলকই, নুপীমচাদুনা ঐঙোন্দা অর্থ হন্দোকই। ঐনা ৬৪ শুবে হায। নুপীমচাদুগী মপাগী অমুক মবোন্দা হংঙি, মানসু ৫৪ শুবে হাযখি, ভাদুদগী লাইশাও হৌবক্রে। মানা হৌগৎভুনা ঐগী খুবাক মযি যেংঙি। কৈ হায। অদুদগী ইচা সদাগী অমুক যেংঙি, মাগী চহী, বাশি, মপোক নুমিৎ লোইনা হংদুনা লৌবগা বাশি ১২ পূম্না যেনপা পাঙ্গিগী লাইবিক অমা পুথোক্রগা ওইবোমদগী অমুক মশীং থী, যেৎলোমদগী অমুক মশীং-থী। অদুগা সদানন্দ মপোক যাম্না যে, স্টাব ৱাংনা লৈ হাযবকই। মখুৎ ও মশা-ও ঐখোযনা খঙনবা ঈঙ্গিৎতা। অদুগা মানা অমুক সদানন্দগী নখুৎ যেঙ্ভু থাবগা খুঙুম তাশিলহল্লি অদুগা নাকচেক্তা যেংখি। নোক্কুনা লাউনা হাযবকই সদানন্দ নুপী অনী শু হাযবা মযি লৈ। মযাম বা নোকই ঐ মায ঙাওশিল্লি। নুপীমচাদুগীদি খুবাক মযি, খুঙুম যেংখিদে। ইচানুপাগী মপোক মযি খবা যেংনীংবা ওইবম্লে। ইকাইখিনি হাযদুনা ঐগী অমদি মপাদুগী হান্না যেংশিন্নবা ওইবম্লে। মখোযগী আশা অমা লৈনবে হাযবদি ঐ খুদক্তা খঙলকই। ঐনা নুংঙাইবিবদি লম অসিসু ঐখোযবোমগুম্না খুবাক মযি যেংবা, পাঙ্গিগী অঙ্কগী ফল ফজনা থাজবা লম ওইবম্বসিনি। ইচা সদাদি শকফম হোংদে, সাইন্সকী যুগ অসিগী অঙাংনি। অদুবু মতুংদা ফম্লিবী নুপী মচা, মাগী মকপ্পুনদি মনঙ্গন্দা কিন্না থিনখি।

ৱাবীদু অদুম্না ঙাইহাক শানবগা লোইবে। লমশাং অমা চৎকদবা ৱাৎলি, অদুনা হৌগৎনবে। ঐনা চৎনবা থোক্লকপদা হিন্দুগী লাইশিংদু খুকম্লম্মী।



ঐনা থুংলুবা নুপীমচা অদুগী যুম

নুমিদাংগী পুং ৮ হেল্লে। কাবদু অমুক মাইল ১৬০ লাপা লৈবা কেংবুবী প্রোবিসর্ণী। কোনুং মুআং সহব তম্না থৌবল্লে। ঐদি কাব মনুংদা থম্বগা চাক্কী মমাংনা অমদি লমশাং লাকপগী বাবনা অদুম মমাঙগী সীৎ অদুদা উইরে, অদুম তুমথখ্রে, নিংকোব নিংকোব। নিংকোব তৌবগী মরমদি চাব তোক্রবপদা মমাংবোঙগী ওকংবা ঙানা। শম্বা মানবা পাক্কম মচেৎ অমা পীবকই, শাযদু হাযদুনা। মখোযসু অদুম শায। ঐনা মনম অমা হাইকেৎ নম্মী হাযদুনা নুপীমচাদুদা হংলুবদা শাগী মতোংনা শম্বা পাক্কমনি হাযরে শলবু ওইবমাল্লে। ঐ তেমগদবা খাজিক্কী ঙায। মচেৎ অমখক শাযব বনি। যোৎপমক্তি যোৎহৌদ্রে। অদুগী ওনিংখিবদু কোকত্রি। তুম্বনা ফবনি খন্দুনা তুমথরে। তুংদা যম্বা ইচানা সীৎ অদুসু ঙামথবীবে।

মখোযগী যুম যৌবদু নুমিদাংগী পুং ১১ ভাবে। ইচানুপানা যৌবে হাযবকপদগী। মিৎকপ থোক্লে। পুমচিক চিকই। সহবগী অনিনবা অমতা লৈত্রে। তৌবদি মখোযগী যুমদু নৌনা হোংদোক্লকপা মাল্লি, মেন বোড মপান্দা লৌবুক্তা শাবনি, যুমদোম্পোক ওইনা। যুমসু দলান নত্তে, ফৈন্না শাবা মথক মখা নাইবা অচম্বা যুমনি। নানবদি মখোযগী হৌনবী ওইবল্লে। তোইলেৎ, বাথরুম, রেইটিং রুম খুৎফজা অমনি। ঐগী তোঙানবা কা অমা নাননা লৈবল্লে। ঐ ফিবোল হোংদোক্তুনা ঈরুজবগা অদুম তুম্লে। থাইলেন্দদা তুম্বা অহানবা অহিংনি।

# ৪

# থাইলেন্দা অহানবা অয়ুক

তাং ৫ গী অয়ুক্তি থাইলেন্দগী নুমিৎকা মাযোন্নরে। ঙবাং খবা ন্যখিবনা যাহৌসু খবা থেঙলে। ঐনা প্রোগ্রাম শেমদে। মখোযনা অদুম শেমখ্রে। পাউ ফাওদোক্লখ্রবনিনা ঙসি বুদ্ধগী মন্দিব অমা যেংবা চৎকদৌবি। মখোযগী ইমুংসি অয়ুক চা থক্কনবা ইমুং নত্তে, চাক ওইনা ঙন্না চাগিন্নবা তাবি। চাক্তি ঐখোযগী চেঙগা চপ মান্নে। চাবগী মওংদি কল্লকই। খুম কযা চাদে চাবসু অম্মৎপা শিন্তক তৌবা মখল অমনা থুমগী মহাও মোবোক্কী অশাবা পাবিবদুনা লোইদে। অতৈদি অচম্বা ঙাক্তনি খবী চামযুৎ যাওই হঙ্গামতম্বা মনা মশিং থোংবা মখল যাওই। ঙাদি ঐগী যেংনা ফজনা চাবে। ঙসিসু খবাউবাসু মানদে, পাউসু মানবা পাকখ্রবা ঙা অনী পাল্লবা প্লেট অমদা লৈবে। চাবা তোকপগা উইচ যুবীনা শেঙ্গা লড় চাবে। ইচানুপাদি থাই মবোল খবা খঙলে। অদুনা চাবক চিনদ পাবী নুংঙাইনা শানবে, পাঙবিবদি নুপীমচা অদুনি। ঐগী অবাৎপা যেংদুনাও লৈ। ঐ চাক খবা যাম্না চাবদুনা হাপ্লক্কদৌবগীদা তৌই। মখোযদি খিত্তা চায়।

লম যেংবদু থোকত্রিউদা থাইগী বাহে খবা ওন্নে নুপী মচা অদুদগী। চাক=খাউ চাবো কিন ইনশাং কে এং ঈশিং নাম হৌদোং- মিযাও, ঙা- প্লা থকপা=দাম, চাক চাবো কিন খাউ ঈশিং থক্লো দাম নাম, খুবমঙনি (Good morning good afternoon good evening) Sawaddee-krap নুপীনা হাযবা তাববদি, Sawaddee-ka তুম্মো বোক সান, গুদ নাইট—বাত্রি সবাদ, থেঙ্ক যু, থাগৎচবি=Khub Khun Krap/ka sorry Kathot krap ka যুবী- maaphrao মঙ্গে makhaam অসিনচিংবা ইবা যাবা ইশিল্লে।

লম যেংবদু খজিক্তং ঙল্লি হাযদুনা ঐঙোন্দা ইংবাজিদা ইবা Tourism in Phetchaburi হাযবদু পাহল্লি। ওঙ্গোক্লা ফজনা তাকখ্রে, ইনৌ নৌনা চৎপা ঐগুম্বা অমনা লম ঙাওদনবা মেপ যাওনা তাকই। লম অসি ফেৎবুবী অদুম কৌনৈ, ইংবাজি বনান যেংলবদি ফেৎচাবুবী হাযগদবা মাল্লি। অদুম অনীমক হাযনৈ হাযরে। অদুবু বেডিওদা, টি ভি দা ঙাওলকপদি ফেৎবুবী মখোয মশেল বাবী শানবদসু ফেৎবুবী অদুম হায। ঐসু ফেৎবুবী অদুম হাযবে। প্রোবিন্স অসিগী কোনুংনা 'মুআং' নৎত্রগা 'মুএং' হাযনৈ।



টুরিষ্ট বস



থাইগী বেল গাডী

লাইবিক অসিদা ফজনা তাক্রি, কনাগুম্বনা বেঙ্কোক্তগী ফেৎবুবী যৌগে হায়ববদি উপাই অহুম লৈ। কাবনা (তেক্সি) চৎকে হায়ববদি পূং ৩ বোমদা মুআং সহব যৌগনি, মদুদা হায়রে নম্বব ৩৫ দা লাকপা তাই। মসিগী লম্বীসিনা প্রোবিস অনী লাল্লক্ননি সমুৎসাখোন অমদি সনুৎসোংখ্রাম। অনীশুবা উপাইনা এয়াব কন্দিসন্দ বসতা লাকপা যাই। মখোযগী পৈশা বাত (baht) ৯০ গী টিকেৎ অমা কক্লগা পূং অনীগী মনুংদা যৌবকপা যাগনি। অহুমশুবা উপাইনা বেলগাডীদা লাকপসু যাই। মদুদা বাত (baht) ৩০ গী টিকেৎ অমা কক্লগা পূং ৪ চওনা লাক্লগা মুআং যৌগনি। বেঙ্কোক টু ফেৎবুবী মাইল ১৬০ নি। নোংচুপ থংবা থাইলেন্দগী নাকলনি।

থাইলেন্দগী প্রোবিন্স ৭২ লৈ। মযামদুগী মনুংদা মযাযথংবা থাইলেন্দা থাই সমুদ্রগী নোংচুপ্তা লৈবিবনি ফেৎবুবী। মসি ৩৯ শুবা প্রোবিন্সনি। মসিগী পাকচাউবসি স্করাব কিলোমিটব ৬,২২৫ নি। মসিগী নোংচুপ থংবা ঙমখৈদা তনাওস্রী কৌবা চীংশাং পবেংনা ম্যানমাগা তাইননা শাংনা চৎলি। উমং মবাং কায়না লৈ। ফেৎবুবী অসি অমুক ডিস্ট্রিক্ট ৮ থোক্না খায়দোক্লি। মুআং, চাম (Cha-am), খাউযোই, থযাং বানলাদ বানলেম নোংযাং প্লোং অমসুং কেংকাচান অসিনি। প্রজাদি লৌমীনা অযাম্বনি। ফৌ থাই উহে ৱাহে, পান্নচিংবসু থাই, সুগব বীৎ মবাং কায়না হৌই, মসিনা চিনি শুংই। ঙাসু ফায় লমদম অসিদা মরু ওইবা তুরেল ২ খক চেল্লি, (১) ফেৎবুবী তুরেল, কিলোমিটব ৪৪ শাংনা চেল্লগা থাই বেদা তাই। (২) বাংতাবুন তুরেল মসিনা কিলোমিটব ১৮ খক চেল্লগা থাই সমুদ্রদা তাবি। শাবগী চাংনা ১৬" তগী ৩৮" ফাওবদা লৈ। নোংদি জুলাইদগী ওক্তোবব ফাওবা তাই।

ফেৎবুবীদা লাক্লবদি যেংবা যাবা মফম মবি পীবি। (১) বেংক্রাচান নেশ্নেল পার্ক, (২) মুআং সহবদা লৈবিবা বুদ্ধগী মন্দিবশিং, নিংথৌ অহন্না তোঙান তোঙান্না শাবম্বা অমনবা কোনুং অহুম অমদি সহব মনুংগী ফজবা কযা, (৩) সমুদ্র মপানগী ফজবা কযা। মাইল ১০০ হেনবা ফেৎবুবীগী সমুদ্র মপান অসিদা যেংবা যাবা বীচ ৬ লৈ।



ফেৎবুবী কৌথন্দা ফংবা ঙাক্রা

(৪) বাংতাবুন ভুবেল তাফমদা লৈবা ঙামীগী খুঙ্গংশিং। থাই বে অদুদা মখোযনা ঙা ফানবা শাবিবা ঈযাযগী বঙ্কবশিং।

ফেৎবুবীগী অর্থদি লেন্দ ওফ ডাইমন্ড হাযবনি হায। অদুগা মুআং গী অর্থনা অবোনবা সহব হাযবনি হায। লমদমসি থাইলেন্দগী গেৎবে টু সাউথ হাযনসু খঙনৈ। মুবাংগী ফজববা মিথ অমা লৈবি। মুআং কৌবগী।

বাবী অসি ফেৎবুবী জিলাগী বাবীনি। থাযনগী রাবীনি। মফমদুদা রাইগী মপৈ মপৈ কযা লৈবম্মী। মফমসিগী মীযাম্না মদুবু শকউদবা সহবগী প্রজাশিংগীনি হাযনা লৌনবম্মী। শকউদবা সহব অদুবু থাই মবোন্দা, 'মুআং লেব লা' হাযনা খঙনৈ। মসিগী অবোনবা সহব অসি লাইগী বাবীদা লৈবা নাতৈ চাবগা অমুক্কা উবা সহবনি। মতমদুদা লৈবা অবোনবা সহব অসিগী মী পূন্নমক মখোযনা পাম্বা মতমদা মশক উহন্দবা ঙম্মী।

নোংমদি নুপা অমখক কোনা পাম্বী অমগী মথক্তা কাবম্মী, অকোযবগী ফজবদু যেংগে হাযদুনা। উ মতোন্দগী যেংথববপদা মানা উবম্মী, মী কাঙবু অমা মখোযগী লেংবান্দা কবিনো খবা পুনবদুনা শুকং অমদগী থোক্লক্লম্মী। অদুগা মখোযগী পোৎশিংদু মোংশোং মকম অমদা লোৎশিন্নবম্মী। অদুগা মখোয শ্বাই মাঙখিবম্মী। ফিভম অসি উবদগী নুপাদুনা নুংতিগী উতোন কাদুনা কুম্মৈদু যেংলম্মী। অদুম হান্নগুম উই।

নোংমদি মানা খঙনিংদুনা মোংশোং মকমদা কবি লোৎলিবনো যেংলুবে। মহাক নোক্লিংলম্মী, কবিশু লৈতে, উনা অকংবা খবা তাদুনা লৈবম্মী। অমখক মানা খুনগৎলে,



বুদ্ধনা তৃম্রিবা লাইশঙ মমাঙদা লেপ্পা

অদুগা কান্নদবা পোৎনি হাযদুনা লংথোকখ্রে। ঙাইহাক লৈবগা মী। থাঙবুদু হল্লক্রে অদুগা পোৎ খবা থিবম্লগা শাই মাঙখ্রে। অদুবু নুপী অমদি যম্লগা কপ্পুনা লৈখ্রে। নুপাদুনা চঙশিল্লগা হংলুবদা মানা লোৎলম্মা উনা অমা থিবা যংদ্রে হাযবে। ভাব তাবদুনা নুপাদুনা ঙসাই মানা লংথোকখিবা উনাদু খুল্লগা পীকুবে। নুপীদু হবাউবনা লোইবে। নুপীদুনা অবোনবা সহবদা চৎনীংলবদি চৎলুসি হাযবে। নুপাদুসু যাবে। মখোযনী নুংশিনবে। অবোনবা সহবদুদা নৌন-লৈনদুনা অঙাং অমা পোকপা ফাওবা লৈবে।

নোংমদি মাগী নুপীদুনা চখোকখ্রিঙদা মচাদুনা মমা কৌদুনা কপখৎলক্রে। মদুদা নুপাদুনা ভৌফম খঙদ্রদুনা নমা ইমুংদা লৈবনি হাযখ্রবে। অঙাংদু কপ্পা তোক্রে। অদুবু ইমুংদা থিরুবদা মমাদি লৈবমদ্রে অদুদগী অমুক কপখৎলক্রে। মদুদা মবেনবোকা কৈদৌবগে হংলবে। নুপাদুনা অশেংবা বাবীদু মনেম্বোক্তা লীবে। মদু তাবদা মনেম্বোক্তু শাউবনা লোইবে। অবোনবা সহব অসিদদি অবানবা, মীনম্বা বা অমতা ঙাঙবা যাদে হাযবে। মচানুপীদু হল্লকপদা বাবীদু তম্লে, মবানুপাদু তাম্লোকখো হাযবে। নুপাদুসু শাউদুনা চৎলনি হাযদুনা শেম শাবে। মাগী নুপীনা খাম্বা যাদ্রে। উপাই লৈত্রদুনা মাগী নুপীনা মপি তানা যাইঙং মনাও খবা হাপ্লকই পুখিনবা। অদুবু লম্বীদা লূম্মনবনা নুপাদুনা যাইঙং মনাও খবা অমা লংথোক্লম্লে।

নুপাদু মযুম যৌবে। যাইঙং মযামদু শুমাঙদা থাদবে। মাগী নুপীনা মাঙখ্রবা মাগী নুপানা হল্লকপদা হবাউদুনা যাইঙং মনাওশিংদু খুনগৎলুবে। অদুবু অঙকপনি যাইঙং মনাও ওইবমদ্রে, সনা খাংঙেন ঙাক্তা ওইবম্লে। নুপাদু ঙকপদা লোইখ্রে। মানা অমুক



বুদ্ধনা তূম্লিবা লাইশঙদা কাখৎপা



বুদ্ধনা তূম্লিবা লাইশঙ মযাদা লেপ্পা

চেন্দুনা লংখোক্লম্না যাইঙ, মনাওশিংদু খিকলে। অদুবু ফংবা ঙমদ্রে। মানা কযা খাগৎচখি অবোনবা সহবগী মাগী নুপীদুবু। মহাক অনুতাপ তৌবকই। ইনাক খুল্লুবো হাযনা পীবকপা লন মাঙজাবে হাযনা।

মসিনি কুঙ্গাবালী মুআং সহবগী। লাইগী সহবনি থাজনবি হৌজিকসু। মীনম্বা চাঙবা যাদে লমসিদা। লাইবু ধর্মবু অচুম্বা ঙাঙববু লুনা লৌনবি। লাইবিকসি পাবিঙৈদা নুংথিল পূং ৪ তাখিবা খঙহৌদে। চৎনবা শেম শাবে।

কাবদু মপানা থৌদুনা খোল্লক্লে। তুংদা মমানে ইচানুপানে, ইবেম্মদুনে তোংলে। ত্রৈখোম ৫ মুআং সহব মাঙনা লাক্লে। লাইবিক্তা মুআং সহবগী মগুন খঙলকপগা মিৎনা উনিবা মজবশিংদুগা ত্রৈ হাযবম খঙদনা ঙক্লে। লম্বী খুদিং লৈবক খুদিং ফজবগী মজবা ঙাক্তা। আর্টকী লম ওইবম্লে। চিন্না ফজবিবা সহব মচাদু ফাওদুনা লাকপদা উবে কেবদা লন্নাইগী কোম্থোংফাও যাওবে। দুকান পবেং, ইলেকত্রিক পোষ্ট, ট্যুব লাইট পানযম পূম্নমক কলাগী পোৎ ওনখ্রে। লৈবোংগী লৈবোং ঙাক্তা। সনা মচুনা শঙলদুনা থাইগী লৈবোং ওইনা যাম্বি বর্ল্বাশিং অদু। পোষ্ট অমতা মচু শঙদবা যাওদে। সহব মযায যৌবকপদনা সড়ক নাকল নাকল লৈতেংলবা পোষ্ট অমমম যুংলগা অফৈবা অবাংবা বাব অমমম হাপ্লগা সড়ক মযাযদা মৈঙাল পীবি। সড়ক নাকন্দু লৈ শাৎপা পাম্বীশিং, চহুইগী হঙ্গাম মপাল মচুগী লৈ, জাকিবন্দা, বটল ব্রুস, মখল কযাগী লৈ শাৎপা পাম্বী পবেং, ফজৈ, থৌদোক অচৌবা অমা থোকপগী থওইনা ঙসাই অযুক্তা শেম্নম্বা লৈতেং মাল্লি। ডষ্ট বিন ফাওবা মচু শঙই। উচেক মানবা, যোং মানবা ডষ্টবিন



**তূম্লিবা বুদ্ধগী মমাঙদা তুমিন্না লেপ্পা**

ঙাক্তনি। আর্ট যাওদবা, কলাগী খূৎ চঙদবা পোৎ ইউ উদে। চে মচেৎ অমা, পোলিথিন অমা চাইবা উদে, "যুজ মি" থাবা ডষ্টবিন অদুদা থাদবা চৎনৈ। চেল্লিবা তূবেল ঈশিং মুহৌদে, ঈকুজবা যাগদবা মাল্লি। ইচা সদানন্দনা মীতৈলোন্না হায়বকই 'ববা, মিথাই উম্বগী মকুদু মপান্দা লংথোকপিগনু, কাব মনুংদা অদুম থাদবীয়ু।" চুম্মে, মপাদসু অদুম থাদে, কযাদা ৱাংখ্রবা সিবিক সেন্সনো? ঐখোযগী ইম্ফাল নীংশিংলকই। মুআং সহব পংচাউ চাউবা সহব নত্তে, অদুবু কেবদদি মচুম তাই হায়বদুনি। যেংথোকখিবদা পেগোদা কযা উবে, মোনাস্টরী কযা উবে। যুমথক ফাওবা, শন্দংখা ফাওবা, শাইজিন ফাওবা কলাগী পোৎ মক্তা লৈহৌবা কাবদগী উরে। ফজৈ, ফজৈ, তনানবী মুআং সহবদু লাম্থেব্রগা ঐখোয বুদ্ধ না চহী কযা নুংঙাইনা তূম্লিবা শঙজাউ অদুদা লাক্রে। Wahira Phranon কৌবা মোনাষ্টরী অদুদনি।

ঙসাইমখৈ রা ঙাঙলমদবা মপাদুনা হায়বকই, 'Temple', ঐ ভাব তাই। বাহৈ অমনা আর্থ চাম্মনি। ঐখোযনীনা ঙসি ঙবাং খঙনবিবা। Wahira হাযবদি লাইশঙ, Phranon হাযবদি তূম্লিবা বুদ্ধ (লাই)। মখোযদি বুদ্ধবু লাই ওইনা Phranon হাযনা খঙনৈ।

নাপ্লি, লাইশঙদু চীংদুম (Khaswang) অমগী নাকচেক্তা লৈবনি। বুদ্ধনা তূম্লিবা লাইশঙদু ফাউন্দেসন ৱাংঙি, থাক থাক ফনা ৱাংনা কাবগা শাবিবনি মযূংনা ঙম্না। ঐখোয কাখৎলে, চঙখিবদা থেংনবে, পূমচিক চিকপা চাউখ্রবা কা অশাংবা অমা। শঙলিবা মক্ক অদুসু বুদ্ধনা তূম্বা কাযখিনি মতানি, তুমিন্না ফম্লি, মবুংঙোনা মিৎ পাঙলকপা ঙাইবগী মতৌনি। ঐখোযসু লাঙবা যাদে, খোঙউপ আ নৈখাদা থনম্লগা অঙৌবা টাইলসকী



বুদ্ধনা তৃন্নিবা লাইশঙগী থোংজিন্দা লেপ্পা



মুআং সহবগী নালাগী শক্তম

থাক ৩০ মুক্তু কাবক্লগা চঙলিবনি বা মচেৎ অমা ঙাওনদনা। চাউ-শাংখ্রবা কানি। কা অদু থুংনা ফক্লাং নপ্পা, লৈমাযদগী খ্বাংমুক বাংবা থাক অমদা শাংনা চেপ্পা যাতাবি, ভগবান বুদ্ধ। মাযথোঙ ঙান্না, মিৎ উইশিন্না যাতাবিবা ভগবান বুদ্ধদুগী মুর্তিদু মিটব ৪২ ৬৭ শাংই, থাইলেন্দগী মনুংদা থল্লিবা অতুম্বা বুদ্ধগী খ্বাইদগী চাউবা মুর্তি ৪ গী মনুংদা মসিসু অমনি হায । চাউ-শাংখ্রবা মুর্তিদু সনা মচুনা সনাগী মুর্তি মান্নবা তৈবনি।

ঐখোয অহানবদা ভগবান অদুবু খুকমজরে। অদুগা তপ্না চঙশিন্নদুনা চেপ্পা লোন্নবগা লৈবিবা মখোঙ খূযা অনীদু খূৎনা শোক্লগা লাইবক কচ্চবে। অদুগা মীনা তৌনবগুম তুং হন্দোক্লগা তুমিন্না মীনিট ১ বোম লাই নীংদুনা লৈবে। শান্তিগী, অহিংসাগী পাউজেল পীবম্বা বুদ্ধবু ইবমদম মনিপুবদসু শান্তি পীবীবকউ হাযনা ঐনা খুকমজখি। ফোটো নম্লে, ঙাইহাক তুমিন তুমিন্না ফক্লাংদা, শিলিং মথক্তা যেক্লিবা থাই আর্ট মযামদু যেংলে, ফোটোসু নম্লে, অদুদগী অবোইবা ওইনা ভগবানগী মখোঙদু শোক্তুনা খুকম্নগা ঐখোয থোক্লক্লে। ভক্তশিংনা মখোঙ খোঙদোন অনীদু শোকমনবনা, লাইবক কৎমনবনা সনা মচুদু কোকহৌবে। কযাদা বুদ্ধবু নীংজবিবা, থাজনবিবা লমদমদু। ভাবতকী লৈমাযদা থওইবীদ্রবা বুদ্ধ থাইলেন্দদা লৈহৌবি, অহিংবগুম, ওম্পোক্লা ব্যবহাব পীবীবদুনা।

ঐখোয থোক্লক্লে। কাবদু অমুক থৌবক্লে। দ্রাইভবসু ওইবীবিবা নুপীমচাদুগী মপাদুনা অমুক নোক্লা হাযবকই —বংতাবুন। ঐনা খঙঙি, হন্দক্লা বংতাবুন্দা থাই বেগী ঙামীগী খুঙ্গং যেংবা চৎলিবনি। মাগীদি ৰাহৈ অমনা লোইবে।



বংতাবুন থোং

লম অসি বুদ্ধগী লমনি, বুদ্ধগী বুদ্ধ মত্তনি উবিবা, লম্বী চৎলুবা খুদিং পোৎশক অনীখক তত্তনা উবি। অমনা বুদ্ধগী মুর্তি নৎত্রগা মোনাস্টরি পেগোদা। অতোপ্পা অমনা থাইগী নিংথৌগী, মহাবানীগী মুর্তি, লম্বী মপান্দা লাইশং সাইজিন্দা খিদ্রি। বাহে খলসু থাই মযেক্লা ইবি। কবিনো খঙলকত্রে। অদুবু নুপীমচাদুনা ইংলিশ্তিদা হায়রকই "ঐখোয় খুদোনবীনকাও থিন্দুনা নিংথৌদা যেংলুবা যাদে। ফোটো এঙ্গিবসু তিনে শিংলুবা হন্না যেংখৎলুবা যাদে, মশাদা পীবা ব্যবহারদুমক ফোটোদসু পীবা ওই। মদু ওবদা ঐসু খুদোনবীনফাও থিন্দুনা যেংজবমদ্রে। চুন্না চেপ্পা যেংজনস্বা অদুদনি। ফিল্মগী পোষ্টর থেৎপগুম থেৎলি, নিংথৌগী, মহাবানীগী ফোটোশিং। প্রজাশিংদা নখোয়গীদমক ঐখোয় লৈবি তাকপা মতৌনি। ফিজেৎ লৈতেং চপ চানা নিংথৌ-মহাবানীগী শেৎ-চাদুনা লোক্লা লৈহৌই লম্বী খুদিং। পূং অনীবোমগী খোঙচৎ অদুদা থেংনবিনসি মখোয়গী মলোন্দা ইবা সাইনবোর্ড, বেন্নর, হোর্দিং ঙাক্তনি। ইংবাজি বাহে উবক্তে, কনিওস্বদা বাহে পবেং অমা অনী যেপ্পস্বা অদু মঙাই। ফজৈ, নাল্লি, ফেৎবুবী প্রোবিন্সকী লম্বী অযাম্বা। পোট হোল থেংনদে, মুশুক মুবা, ডিভাইদর ফজনা পীবা, শুনুনা ফিবান চেনবা কোয়লাস লম্বী ঙাক্তনি। লম্বী পূন্নমক ইমান মান্নে, সহবসু খুঙ্গংসু।

ঐখোয় লম্বীদা বেলগাড়ী থাফম যেংবা চঙডি। মদুসু শিৎ নাল্লি। বেলগাড়ীদি মচানি, ব্রোড গেজ লৈত্রি। বেল গাড়ীগী টালী মবক্তুসু অমাং অশোই চাইবা উবক্তে। খঙদে, ঐখোয়গী ভাবতনা তমজগদবা যাম্না লৈবিকো। মী ভাব যাম্না তানৈ। সিবিক সেন্স যাম্না ব্রাংলি। ঐখোয়গীদি প্রজা ভাব তাব যাম্না বাৎলিকো। প্রজানা ভাব তাদ্রবদা সবকাবনা ওইথোক্রোই লূ-নানবা। ঐ নীংশিংলকই, "ঐখোয়গী জেবো গার্বেজ ঈহৌ



নংতাবুন থোংদগী উবা ঙামী খুঙ্গংগী শক্তম

বমদৌখ্রবগে ' ঐখোয়গী Polythene ban তৌকবদুনা কদায়দা ' শমসিদা Polythene মচেং অমত্তা ওচাইদা উদে। ঐদি মাম্মোং মোব হৌবী হায়বনা পেদে, তক-তনানবী থাইলেন কৌদিংই

মখোয়গীদি মীসু লমসু কেবদা কনা তৌই। থাইগী আর্ট লোক্তুনা থমদে। সবক্তা, যুমথত্তা লাইশঙদা উবা অদুম যাঙি। থাম্লিবা বন্দ, পোষ্ট লেবো ঙাক্তনি। সডক্কী ফুটপাথ মথক্তা শাংলি, চহই, কবরীব থাগী লৈহাও মচু বযা কয়া।

বংতাবুন যৌবে। বংতাবুন তুবেলগী ঈচিম্লি। মফমদু থাই বে কৌই। তুবেল অদুগী মথক্তা শাবিবা শাংখ্রবা নানখ্রবা থোং অদু মনম পোম্লপ তৌই।



বংতাবুন থোংদগী উবা মী হোম্নবা ফেবি



বংতাবুন থোং মথক্তা লেপমিন্নবা

খ্বাইবম্বন্দ কৈথেলগী থোং নম্বোনবি নীংশিংলকই। থোং মচিন্দা ঐখোয় কুমহৌবে। মপাদুনা থোং লাল্লগা কাবদু খামফম চানা খাম্লুবে। ঐখোয় থোং মযাযদা লেপ্লে। অঈংবা নুংশিৎ যৈহল্লে, মাঙদা তুংদা, তুবেল মপান মপান্দুদা থাংলিবা হি মযামদু উবে। ঐখোযগী হি অদুগুম্বা নত্তে, পোংগী মওংনি, তেম্তক, কোযবপ, মচু কযাগীনি। সমুদ্রবোমদা যেংখিবদা উবে, ঈযাযদা ৱাংনা শাবা বক্কব মানবা কযাদু। হংবদা খঙলে, ঙামীশিংনা মাগী মাগী ঙঃ ফাবা যানবা শাজবিবা শঙ মচানি। মখোযনা মসিদা অহিং লেক্রুগা সমুদ্রগী চাবা যাবা ঙা, বাইখু, খজিং, কোংগ্রেং, থবোই, অতৈ অতৈ কযা ফাবিবনি। লৌ ঙাকপগী শগাইগী মওংনি, ঐখোযগী লোক্তাক মযাযগী শঙ, চম্পো শঙ হাযবদু নত্তে, ফূম লৈতে, ঈযাযদা মখোঙ বাংনা যুংলগা শানবিবা শঙনি। লাং থাবিবনি, যুংলিবা চৈ মযামদুদা নপ্লম্বা থবোই, কোংগ্রেং, ৱাইখু ফাবিবনি।

ফজৈ, কুমথদুনা, হি তোংদুনা হেক অমুক্তং যেংনিংলকই। মদুমক্তি মতম্না, যাবোইদৌবে। যেংবা যাবা যেংলগা কাব লৈবা মাযকৈদা ঐখোয চৎলে। সমুদ্রদগী হুমগৎলকপা সী ব্রীজনা ইশাদা যৈবদা ইশাসি তেকখৎলে।

ঐখোয অতোপ্পা লম্বী অমদা অমুক হল্লক্রে। মখোযনা ঐবু য়েংবা যাবা যেংহল্লগে মওংনি। খবা চৎলগা ঐনা উবে, লৌ লিংলমদাইগী লৌপাক তাওথোক্লবা, ঈশিং লংনা উবা অদুগুম্না পাক শন্না ফৈদোম ফৈদোম উবি। ঐদি লৌবুক ওইববোই নীংলুবনি। অদুবু মপাদুনা অমুক ঐঙোন্দা হাযবকই, 'Salt,' ঐ ভাব তাই, থুমহী ওইবা তাই। চুম্রে ঈশিং ফৈদোম ফৈদোমদা লংলিবদুগী লম্বী মযা মযাদা থুম শুংফম শঙ কযা উবে,



ঙামী খুঙ্গংগী অতোপ্পা শক্তম অমা

অদুদগী হেন্দোক্কনা থুম অঙৌবা মপৈ মপৈ পুখিনবা পৈবদু উবে। অঙকপা লমনি চেঙগী মিল মযাদা বাইগী মপৈ থস্বগুম থুম মপৈ থল্লি। যাম্না চাউনা মিল লিংদুনা শুংবা নত্তে, ঐখোযগী মনিপুরগী থুমখোঙদা তৌহৌবা, নিংঙেল, চন্দ্রখোং, থুমখোঙ কযাদা শঙ মচা মচাশিং অদুদগী খবা চাউবা শঙশিংদা থুম মৈনা লোন্দুনা শুংলি। নীংশিংলকই, নিংঙেল থুমখোঙদা লৈশাবী মচা অনীনা চামচ মচা অমমম্না মৈতৈ থুম নমহৌবদু, মপাক মপাক। লফু লৈযোলগী লা অনৌবা মচেৎ খাংদা থন্নগা থুম মথক্তা হাপ্লগা সনা শাবগুম ওম্থোক্লা যেংবা নুংঙাইনা শাহৌবদু। ঐনা যেংবদুদা পেন্দুনা মমিং হংলকখিবনি। কাউথোকখ্রে। ঐনা নখোয অনীগী মবমদা ইবকখিনি হাযবম্বনি। ঙসিদি ইচা অনীদুগী লমন শিংলবনি। মখোয শাবমখিনি ঙসিসু নিংঙেন্দা মীযাম্না থওইবিদ্রবা কলা অদু যোকখত্তুনা, মুত্তনবা। মখোয পুন্সিবা ওইবসনু।

কাবদু লেপ্তুনা চেল্লি। অনৌবা বিল্ডিং উবদা, অনৌবা ফজবা পোৎ অমা উবদা ঐনা মপাদুগী মমাযদা হেক হেক যেংঙি। মানা ঙাঙলকপা, নুংঙাইখ্রবা, ৱাহে লীকপা, খোম্থোক তানবা। অনৌবা পোৎ অমা উবদা ঐনা থৱায যাওনা যেংবা উববদি মানা ৱাহে অমতং ইংবাজিদা হাযবকপদি শোযদ্রে। হন্দকসু ৱাংনা শাবা, থোঙ পান্দবা জিঙঘনা কুপ্পা চেক্কী শঙশাং অমা উবদা ঐনা খুদোনবী থিল্লুই। মানা নোক্লা হাযবকই, 'Birds house' মচানুপীনা মখা তাবকই, ইংবাজিনা, "উচেক্কী মযুমনি"। মসিদা সমুদ্রগী উচেক মচাশিং মকোল শাই, মকুম কোকই। মকুম লোকই। সবকাবনা ইনকম অমা ওইনবা শীল্লিবনি। উচেক মশীং হেনগৎনবা মকুম খাক্রম্মী। সমুদ্র মপান্নিনা অযুক নুংথিল



ঈযাযদা শাবা ঙামীগী শঙ

মচিঙ্গাক চাক্নবগা নুমিদাং শঙশাং অসিদা লেকপা পাইবকই। খোঙনাউ মখূল মখূল অসিদা চঙখি। মকুম মশীং লাকঙমদনা কোকইবনি হায। ফেৎবুবী অসি ঙক্তবা ঙমদ্রে। মীগী খনবা লোইদুনা উচেক্কী খনবা হৌখ্রে। মচিঙ্গাক থাব্রবসু নত্তবা উচেক মযামগী মকুম কোকফম থম্বীবি। মকুম যোনবগী ইনকম লাযনা ফংলি। উচেক্কী মখলদি যামখ্রে। পিক্কক পিক্কক তৌবা ঙাঙনি। ঐ নীংশিংলকই ঐখোযগী লোক্তোক খোঙবান। মনীং তম্না পাইহৌবিবা উচেক মযাম। অসিগুম্বা শঙশাং শাদুনা ফুবালাদা মোইবাংদা থম্বদা কবিগী মকুম কোক্রোই, ইনকম কবিগী লৈবোই। ঐখোয তৌমন্দেকো। ঐখোযনা তমজনীংঙাই যাম্না লৈবিকো মফমসিদগী। নুমিদাং ওইবদুনা উচেক শঙ্গ শঙ্গ পাইশিল্লকপা হৌহৌবে শঙশাং অদুদা।

বংতাবুন বেদগী হল্লকপা লমশাংদুদা উবি লৌবুক লমহাং। মদুদা হৌবি, যুবী পাম্বী, থাংতুপ কোনা পাম্বী। মদুদগী মহি লৌবগা চিনী শুংলিবনি। শা শলদি পংউ উদে। ইঞ্জিন্না লৌ খোইবি। ফেক্তবিগী নিল খোংবা ইতা তাদ্রি মী লল্লি।

যুম যৌবকপদু নুমিদাংগী পুং ৭ তাবে। ঐবু হাউনা পীজবে। ঙা অঙৌবা অমুক শেৎ শেত্তুনা চাবে। ঙসিদি মথেল অমা অমুক পীজবে। ঐখোযনা ঙাতোন ঙাল্লগা চাবদা থুম্না হাউবা অদুগুম্না ঙা মচা মখল অমা ঙাল্লগা পীজে। ওম্বোক্লা হাওখ্রে। ইমুংসি ওম্বোক্লা ঈংনা চীক্লা পাঞ্জবা, মবুক মপাউ ওম্বোক্লা ফখ্রবা অমনি হাযনীংঙি। মমাদুনা ঐ চাবা যানবা অযুক্তগী নুমিদাংফাও হোৎনবীবি। মচা নুপী অনীখক পোকচবনি। ইচাগী মকপ অসিনা মচেনি। মনাও নুপী বি এ তম্লিবীদুসু মবুক মপাউ ফৈ। ঐ হেক চঙখিবদা ঙবাং নুমিদাংদু মানা মখূৎ জুব তৌবকখি।



উচেক্কী যুম

ওবাংদগী উবদা নুপীমচাসিগী মপা পোকপা মপুবোক অসি ঐ যাম্না নুংশি। ওইহাক্তা মখূৎ লোপ্তু। কৈনো অমা, কৈনো অমা অদুম শৃদুনা লৈ। ওম্ফোক্লা মবুক নপাউ যাখ্রে। ঐ হেক উবদা নোকই। মবোল ইবোলদি খঙনদবনিনা বাবী শাবদি যাদ্রে। অদব্ থমোংদি অমতা ওইখ্রে। মানা পুনা তৌজবা হুইজাউ অনী লৈবি। মদুগী মচিঞ্জাক মানা হোৎনবি। চাক ইনশাং তা অতৈ অতৈ। নুংথিলনা মঙ্গে পাম্বী খবা হৌবিবদু চৈনা থাদোলতম্বা অমা মতোংদা পুনশিল্লগা মঙ্গে অমুনবা হেকই। মদু অয়ুক যমদুনা মকু খোকই অদুগা ইমুংগী শিজিন্নবা যজনা য়োমদুনা থম্লি। যোল্লম্বফাও যাবি।

ঐ নুমিদাংসিমসু থাইলেনদগী যজনা কযা উখিবদু নীংশিং নীংশিং থাইগী মযেক অমসুং মশীং ইবা তম্মী অদুগা ভূমথলে যুমগী ইচাগী ইশুগী, মবোক্কী বাখল খন্না খন্না।




থাইগী মযেক অমসুং মশীং

৫

# কোনুং অমনবা য়েংবা চৎপা

মীবৈবাক্কী নুংশিৎ স্বব হোন্দুনা লৈবকপা ঙসি হৃন্নি শুবে, ঙবাং নুমিদাং ইমুংগী মঙ মঙঙি। সদানন্দগী মমা উবস্মী। Sigmund Freud না হায়বা, মঙদি Unfulfilled wish অমা fulfil তৌবনি হায়বদু চুম্বা তাই। থাইলেন্দ চৎনীং চৎনীং পাসপোর্ট শাদবদগী মহাক নীংঙমদনা লৈহৌবনি। মঙদদি মফমসিদা লৈবগুম তৌবস্মী। মহাক্না হায়বদগী ঐ নুপীমচাসিগী মুগা অশেংবদা মোইবাং ফিজিন হৎপা ইন্নফি লৈবকপনি।ময়াযদা কবোক ফজনা চাইবা অপাবা ইন্নফি অনী লৈদুনা মাচিন মনাওগী অমমম নহাল নুংদাং য়ৌবকপগা পীথ্রবনি। মনাওনুপীসিনা ইচানুপাদা মণিপুবগী লাইধী তপ্পকই হায়দুনা ঐনা মৈতৈগী ফজবা লাইধী অনী অমসু চেকশিন্না পুবকতুনা পীখ্রে। অদুদা নত্তনা মপাদা হাউফি অমা, মমাদা হাউফি অমা কৎখ্রে। ঐনা ফজবা মচু মচুগী খল্লকপনি। হৌজিক খবসু লৈবি। মৈতৈগী লুহোংবদা নুপীশিংনা পায়নবা বেশমগী শেঙ্গাউ অনী অচৌবা হাওফি অমা লৈবি। মসিনা সদানন্দনা হায়বকপা মতুং ইন্না নুপীমচা অসিগী মনে অনী লৈবি। মপা পোকপা মবোক মনেতোনগী নাক্তা লৈবি। মখোয় অঙ্গমগীনি।

মঙগী ৱা নীংশিং নীংশিং অয়ুক অসিমদি পোখাবে। নুপীমচাদুগী মপাদু উদে। মাদি ঙন্না Bangkok তা প্রিন্সিপাল ময়ামগী মীটিং চৎখ্রে হায়। মহাক নুমিৎ তাবগা হল্লক্লনি। ঐগী ঙসিগী শবথী মনে অহল, য়ূমসিগী মনীংদা নক্না লৈবিবী অদুনা ওইবা তাবে হায়। মহাক মাগী নুপাদুগা মপামদা লৈবগুম্বনি। মপাবুংনা লৌবুক অসি পিবাদা খবা, নিংঙোন্দা খবা তম্বনি য়ূম্ফম ওইনা। পুখ্রি অমতনা খনবনি। কোম্বোংদি পূল্লিবনি।

ঐ হনুবদুনা মঙ্গে মকু খোক্লিবদু উবদা চঙশিল্লে। ঐ উবদা নোক্লকই। ঐনা খুকস্মী। মানা থাই মবোন্দা কবিনো খবা হায়খি। ঐ মনাক্তা ফল্লে। মঙ্গে অকংবা মকু খোকপা যাওবে। মকুনা খাউ অমদা হাপচিল্লি, অঙাঙবা মঙ্গে মতোং অদুনা পুখম অমদা হাপচিল্লি। বোডা অদুদা যাওবম্বদু খোকপা লোইবে। অমুক হেকপা তাবে। অহলদুনা চৈ মতোন্দা পুল্লিবা থাঙ অদুনা হৈ হেকপদু য়েংবদা ৱাবে। ঐনা মাবু খাম্মে, অদুগা ঐনা তাপ তাপ পায়দুনা উদু কাখৎলে, পবেংদু অমদা অমুক লান্দুনা ঙাইহাক্তদা মঙ্গে বোডা অমা হেকপীবে। মদু উবদা অহলদু নোকপদা লোইবে, মবোলসু লোম্লি।



ঐনা মঙ্গে মকু খোকপা যাওবা



ঐগা নুপীমচা অদুগী মপুবোক্তা

ইমুংদা লৈবা মমা, মচাশিং অদুসু থোক্লক্তুনা যেংলবে। মখোযদি অঙকপা অমা ওইবে। ঐগী চহী মতাংদুনা উতোন লোম্লম্বা অদুদা মখোয মমিৎ কুপখিদ্রে। ইচা নুপাদা মখোযনা তম্লুবে। সদানন্দ থোক্লক্তুনা লক্লববে, "ববাদি থাইলেন্দদা বেকোর্ড অমা থনম্লেদনা।" মানা ফোটো নমখৎলক্লে। মযাম্না হাযমন্দুনা কুমথবক্লে। অদুগা অমুক হন্নুবদুগা ঐখোযনী মকু খোকমিন্নবে। অসুম তৌনা অযুক্তুমা ঐবু তবাম্না ওকপীবিবা ইমুংদুগী থবক মচা অমতসু পাংবিবে।

নুংথিলদি শামনবদুনা উকম থিবে। নুপীমচাদুগা ইচানুপাগনা কোম্থোং লম্বীগী উখা অদুদা ফক থাদুনা থমখ্রে। ঐবু কৌথোক্লে। ববানা লাইবিক ইবদু উকমদা ইবীববো হাযবক্লে। অদুনা ঐসু মোজাফুবিৎ অমা লিৎলগা হাফ পেন্ট অমা শেৎলগা লাইবিক ইব্রুবে। হন্নুবদুসু ইনাক্তা ফম্লবে। নুপীমচাদুনা চানবা, থক্লবা লোইনা পুথোক্লক্লে। ওম্থোক্লা নুংঙাইবা নুংথিল অমা ওইবে। ঙাইহাক নৈবগদি মনে অহল অদু কাব অমা থৌজিল্লক্লে। ঐনা লম্বী থৎলম্বা উবদুদা মহাক কাব খাম্লম্লগা কুমথবক্লে। ঐঙোন্দা মখূৎ জুব তৌনা খুকম্লকই। অঙকপনি লমসিগী ব্যবহাব। অহল অমা উবদা, মখোযদা লাকপদা ব্যবহাবনা মাঙ থাবি। ঐ লাকপা মহাক তাবে হাযনা খল্লি। অদুনা ঐবু ঙসিগী লম যেংবা পুবিনবা মহাক ঙন্না হল্লকপনি। স্কুলগী ওজানি হায। মতাং চাবে হাযদুনা ঐনা মাগী ফজবা শেঙ্গাও অমা পীখ্রে। ওম্থোক্লা ফজে হাযদুনা যেংদুনতা লৈখ্রে। ফোটো নম্লবে।

নুংথিল পুং ৪ দা খোঙ শাল্লে। অহানবদা মুআংগী মনুংদা লৈবা বুদ্ধগী লাইশঙ অমদা ঐবু পুশিল্লে। যাম্না চিক্লা ফজবা মোনাষ্টবী অমনি মসিমসু। চাউই, যূমশাসু



নুপীমচা অদুগী মনেহন্না শেঙ্গাও উত্তুনা নোকচবা

চাউনা যাঙ নাইনা শাবগা যাঙগী মচীন অনীদু উচেক মঙক শানা বাংনা থেক্কৎনা থম্বা মওংনি। লাইশঙ অসিগী মমিং WAT YAI SUWANNARAM কৌই। নিংথৌ বাম ৫ শুবনা ইবম্বগী মতুং ইন্নদি মোনাষ্টবী অসিগী মমিংসি 'বাৎ যাই' হায়নদা কৌবন্মী। অদুবু ১৭ শুবা শতাব্দিদা বেঙ্কোক্তা কোনুং ওইদ্রিঙৈ অয়ুথয়াদা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা নিংথৌ সোমদেজ ফ্রা সুঙ্কবাজ, তোং নৎত্রগা সুবান হায়নসু খঙনবা অসিনা ফজনা শেমজিল্লগা অকোনবা মমিংসি কৌখিবনি। মনুং চঙশিনবদা খঙলে ফেৎবুবীদা লাকপা তাববদি যেংদবা যাদবা মফম ওইবল্লে। লাইশঙ অসিদা আর্টকী লমদা থাইলেন্দ কযাম চাউখৎলি হায়বদু উৎলে। হেক ফক্তুনা পুনিংলকপা হায়দু যৌই। ফরাংদা, শিলিংদা থোঙদা অঙকপা আর্ট ঙাক্তনি। ওয়োক্লা খূৎ চঙনা যেকখ্রে, হৎতুনা শেমখ্রে, মিৎফম হোংবা যাদে। অদুগী মথক্তা বুদ্ধ ফম্লিবা সিংহাসন অদুগী অকোয়বদা শেম-শাবিবা আর্ট কয়া, মথোল কয়াদু তশেংনা ঈশ্বরমক্তা লৌগদবা খুদোলনি। চাউখ্রবা সর্মোন পেবিলিওন অদু ১৭ শুবা চহীচাগী কলানা যোম্লবা শঙ অমনি। নৈমায় অদু মুশুক মুবা, শিং নানবা চীংশু উপাক্লা নান্না থাবি। লংত্রিক লংই, খোঙউপ যাওদ্রবা খোঙপাক্লা নেৎতুনা চৎপা মতমদা তইং তইংঙি। মীযান্না লাই খুকুম্বগী শিং শিংতুনা চৎপদা শিং নাল্লে। চহী ৩০০ হেল্লবা লাই ঙাক্তনি হায, যেক্লিবা মযামদু। অযাম্বনা ফুঙ্গা ৱাবীগী, লাই-তিনগী ৱাবী ঙাক্তগী শক্তন্নি। ওয়োক্লা খূৎ চঙনা যেকপনি।

নিংথৌরোল খুদিংগী শেমজিল্লকপনা অবাৎপা লৈত্রবা মোনাস্টরীনি। লম্বোইবশিংগী লৈফম, ধর্মগী পাউতাক পীফম হোল, লাই খুকুম্ফম হোল, লাইব্রেরী অনী অমনা পুখ্রি



ৱাট যাই লাইশঙদা ফম্বা

মবাখদা অমনা মখোল অনীগী কপ্পালদা। মখোয়না ঈবাখগীদু Tripitaka Library কৌই। মসিদা বৌদ্ধ ধর্মগী খুৎই লাইবিকশিং ফজনা যোক্লুনা থম্লি।

লাইশঙগী থাঙশিং অদু থাখ্রবা লৈবোং হৎপা টিক্কী উপাল্লা শাবনি। থোঙ অনী ফাৎপা শঙ চসিগী থোঙ অমদি মং দোকত্রে। নীংশিং খুদম অমা ওইবে। থোঙ অসিদা মখাখদা থাঙনা মানখিবগী চাউনা হোবা অমা লৈবে। মসি ম্যানমানা থাযনা লান্দাবকপদা যাহৎলম্বা দাগ অমনি হায। নীংশিংলকই ইনিংথৌ গবিবনিবাজনা ম্যানমাগী পেগোদা অমদা যূম্বীদা থাঙযম থনর্মী হাযবদু। ওসিযাওনা মদুবু ম্যানমা মচাশিংনা থম্লমখিগদ্রা অদুবসু নীংশিংলকই লানযম কযাদা যাখিবা মৈতৈ শগোল লাম্মী কযাদুনা ম্যানমাগী লান যাওদুনা থোঙ অসিবু যাম্বংলম্বা ওইবিদ্রা। লাইশঙ অসিগী তোপ তোপ্পা শঙম চমও হাযবা তাবরদি মসিগী মনুংদা লাৎলিবা বুদ্ধগী মুর্তি অসিনি মখোঙ যেৎথংবা অসি খোঙশা ৬ পাল্লি। লাইশঙ অসিদা বুদ্ধিজমগী লাইবিক তম্বা যাবে। পাউতাক পীযম, মঙ্ক ফমযম অদু থম্বাল লৈনা পানবা ফম্বাক অনীনি। নুপা-নুপী কযা, মতৈ-মনাও কযা Monk অদুদগী মবাই লূক্লা পাউতাক তাবি মথঙ মথঙ।

ঐখোযদি যেঙ্গদবা যাম্লি। অদুনা Sermon তাদ্রে। Baht খবা উপুদা থাদবে। মখোযদগী কৎনবা ধুপ, থম্বাল অপোম্বা, অমদি চেনা যোম্বা সনা মচুগী লংবাব মচা মচাদু লৌবে। ঐখোয ৫ গী মযোম মঙা লৌবে। অদু পাযবগা চঙশিল্লি, ধুপ কৎলে, লৈ কৎলে, ধুপ্তু চুখৎলে। ঐখোয খুউ খুদক কুন্দুনা খুকল্লে। অদুগা হৌগৎলগা সনা মচুগী লংবাব মচা মচাদু মখোল কযাগী সিংহাসন মথক্তা ফম্লিবা বুদ্ধগী মুর্তিদুগী মমাঙদা



ৱাট যাই লাইশঙগী ঈশিং মযাযদা লৈবা লাইৱেবি

ফম্লিবা বুদ্ধগী মুর্তি মযামদুদা অমমমতা ওইনা নপশিল্লি। অমুবা মুর্তিদু মীযাম্না নপ্লম্বনা সনাগী মুর্তি মাল্লক্লে। ঐখোযসু নপ্লে। সেবা মখল অমনি। লাই খুকুম্বদা খোংগ্রাই চনবা যাদে, চেপ্পা ফম্বা তাই, খূৎ জুব তৌবগা লৈমায লাইবক শোক্লা খুকম্লে। কোযনা যেংলগা থোক্লকপদা থোঙ মযাদা লৈবম্বা খোলোক মানবা পুংজাউদু পাযবম্মী। লাইশঙদুগী নাকলদা বেলকোনী পবেং অমদা সনা মচুগী বুদ্ধগী মুর্তি ১০০ মুক খিল্লিবদু যেংলম্মী। মীনা কৎনবকপনি। কযাদা লূপ্পা থাজখ্রবা। বুদ্ধ হাযবগা লোইরে লমদমসিদদি। অদুগা ঐখোযবোমগা খেন্নবা অমনা ফম্লিবা মঙ্ক অদুনা পৈশা অদুক পীযু হাযদে। অঙম্বা Baht খবা উপুদা থাদবম্লগা লোইবে। নুপী মচাদুগী মমানা, মনেহলনা কযা কযানো থাদখ্রে। ঐসু Baht ১০ গী নোট অমা থাদবম্লে। মদু মঙায। ঐনা জগনাথ ক্ষেত্রদা, পুবিদা লাই খুকুম্বা চঙবদা পাণ্ডাশিংনা তৌহৌবদু নীংশিংলকই। পাণ্ডা অমনা ঙক্তা লং অঙাঙবা মচা ৪/৫ না কোনবা লুণ্ডন মানবদু হুকচিল্লক্রগা লুপা ১০ নিবকখিবদু নীংশিংলকই। যমগী লৈবাক ওইনা উবকখি পুবিদু।

মনেনা হায, বুদ্ধ অসি ইন্দিযাদগীনি। ঐনসু খুম্মী, মান্নি, ঐখোযবোমদগীনি। মহাবাজ অশোক্লা শন্দোকখিবনি। লাইশঙ অসি মখোযগী চহীদা ২৪৫২ B E (Rama's reign) হাযনা থাবি। ইংবাজীগী চহী মখোযদা চৎনদে। হৌজিক্কী চহী ২০১১ অসি মখোযগী চহীদা ২৫৫৪ গা মান্নবি।

মথঙগী যেংফমদি কোনুং অমনবা তাবে। নিংথৌ Rama-IV না পোখাফম ওইনা চীংথক্তা শাবম্বা কোনুং অদুনি। অদুবু লম্বীদা লৈবা চীংখোঙগী বুদ্ধগী অচৌবা



**বাট যাই লাইশঙগী মূর্ত্তি অমদা ঐনা লংবাব নপ্পা**

মন্দিব অদুমতংগা যেংলমখিসি হাযবে। ব াবিদু মনেহলনা তপ্পা থৌজিল্লে। লাইশঙগী হৌনবী খঙলবনিনা মসিদদি বাদ্রে ঐ। লাইশং অসিগী মমিংনা 'বাট মহাখাত বোবাবিহাবা' কৌই। ঙসাইগী অদুম্না Baht খবা উপুদা খাদবগা ধুপ মচৈ অহুম লৈ খবা, চেনা যোম্বা সনা মচুগী লংবাব লৌবে। খোঙজিন চঙদ্রিংঙদা ধুপ চুখত্তুনা কৎলম্লে, মপান্দগী মন্দিবদু অমুক্তং খুকম্লে (মসিমদি ঙসাইদগী খবা তাপ্প), খোঙউপ থনম্লগা মনুং চঙলে। লাইশঙ অসিনা ফজবা পূমহেন্নি। খবা থেংনা শাবা লাইশঙনি। মতোন ৫ লোঙবা বাংবদা ইন্দিযাগী কুটুব মিন্নাবমুক বাংবা লাইশঙনি। ঙসাইগী লাইশঙ অদুগুম্না মসিসু বেলবোনীনা কোযশিল্লি। পবেং খিল্লিবা বুদ্ধগী মুর্তি মশীং থাঁবা ৱাবে। মুর্তি খুদিংগী মখোঙদা খাই মবোলনা মিং থাবি। অকৎপা মীশক্তুগী মিংনি হায।

মনুংদা চঙদুনা ঙসাইদৌনা লৈ কৎলে সনা মচুগী লংবাবদু অপাম্বা মুর্তিদা নপ্লে। নপ্পা অদুসু খূৎনা তৌনদে, যোম্লক্লিবা চে অদু পাযবগা নপকদবনি, খূৎ থেংনদে। অদুগা চে মচেৎ অদুনা থাদযম বোক্স অমা থল্লিবদুদা ইশানা থাদবমগদবনি। লমদম অসিদা ইশানা তৌগদবা ঙাক্তনি। ঐনা ঈশিং থকপগী বোটল ইশানা খাউদা পুবক্কদবনি, ঐখোযনা শিজিন্নবা অচাপোৎ যোম্বা পোলিথিন খাউ ইশানা পুবক্কদবনি। অদুগা লম্বীদা থম্বা দষ্ট বিন্দা থাদবম্বা নৎত্রগা যূমদা কাবদা হাপ্তুনা পুবক্লগা মৈ থাদোকপা। কযাদা ৱাংখ্রবা ৱাখলনো। ঙবাংমক বংতাবুন্দগী হল্লক্লগা কাব মনুংদগী মিঠাই মকু ফাওবা লৌথোক্লগা নুপীমচাদুগী মপানা মৈ থাখিবা ঐ উববনি।

লাইশঙ অসিগী তোপ-তোপ্পা অমত্তং হাযববদি লাই খুকম্বা লোইবগা শামু থাঙ্গৎপা অদুনি। মিশিনা শাব মানবা শামুগী মুর্তি অনীখক যোৎকী প্লেট অমমমদা লাইমাঙদা



বাট যাই লাইশঙগী কোবিদোবদা খম্লিবা বুদ্ধগী মুর্ত্তি মযাম

খিম্লি। অমনা লাবনি অদুগা অমনা অমোমনি। লাই খুকম্বা চঙলকপা খুদিংমক শামু থাঙ্গৎনবম্মী। লাবদুগী মনঙ্গন্দা চগো (বিং) অমা যাওবি। মদুদা খুৎ যেৎকী খুৎনাওবীনা কোৎলগা থাঙ্গৎকদবনি। অমোমদি থাঙ্গৎপা যাদে, তৌহৈদে হায। মমানসু মনেনসু ঐবু থাঙ্গৎলু হাযবে। ইচা সদানন্দসু থাঙ্গৎলে। মাদি নহালমুক লাকপদসু থাঙ্গৎলম্লে হায। ঐসু থৌনা ফবা শাদুনা খুৎনাওবী থিংজিল্লগা থাঙ্গৎলুই। থাঙ্গৎপা পাক যাদে। যাম্না লূম্বা পোৎনি, খা-চিক্কুনা খজিক্তংবুদি থাঙ্গৎলে। মনেনা নোকচৈ, মমাসু। মসিগী ফলদি অনীবক থাঙ্গৎপা ঙম্নবদি দশা ফবি থবক মঙ্গল ওই হায। ঐদি মসিগুম্বা অন্ধাবিশ্বাস অসি কযা থাজদবনি, অদুবু অমুক্তি থাঙ্গৎলম্লে। ইচানুপাসু নুপীমচাদুসু থাঙ্গৎনহৌবি। ঐদি ফব্লাংগী লাই অযেকপদু যেং যেংদুনা থোক্লক্লে। মীযাম্না খুৎনাউবীনা কোৎপদা লাবদুগী মনঙ্গলগী কোচিদু মচু কোকহৌবে। অমোমগীদুদি থাঙ্গৎপীদবনা সনা মচুদা লৈহৌবি।

ঐখোয কোনুং অমনবা যেংনবা চীংখোঙ যৌবে। যাম্না বাংবা চীংদি নত্তে। লম্বী অনী লৈ। গাডীনা চৎকে হাযববদি কোইনা চৎপা তাই। খোঙনা খবসু কাকবা তাই। অদুবু অনীশুবা লম্বী অদুদি অশম্বীনি। কেবল কাব না চিংখৎপীনি। ঐখোয মদুনা ফবনি হাযদুনা অদোমদা চৎলে।

কেবল কাবগী পার্ক অদু যৌবে। মনেগা মমাগদি লৈহৌবগে, কৈথেল অদুদা ঙাইবম্মগে হাযবে। নুপীমচা অদুনা লুচিংদুনা ইপা-ইচাগা চৎপা তাবে। টিকেৎ ককফম চঙলে। নুপীমচাদুনা ঐখোযবু বা ঙাঙবীবক্কনু হাযবে। মবমদি ইপা-ইচা থাইলেন্দ মচা



মঙ্ক অমনা মতৈ মনাও অমদা সর্মোন পীবা



বাট যাই লাইশঙগী থোং অমদা নৈবা থাঙফম

শাব তাবে। ফোরেন্নবগীদি টিকেৎ মমল যাম্না ৱাংঙি, Baht ৪০০ বোম ওই। অদুগা থাই মচাগীদি মমিংতা ওইনা মী অমদা Baht ৪০ খক লৌবি। নুপী মচাদুনা মী অহুমগী টিকেৎ কল্লে। অদুগা কেবল কাব মনুংদা ফমদুনা মী থনবা ঙাইদুনা লৈবে। যামদ্রবদা মী ২০ মুক্তি চনগনি। মথক্তা কাব অমা লৈখি। মখানবু হান্নবসু মথক্কবু হাল্লবসু মী হেক অমনা থনবদা কাংশি খীংঙি। কাগদৌবে, নৎত্রগা কূমগদৌবে তাকইবনি। ঐখোয ৩ গা অতোপ্পা মী ২ গদা ঙাযবি মখাদা। অদুবু মথক্তা মী থল্লমাল্লে। কাংশি খীংলক্লে। ঐদি ৰবম্না তৌগদৌবিবনো খল্লুবে। অদুবু যাম্না লাইবা ওইবল্লে। তালী অমা শেম্লি, কাবদু যোৎলিনা চিংখৎলি। অসোমদগী অমসু তপ্পা কূমথবকই। অনীদু থেংনদনবা মযাযদা তালী (বেল) দু কোয়্থোক্তুনা নাক যেৎতা অনী থোক্লগা অমুক কোনশিল্লক্লগা অমতা ওইখি। পুল্লিবা যোৎলি অদু চপচানা শাংবা মান্নবা তংখায লৌবগা কাবগী মনীং মনীংদা পুনবনি। অমা চিংখৎপা অমা থাদবকপা, কযাদা শিংনা হোৎনবিবনো। ঐখোযগী মনিপুরদা তৌবদা কযাম পৈশা তানবা যাগনি। কাব অনীদু ফজনা থৈনখ্রবা জাৎনি। মিনিট ১০ গী মনুংদা মিটর ৯৫ ৱাংবা চীংদোন্দু যৌবে। অতোঙবা চীংদোন অহুম লোঙবা চীংথক্তু যৌবদা ফজবনা ঙক্লে। কোনুং অমা পাক শন্না লৈবল্লে। নুপী মচা অদুনা মাঙ থাবগা সুম মথঙ মথঙ সেক্যুবিটি চেক তৌবগা কাখৎলক্লে। নিংথৌনা পোখাফম ওইবম্বা চীংদুম অদোমদা হান্না কাখৎলে। মকোক অহুম লোঙবা চীংজাউসিগী অহানবা মমিং 'খাও সমানা' কৌবম্মী। অদুবু কোনুং ওইনা শেমগৎলকপদগী মসিবু 'স্বর্গগী লমদম, (মহাসাবন) হাযনা খঙনখ্রে। অদুগা শাগৎলিবা অপূম্বসিনা, "Phranakhonkhiri নৎত্রগা Khaswang হাযনা খঙনৈ। মসিগী অর্থনা চীংথক্তা



**ৱাট যাই লাইশঙগী মনুংদা লৈবা পুংজাও**

লৈবা সহব হায়বনি। মসি থাইগী নিংথৌ বামা-IV মোংকুট হায়নসু খঙনবা অদুনা মাগী পোখাফম ওইনা ১৮৫৯ দা ফেব্রুবরী অসিদা লাক্লুনা শাগৎলম্বনি। মসিনা থাইগী নিংথৌনা চীংথক্তা শাবা ইহান হানবা কোনুংনি। মহৌশাগী ফজবা কাযহন্দনা নুং মনগা শুকং মবক্তা, শা মবক্তা শাগৎলম্বা কোনুংনি। মসিদা শুবে লাইশঙ লাইনীংফম, লাইশোনফম, দববাব তৌফম।

ঐখোয খোঙনা থাক থাক কাখৎলে। নিংথৌ বামা IV গী শঙ্গাঈ, পোখাফম কাদু চঙলে। যেংবদনি শোক্লুবা যাদে, নুপী অমগা নুপা অমনা চেকশিন্না ৱাক্রি। খোঙউপ তোংবা যাদে, থনম্বসু যাদে, মবমদি হোবেল থোকপদা মাযকৈ অমদা থোকখ্রদবনি। অদুনা খোঙউপ পাযবে। মদুসু তুংদা লোৎপদৌনা। নিংথৌগী কানি ব্যবহাব উৎলিবনি। ঐনা মৈতৈলোন্দা সদানন্দদা ৱা অমা হাযকই, নুপীমচাদুনা মখূৎ খূদোনবীনা মচিন্দা থম্লকই। বা প্রঙবীগনু হায়বনি। ঐখোয থাইলন্দগী মী শাবি হায়বা কাউকরে। হোয তৌববুদি লোনখত্তুনি খেন্নবিবা, শক চু কবিসু খেন্নদ্রে। ইচা সদাদি ঙৌবনিনা অমতবু ওইখ্রে।

নিংথৌগী ফমুং, মহাবানীগী কা, নিংথৌগী ঈকজফম, মহাবানীগী কেফম, চাক চাফম, মখোযনা শীজিন্নবম্বা কোল লীক, টেবল চৌকি, প্লেট, চামচ, মিংশেল, শুবে, ওস্থোক্লা নান্না ঙসিফাও থম্লি। কাঙখল অদুদি ওস্থোক্লা ফজখ্রে, লংজম নত্তে, চৈখোক পবেংদু ফিবান যাম্বদুনা ঝলুব তাবি। ঙসি থাবা কাঙখলদৌনা লৈবি, মযায খাযদোক্তুনা নানখ্রবা ফমুংদুগী মথক্তা। মোম্পাকসু যাম্না থায। কাংথোন্দি টিক্কী মাল্লি, মুশুক মুই, লংই। কাংখল চৈখোক পাল্লি। নুপী অমমম্না কা খুদিং শঙলি, পাযকবা, শোক্লুবদি



**বাট মহাথাত বোবাবিহাবা লাইশঙগী মমাঙ**

যাদে, ফোটোসু নমহন্দে, বুকলেট ওইনা যোল্লি, ঐসু লৈবকই, চীংদুগী মবম শুনা ইবা লাইবিকসু নুপী মচাদুনা ঐগীদমক লৈবীবে। ঐখোয় মখঙ কা অমমুক চঙলে। মদুদনা নিংথৌনা শিজিন্নবম্বা লানগী খূৎও খূৎলাইশিং উবা ফংলে। অকিবা ফংলবা খূৎলাই কযা যাওবি, তা মখল কযা থাঙ মখল কযা, মতোন তুম্বা, মতোন হোবাই শাব, মনিপুরগী নিংথৌশিংনা শিজিন্নদবা খূৎলাই কযা উবা ফংঙি। মতমদুগী থাইলেন্দগী নিংথৌশিং হৈ-শিংদে হাযবা যাবোই। চুঙ্গাই ফাওবা মখল কযানি, মওং কযানি, ফক্লাংদা নপ্তুনা লৈহৌবিবা।

অদুদগী থোক্লক্লগা যেংলে, নিংথৌগী শগোলশঙ, ড্রামা হোল, লাইনীংফম, লাই খুকমফম্নচিংবা। ভগবান বুদ্ধগী মুর্তি অদুমক্তি কোন্না খিনবনি, নিংথৌনা লাৎলম্বা মুক্তা থাম্বা মুর্তি অদুমক্তি বেঙ্কোক্তা পুখ্রে হায। থাইলেন্দগী খ্বাইদগী চাউবা লাইশঙ গ্রাণ্ড পেলেস অদুদা থমখ্রে হায। মথঙদা ঐখোয় কোনুং অসিবু শেমগৎলম্বা নিংথৌ বামা-IV গী মুর্তিনা ঙাম্থোইবিবা লাইশঙ অদুদা অমুক চঙলে। অমুবা মুর্তি অমনা শঙ অদুগী মনুংদা থাঙ পাযদুনা, মখূৎ অমনা লাইবিক পাযদুনা লেপ্লি। হংলুবদা খঙলে, নিংথৌ মশানা হিংলিঙৈদা ফ্রান্সকী মুর্তি শাবা খূৎহৈবা অমবু মাগী মুর্তি অমা শাহনখি। ফ্রান্সকী নিংথৌবেল নেপোলিযন্দা খুদোল তৌনবা শাহনবনি। অদুবু মুর্তি অদু মানা মনীং থুংখিদ্রে। অদুনা অমুক থাইগী মমিং লৈবা মুর্তি শাবা অমদা অমমুক শাহনবদদি নিংথৌনা খোযদাবে। অদুবু মানা নিংথৌ নেপোলিযনগী মফমদা থানবা হোৎনখিদ্রে, কবি খল্লবনো খঙদ্রে। মাগী তুংদা পাল্লকপা মচা নুপা বামা-V না মপাগী মুর্তিদু মফমসিদা



রাট মহাথাত রোবাবিহারা লাইশঙগী মথক



রাট মহাথাত লাইশঙদা ঐনা লংবার নপ্পা

লাত্তুনা থনম্বনি। তাবদা নুংশিবা পোকই। যাম্না চাওখৎপা পাম্বা নোংচুপ্পোমগী কলা-বিদ্যা ইতিহাস ফজনা খঙলবা নিংথৌ অসিনা শেমগৎলম্লিবা মযামদ্ উবদা অপেনবা পোকই। মানা নোংচুপ্পোমগী কলাবু পামজকবনা চীংথক অসিদা শেমগৎ শাগৎলিবা অপূম্বা থাইলেন্দ অমসুং নোংচুপ অনীগী কলাশিংগী অপূনবা মমি ওাবি। শঙ পূম্নমক লাইশঙসু মখাগী শকল্লা নোংচুপ্পোমগী ডিজাইন্নি। মদুগা যুমথক্কী শৰ্কি থাইগী চাইনাগী অবিবা ডিজাইন ঙাক্তনি। যেংবদা ফজহল্লি অদুমক্তনা অমনবা কোনুং অসিগী মণ্ডপ খংহেন হেনগৎহল্লি। অদুনা ঐখোয অহুমসু নিংথৌ অসিগী ঙাম্থোইবিবা মূর্তিদা ব্যবহার উৎলম্মী নৈ কৎলম্মী তূমিন্না ফমদুনা শঙলিব্বী থাহি নুপী অদুনা ঐখোমবু মুন্না যেংহৌই।

ঐখোয অমুক থোক্লেক্লে। চীংথক্কী নুংশিৎনা যৌবদা ঈংলে। কালেন ওইবনসু ঈংবা ফাওবে। ঙাইহাক পোথাবা ওইনা মুঅাং সহবগী ফজবা যেংদুনা লৈবে। কযাদা ফজৈ, অঙাঙবা যুমথক মযাম পুল্লপ উবে। ফেৎবুবীগী যুম্লে, কৈবৈ, যুমশা-লাকসা লোইনা উবে চীংথকসিদগী। উবে লা পুক্লা থাই সমুদ্রনা লাপ্পা ঈথক হৌবিবা অদুফাও। ফজখ্রে, ফজখ্রে, যুমথক অঙাঙবা, যাঙলেন মতোন অনী থেক্কৎপা, থাইগী ডিজাইন্দা শাবা যুম পবেং, পবেং, পুল্লপ পুল্লপ উ মবক্তা লৈবা উবি তাম্না, ফূডা দলান ইউ উদে। মবক্তা অমা অনীদি যেপ্লি, মবিং-মবাং ওইনা উই। ফজবা হাযবসি ফুবা দলান্না ওইবমদ্রে কেজবা, নানজবা, লূজবনা ওইবম্লে। তাম্না চীংশাং পবেং মচা অমসু উবি, চীং তাঙজবা লম্নি। অদুনবু চীংদুম অসিমা ফংজবদা নিংথৌনা পোথাফম কোনুং শেম্নম্লিবনি, কালেনগী



বাট মহাথাত লাইশঙদা ঐনা শামু থাঙৎপা

অশাংবা থাক্তনা। অদুগা নোংজুপ্পাদি মখম চৎসিদা লৈবা নু ওইহিতে হায়দুনা কুমথবক্লগা নিংথৌনী তুরেল মপান্দা মুথাং সইবা মখাদা কোনুং অমমুক শাবখী হায়। মদুনা মচা নুপা নামা ১ নাদি। অদুনগী মচুগ নামা ১ না সমুদ্র মপান্দা পোথাফম কোনুং অমগা শাবখী হায়রি। অদু অদুদি ঐখোয় খোংনুংদা লৈদবা মাস্রে।

ঐখোয়না কেমিনা খোংলকপদা লাপ্পুরা চাংদোন অমা লৈবিবদু উবে। মায়কৈদি থংড্রে। চীংদম অদগী মথওং কুঠুব মিনার মানবা তৌবোক তৌবা বাংখ্রবা মতোন অসুম ওইহৌজিনবা সুৰচব অমা উবে। মসিদি লাম্পিংডেদগী অদুমক লাপ্পা উবক্লবনি। মদু উবদা ঐ লিঙ্গাদ্রে। খোংনমদন হনবা পামদ্রে। অদুনা ঐনা ইচানুপাগা নুপীমচা অদুগদা থৌনবসি হায়রে। ঐখোয় উবক সাওদুনা চৎলিবা ফুট পাথ নুংপাক্লা থাদুনা শেম্বা অদুগী মওং ইন্না কুমথবগ্রে। অদুগা অমুক খবা মফমদু থৌনবা কাখৎলে। লমখোয়বশিংগী খুদোং চানবা ওখোক্লা ফজনা ফুট পাথ অদু শেম্লি, থেক্কোয় থেক্কোয়। মবক মবক্তা দস্ট বিন থম্লি, মদুদা ঐখোয়না পাম্বকপা ঈশিংগী বোটল, বিস্কুট যোম্বা পোলিথিন লোইনা হাপচিল্লম্লে। চীংলক ওইববসু হেক্তা লংখোক্লদে উবক্তু শীৎ নাল্লি। নীংশিংলকই, ঐখোয়গী জুকো ভেলীদা চৎলুবশিংনা পাউদমখিবা, পোলিথিন চাইবম্বগী বাবীদু। লমদমসি প্রজা ভাব ফজনা তাই হায়নীংঙি। যোং মমায় মুবা, মমৈ শাংবা, পিক্তক পিক্তক তৌবা মযাম্না ফুট পাথ নাকল নাকলদা ফমদুনা লৈবি। ঐখোয়গী মহাবলি উমং নীংশিংলকই। কবোক মুনগদবগী ধমকা তৌবকপদো। লমসিগী যোংশিংসি লক্কব্বদা শাথী হায়দুনা ইদুনা থেৎলি, লক্লবিকদনবা।



কেবল কাব মনুংদা ফম্বা

ঐখোয ৱাংথ্রবা স্ট্রকচব অদুগী মখোঙ যৌবে। হেক চীংদুমদু কাখৎলকপদগী অকোযবদু মখল কযাগী লৈতেং হৌবে। কাখৎফম থাক থাক অদুযাংে নাঞ্জবগা কেজবগা মহানি। অদুগা স্ট্রকচব অদুনা লেপ্লিবা ফাউন্দেসন অদুসু কোযবক কোযনা ফজনা শেম্লি। ঙক থেক্কৎতুনা যেংঙি, স্ট্রকচব অদু। মদুবু মখোযগী থাই মবোন্দা 'Chedi (চেবী) কৌই। অর্থদি যেনগী মত্রোক্কুম্বা হাযবনি হায নুপীমচাদুনা। ঐখোযগী খম্বা শাবনা নিংখম শমজি উপ্পদা মত্রোক অমা হাপ্লিবা অদুগুম্বনি। মিটব ২০ পাগ্রা ফাউন্দেসন শেম্লিবা অদুগী মথক্তা ঐখোয লেপ্লে। অদুদগী মখাগী গ্রাউন্দ ফ্লোব অদুগী মনুংদা চঙবা যাবা মখুল অমা লৈ। ঐখোয ঙক নোম্বগা নম পোন্দুনা মখুল অদুদা চঙলে। মনুংদি কাজাউ অমনি। বা ঙাওবদা নিল্লি। অদুদগী থাক থাক কাফম লৈবিবা অমদা কাখৎলে, অদুগা বেলকোনী অকোযবদুদা লেপ্লুবে। মথোল অমা কাখৎলবনিনা যেংথখিবদা ফজবদা লোইবে। উখিবা মুআং সহবদু অমুক্কা হেন্না ফজবে, নোংথঙগী যেংথবগা মান্নবে। মখাগী কা অসিদি ভগবান বুদ্ধ লাৎনবা শাবনি হায। অদুবু ঙসিদি মুর্তি লৈত্রে। খুভমদা ঙাযবে। অঙৈংবা নুংশিৎ মবক্তা পেন্না যেংলে অকোযবদু। মুআং সহ্ব ফজবদা লোইবে, অশংবা উনাবক্তা অভাঙবা লৈ শাৎপগা চপ হেক মান্নবে। মথঙগী মথোন্দি কাহন্দ্রে, (চেবী) মতোন অদু ঙক লোংথোক্তুনা যেংখৎকদবা মঙাযবে। বাংঙি, মিটব ৪০ ৱাংঙি হাযবি। মতোন্দা নোং খাকপদা শোক্তনবা থন্দব প্রুফ কী যোৎচৈ অমসু থিনগৎলি, অদুগা যোৎচৈ অদু লৈখা তান্না পুথখ্রি। অঙকপা চেকশিন থৌবাংনি। মসি শাবদা চঙলমগদবা মতম, মী, ঐ থাগত্তবা ঙমদ্রে। সুম যেংবদা, থাগৎকদবগী কাউন্ত দাউন্দ ঙাইদুনা লৈববা বোকেট অমা খিন্দুনা থম্বগা চপ মান্নে। চেবী লেপ্পুনা লৈবিবা মফমসিবু মখোযগী মবোলদা "Phrathat Chomphet" কৌই হায।




Phranakhonkhiri ম্যুজিযমদা নিংথৌগী ফমুং অমসুং নিংথৌনা শিজিন্নবম্বা খূলায়শিং

ঐখোয অহুম্না অসুম্না লম যেংলিঙৈ অসিদা নোংমৈ মখোল নক্লা দ্রং দ্রং অনীবক কাপখৎলবখি। ঐদি পাখঙ্ভুনা পাকথবকই, সদানন্দসু পাকথৈ। অদুবু নুপী মচা অদুদি পাকথদে। ঐখোযগী মতৌদু উবদা মহাক নোকফেৎ তৌবকই। ঐনা কবি ফত্তবা থোক্লবনো হংঙি, উবক্লা ওইরে, চীংথক্লা ওইবে, ঐদি কাপ্পবরোই নীংলুবে হায। মানা মী শিবম্মনি অদুননি হায। মফম অসিদদি মী অমা শিববদি নোংমৈ কাপ্পুনা তাক্তবা যাদে। ঐ নে তাই। ঐনা খল্লি, মফমসিদদি নোংমৈগী চন্নফম লৈত্রদুনা মী শিবদা কাপ্পবরোইবে।

মতাংদুদা মনেখোযদুসু ঙাইবা বাবমাল্লে, লৈখাদগী ফোন তৌবকই। নুপীমচা অদুনা মখোযগী মবোন্দা খুমখি। লাক্কদৌবে হাযবা মাল্লি। ফোনদা বাবী শাবা লোইবগা ঐখোযদা চৎলসিবা হংলকই। থেঙজিল্লব্রবা অদুদদি চৎলসি হাযদুনা যোং মবক অদুদা থুনা কূমথবক্লে। Cable Car লৈফম অদুদা কূমথবকপদা লাইশঙ অমা যেংলম্মী। মদুবু বামা-IV না বেঙ্কোকী গ্রাণ্ড পেলেসকী নমুনা লৌবগা শাবম্বনি হায। মন্দিব অসিগী মমিং "Wat Phrakaew " কৌই। অদুগা মীযাম্না লাই খুকমফম, হোল অদুবুনা মখোযগী লোন্দা, "Phra Ubosot" কৌই। মদুগী হেক মতুংদা Chedi অমসু লৈবি। মদুদি অঙাঙবনি, নেমসু নেম্মী।

মতম্না যাদবনা অতোপ্পা অহুমশুবা চীংদুম অদুদা লৈবিবশিংদুদি যেংলকত্রে। অসুম কূমথবকপদা কেবল কাবগী মফমদু যৌবমদাইদা, অঙাং শান্নফম, মীযাম পোত্থাফম, হোটেল, লৈকোল লৈহৌই। ঐখোযদি পোত্থাবকত্রে। কাবদুদা অমুক তোংখৎলে। ঙসাইগী টিকেৎ অদুনা অদুম যাবি। মী খবসু তোংলম্লে, কাংশি যৈবা ঙাইবে। হন্দক্লা অঙম্বদু নাম্বক্লে।




কোনুং শেমগৎলম্বা নিংথৌ বামা-IV গী লাইশঙ অমসুং মাগী মুর্ত্তি

ঙসাইনা কাখৎপগী নুংঙাইবা, হন্দক্লা কুমথবগী নুংঙাইবা। হেক ফজবিবসি মথক কু প্তনা চাউখ্রবা কেবল কাব অনীদুনা লম্বী তংখায় চল্লকপদা টালী অমমমদা কোইথোক্লদুনা থৈনবদুনি। কাবক্লিবা মীশিংগা কুমথবিবা মীশিংগা লাউর্শিন্নে, কুম্মি অমনি। ঐ পোঙ্ক মখোযগী থৌশিন অসিদা। শুজিন্নগদবা মাল্লম্বা গাডী অনী অদু তপ্না তপ্না থেদোক্লখি।

লৈখা যৌবে। থাইগী পোৎ খবা লৈবে। অদুগা মনেগা মমাগা ঙাইপল্লা মফমদুদা উনবে। অদুদগীদি থুনা মুআং সহব মনুংদা থৌজিল্লক্রে। কৈথেল মখল যাম্মী নুমিদাংগী কৈথেল যেংখিসি হাযবে। নুমিদাংগী কৈথেল অদুদি কজৈ, চেক্কীনি, মথক ছাট হৈবনি। মৈনা পূমঙাল ঙালহৌই। ঐখোয পোৎতি লৈদ্রে অদুগা ঐখোয অমুক কৈথেল মচা অমদা চঙলে। ছাটিন অচৌবা খনবা যাও, পাখল খনবা যাও, পবেং পবেং পংফম ফম্বনি। ঙাগী মখল শুবে, ঐখোযবোমগী ঙাক্রা, খজিং, ঙাকচবৌ, উকাবী লোইনা ফংঙি। উহৈ-বাহৈসু মান্নে, পুংদোন ফংঙি, অঙ্গুব ফংঙি, ঈকাইথবীফাও ফংঙি। পুংদোন কেজিদা মখোযগী পৈশাদা বাত ২০ পী, ঐনা ফজমন্দুনা কেজি অমা লৈবকই।

নুমিদাংগী ফজবা উবে, কাব অদুনা মুআং সহব ফাওদুনা থৌবকপদা মৈনা পুমঙান ঙানবদু উবে, ট্রাফিক পুলিস অমা লেপ্পা উদে, লাইটনা শান্নবা ঙাক্তনি, লম্বীগী নিযম ঙাক্লা চৎনৈ, মাগী মাগী পালি ঙাইনবগা অদুম থৌনৈ। লম্বীদা নৈশিনগে হাযববসু U turn অমা তান্না থৌবগা লৈবকই। লমদম অমা চাওখৎপা হাযবসি মী চাউখৎপা ওইবল্লে।

অদুবু ফজবিবা মুআং সহব অসিদগী বেঙ্কোক্লা অমুক নানবা ফজবা হেল্লি হাযবি। মতাং অসিদা ইম্ফাল নীংশিংলকই। ইকাইখ্রেদা। মথঙগী চহীদা মখোযগী ইমুং কোযবকে



চেউী তাবা খোঙলম্বী



চেউী মনুংদা ঐনা চঙবা

হাযবি। মতমদুদা ইস্ফালদি লাযবদুনা কোলকতা উবদা মখোয কবি থনখিনি। কোলকতাদা মোংহৌবিবা ইস্ফালদা মোংলিবা ঐ খল্লুবদা ইকাইবকই।

অদুবু ঐ মণিপুবগীদি বাদ্রে। ইস্ফাল তুলিহল এযাবপোর্টতা মখোযবু হেক ওকপগা ঐখোযরোমদা পুথগনি। এযাবপোর্টতগী হেক থোক্লকপদা মণিপুবগী মীযাম উবদা অতোপ্পা থাইলেন্দ অমা যৌবে খঞ্জগনি। চীংগী ফজবা, তম্পাক্কী ফজবা লোইনা উবগনি টিডিম বাড হাইথবদা নাক-যেত্তা হৌবিবা হবাই-চেংরাইগী অশং-অমান উবদা মখোয পেনগনি। তৌঞ্জমুক চুম্না বিযুপুবদগী তৌবুলফাও হাইথবিবা কিলোমিটব অনীগী লম্বী অসিগী নাক যেত্তা লৌবুক্তা থবক শুবিবী লৈশাবী মযাম, পাখঙ মযামদু উবদা মখোয ঐখোয কবি শুক খেন্নদে হাযবদু মখোযনা খঙলগনি। অদুবু ঐনা পাখৎপা অমদি লৈবি, ইস্ফাল যেংলুসি হাযবক্লবদি কমদৌবা।

নুমিদাং চাক চাবগা লাইবিক ইগে ফমথবদা ঙাযবি, মনেতোনখোযদা চৎলুসি হাযরে। ইচানসু হনুবীগী ফি তম্লকপদু পীথোক্লুসি হাযরে। চৎলে, মমানা থৌবা বাইক অদুগী মতুংদা ঐ ফম্লে, নুপীমচা অদুনা থৌবিবা বাইক অদুদনা সদানন্দা ফমখ্রে। পাইবখৈ থৌরে। পংলাপ লাপ্লমদ্রে, মিনিট তবাগী মনুংদা যৌবে। ঐখোয চঙখিবা উবদা ব্লা লাউনা লাঙই। লোইনা চেপ্তোক্লককই। পাউদি তাববা জাৎনি। হনুবীদু ঐনা খুকমলে। মাগা লৈমিন্নবিবা মচানুপী অতোনবীদুদি যাম্না নোক্কল্লি। ঐবু ব্যবহাব তৌনা পুশিক্লে, মাগী নুপাদুনসু ঐবু ব্যবহাব তৌবক্লে। সদানন্দদি নহালমুক লাকপদা খঙনবম্লমাল্লে, অমতা ওইখ্রে। হনুবীদুদা ঐনা তম্লকপা হাউফিদু কুপ্লে। হবাউবে। মনেতোন অদুদনা শেঙ্গাও অমা পীবে। মাসু পামজনা



চেডী মথক্তা ঐ



ইচা সদানন্দগা চেডী মথক্তা লেপমিন্নবা

লৌখ্রে। অদুদগী চাবা হৌবে, উহৈ, কোফি, টোস শুবে, কিহোমফাও যাওবে। মনেতোন অমদি মাগী নুপাদু ইংবাজি খবা খবা ঙাঙই। মনেতোনগী নুপাদু ওজা ওইবি, ট্রেনিং অমা মখোযগী বাজভাট যুনিভর্সিটিদা চৎলি। পাস তৌবে। হংচিৎ তাং ৮দা কন্‌ভোকেসন্নি। মদুদা মহাক সার্টিফিকেৎ লৌগদৌবি। নাকপীযু হাযরে। ঐসু লাক্কে, যুনিভর্সিটি যেংনীংই হাযরে।

ৱাবী নুংঙাইবে। নুপীমচাসিগী মমানা ঐনা ঙসাই মঙ্গে পাম্বী কাবদুগী পাউ তমদুনা নোকমিন্নবে। মখোযদি উ কাবা হৈতবনিনা ঐনা কাবব্দু অঙকপা অমা ওইনবে। মদুদা ইচানুপানা মৈতেলোন্দা হাযবকই, "ববা। নঙনা মঙ্গে পাম্বী কাববসি কাউববোই।"

ইমুংসিদা চৎলুবদগী থাইলেন্দগী এদুকেসন সিস্টেম খঙবা ঙম্লে। মখোযগীদি ক্লাস I II, III হাযনা চখদে। গ্রুপ অহুমথোক্লা খাযদোক্লি, প্রাইমারি গ্রুপ হাযবা অমা, মিডল স্কুল গ্রুপ হাযবা অমা, অদুগা কলেজ লেভেল হাযবা অমা। অদুনা ক্লাস বান্দগীনা ক্লাস সিক্স ফাওবসি মখোযগীদা P-1, P-II, P-III, P-IV, P-V, P-VI হাযনা খঙনবে। অদুগা ক্লাস সেভেন্দগীনা ক্লাস ট্রেলব ফাওবনা M-1, M-2, M-3, M-4, M-5, M-6 হাযনা খঙনৈ। M-6 পাস তৌববদি ক্লাস XII পাস তৌবে। অদুগা অদুম কলেজ কাবা যাবে। নম্বব পীবা মওংসু Grade System নি। A,B, C, Grade ওইনা। মনেতোন অসিগী মচানুপা অমখক পোকচবা অসি হৌজিক M-4, তম্লি, ক্লাস X নি। অঙাংসি ওহোক্লা নুংশি, মানা কোযব্বা হল্লকপদু ঐবু মকোক নোম্না খুরুম্লম্মী। মখোযগী থকসি-খাসি অঙকপনি। মখোযগীসিদদি অঙাং ওইবিঙৈদো অমুক্তি মোনাষ্টবীদা লম্বোইকুন্দবা শুকযা



চেডী মথক্তগী উবা মুআং সহবগী শক্তম

যাদে। মসি পুন্সিগী লমন অমনি। মদুদা থা তকক লৈদুনা মোবেল তম্লুগদবনি, ধর্ম মশক খঙলুগদবনি। Monk ওইকবা অদুনা মমা-মপানা পুন্য ফংবদা মতেং পাংঙি, লমন মচা অমা শিংবনি হায়না লৌনৈ।

নুমিদাংদু থবায নুংঙাইনা তুস্বা থেল্লে। অদুবু অহিং অসিদা কোকিল অমগী মখোল তাবি। ঐখোযগীদদি নুমিদাংমক্তি মখোল তাদবনি। মসিমদি তাবদা নুংশিবকই। অচিকপা অহিংদুদা কোকিল মখোলখক তাবদুদি ঐগী বাখল কদাযদনো অমা মাঙখি। কবস্বা মতমদা তুমথখি খঙহৌদ্রে।



মুআংগী কৈথেল অমদা ঐ

# ৬

# থাইলেন্দগী লুহোংবা য়াওবা

মীবৈবাক্কী নুংশিৎনা স্বব হোন্দুনা মীচেও চাদুনা লৈবকপা ঙসি মবিনি শুবমাল্লে। ঙবাং অহিং খবা থেঙনা তুমখিবনা ঐ যাহৌ থেঙলে। ইচানুপানা থোঙ থীল্লকপদা ঐ খংলুবে। ববা লুহোংবা যাওবা চৎনবা লোইনা ফি শেৎনবে হাযবরে। ঐ ফমুংদগী চোংথৈ, থুনমক চীন-খা শেংদুনা, হকচাং শেংদোক্তুনা, ঈক মাযথজদুনা মিনিট ১০ মুক্কী মনুংদা ঐ ফি শেৎলে। ময়াম থেঙাখ্রে হাযদুনা কাব কাখৎনরে। মপানা থৌগে। পঙলাপ লাপ্লদি নৎলমদ্রে মিনিট ২০ লোম থৌবগা যৌবে লুহোংফম। অযক লুহোংবনি অঙকপা চৎনবীনি। লুহোংবা অসিগী বার্ত্তন মংবদগী ইচানুপানা লাক্রিবনি। নুপীমচা অসিগী মবেনবোক্কী মপামগীনি। নুপী ময়ুমনি বব পাটি লাকপদ কোম্থোং হেব যৌবক্লল্লে। ওস্থোক্লা তান চাবে, খজিঙদা লাম্থোক্লমদোইই। ঐগী লমকোয বাবী, মপু ফাবমলোইদৌই। ঐনা যেংনীংলিবসু মসিগী লুহোংবসিনি। ঐ মীযামনা ডিনবদা লাইং খবদা ওইবসু মখোযগী লোলদা ডাওবা ঙম্মবা নুপীমচাদুনা ডবাং ঐগীনি হাযদুনা লৈবাবা How to speak Thai language হাযবা লাইরিক্তমা পুবির্বনি।

উবা ফংলে মখোযগী চৎনবী। ঐখোযগীগা খেন্নবে। বব ঙৈদৌবিবা নুপাদু অঙৌবা খোঙগ্রাউ, অদুগা অঙৌবা কোট মানবা ফুরিং খোঙউপ মখল অমা, কোকথেং যাওদে, ফি ইন্দে। নুপামচাদু নোংভদা থবক তৌবনি হাব। অদুনা থাইলেন্দগী বোয়েল সর্ভিস তৌবে খঙনবা লেংজুমদা সনামচুগী ফিবান চেনবা ব্লু মচুগী বিবোন নপ্পী। মপাগা মমাগনা ওই-যেৎ চপ্তুনা কোম্থোং হাযবদি লুহোংফমগী থোঙজিন্দা লেপ্লি। ঐখোযনা খজিক থেঙবনা ববগী মমাঙদা নুপী ৩/৪ না জগোয শাদুনা মাঙ থাবকই হাযনবদুদি উহৌদ্রে। বব মমাঙদা বেন্দ পাটিনা থীল্লি, খোংলি, বব মমাঙদা নাক-যেৎ অনীদা নহা অনীনা মবা যাওবা চু পাম্বী অবাংবা, মনা মতোন যাওবিবা অমমম যুংনা পাযবি, অদুসু লফু পাম্বী, মক যাওবা মচা অমমমগা পুন্না পাযবিবনি, মদু নৌনা যুম্বাল লম্বীদা খোঙদাবক্লিবা বব-কন্যাগী মঙ্গল ওইনবা লুহোংবা লোইবগা থাকুগদৌবিবনি। তুংদনা ঐখোযবোমগী পোৎপুবীনা ফিব্রুক পবেং পুবগুল্লা নুপা নুপী মযাম্না পবেং ওইনা পোৎ মযোম যাওবা শেম্পাক, পুখম, লুকমায পুবক্লি। ঐখোযগী হৈজিংপোৎতা



**থাইগী লুহোংবা অমগী যৌবকপগী শক্তম**

লৈশাবীগী চানবা চে মচু-মচুনা যোম্বা অদুগুম্লা যজনা যোম্বা পোৎযোম যাওবি। লাক্রিবা নুপা-নুপী লোইনা মাগী মাগী অপাম্বা থিজোল শেৎলকই। লুহোংবদা শেৎকদবা ফিগী নিয়ম লৈতে। নুপানা খোঙগ্রাউ নুপীনা স্কার্টকুম্বা শেৎলি। ববদু নুপীগী মমানা নুপী ৩ শাক্তুনা ওগ্রবে, অদুগা মহাক্কী মমা-মপানা চপ্তুনা পুশিনখ্রে। অদুগা মহাক ফম্নবা শেম্নম্বা ফিগ্ডৌ থাবা কা অমদা যমখ্রে। অদুগা লীক-কোল যজনা শিবকপা, নাগী লৈতেং যাওবা, পর্স অমমম পাযবা নুপী পবেংদু মখোযনা খুদোংননা পুবক্লিবা সেম্পাক, পুখম, অচৌবা প্লেট মযামদু নুপী মযুমগী নুপীশিংদা পীশিনখ্রে। নুপী মযুমগী মৌ অমা অনীনা মদু মথঙ মথঙ পীশিনখিদুনা কা অমদা থমখ্রে। অদুগা যজনা ফিগ্ডৌ থাবিবা বব ফম্লিবা কা অদুদা খবা অমা যমখ্রে অতৈনা লাপুক্লা থাবিবা চৌকিশিংদা নুপা-নুপীশিংদু যম্নখ্রে। ঐখোযসু যম্বা যাওকবে। ঐদি নুপীমচাদুগী মমাদুনা মখোযগী লুহোংবদু উহন্নীংবদগী ববগী কাদুদা ফি অঙৌবা মথক্তা যমহল্লে। বব মযুমদগী পুবল্লিবা পোৎ চৈ মযামদু থাই মবোলদা Sın ৭০d কৌই হায। পোৎ-চৈদু লৌহৌবগা হাপ্লকপা শেম্পাক, পুখমশিংদু নুপা মযুমগী মীদা অমুক পীথোকখ্রে। ঐখোযগীবোমগা যাম্না মান্নবি।

ববদুগী মনাক্তা কন্যাসু থোক্লক্তুনা লৈজবী কেদুনা, সিল্কী অনানবা অঙৌবা ফি শেৎতুনা ফম্লবে। মখোয অনীমক মখূৎ জুব তৌদুনা ফম্লি। মখোযগী মাঙদা অপাকপা ফি অমা থাবি। মদুদা মমা মপাদগী (অনীমক্কী) হৌবগা মবী মতা পুম্বা দান থাদনৈ। তৌবদদি থাদবিবা দান অদু চঙ-শিগী মওংদা জুবা কাযবা যাদে, ফত্তে হায। অদুনা নুপাগী মমা মপানা পুন্না baht লীশিং চৎপী অনী অনী থাদববে। পৈশাদুগী মথক্তনা মনাক্তা পাত্র



**থাইগী নুহোংবা অদুগী বব অমসুং মপা**

অমদা হাপ্পুনা থম্লিবা সনামচুগী লৈ মনা মযাম, অমদি অতোপ্পা পাত্র অমদা হাপ্লিবা মক-মবাং মখল অমদুগা পুন্না পাযখৎলগা চাইথবে, পৈশাদু কুপ্পিংচিৎ। অদসু এটি ব্রোকলাইড খুত্তু লৈদুনা চাইথনৈ। অদুগা খুজাইওম্মা অমদা হাপ্লিবা অশেংবা ঈশিংদু উনানা লুপ্লগা লৈ চাইবগুম কোযনা নৈদুনা খিক্রম্মী। ঈশিংদি মমিংদনি মাম্বা নাংে। ঐখোযগী তাইনেন পুংফাইনা খিকপগুম্বনি। ফজবা চৎনবীনি হাযনীংঙি। মঙ্গলগী মশান্নি। লৈ অদুগী ফুঙ্গাবানী অমা লৈবি। সনা মচু মানবীনি, অদুগা অঙৌবা লৈ মখল অমগী লৈনাশিংসু যানশিল্লি। হংলুবদা খঙলে, লৈনা মখল অনী অদুনা সনা নুপাগী মহুৎ শিল্লিবনি হায।

দান থাদববা মতুংদা থাদবিবা মীপুম খুদিংনা মঙ্গল পীবা বাহে অমমম হাযবম্মী। মখোয অনীনসু কবিনো তপ্পা খুম্লকই। থাই মবোলদা হাযনবনিনা ঐদি খঙদ্রে। নুপাগী মমা-মপা দান থাদবা লোইববদা কন্যাগী মমা-মপা অমুক থোক্লব্রে, মখোযসু চপ মান্নবা মওংদা দান থাদববে। মখোয অনীসু মীনা হেনবা যাদে মওংনি, baht লীশিং চৎপী অনী অনী থাদববে, লৈ, মক্ক-মবাং চাইবে, ঈশিং খিক্রে। বব পীবম্লে। অসুম্না মথঙ মথঙ মবী মতা লোইনা দান থাদববে। ঐগী পালি লাক্রে। নুপীমচাগী মমানা ঐ হৈবম্লোই খলমাম্লে, মাগা থাদমিন্নবসি হাযনা চঙলক্রে। ঐখোয অনী থংননা দান থাদবে। ঐসু বেঙ্কোক্তগী কাযবকপা অহনবা baht 100 চৎপী খবদুদগী মবিখক লৌথোক্তুনা তুমা শুনা থাদবে। মীনা তৌখিবগুম লৈ, মক্ক-মবাং চাইবে, ঈশিং খিক্রে, যাম্না হৈবা মাম্না। অদুগা বব পীবম্লে, ‘Happy married life’ হাযনা। মখোযনসু থেঙ্কয়ু হাযবকই। ইংবাজি ফাওবদি অনীদু খঙলম্মী। অসুম্না দান থাদবা লোইনখ্রে।



**ববগী মমানা দান থাদবা অমসুং পৈশা মথক্তা লৈ চাইবা**

মথঙদি অঙম্মা পোৎযেং পীবগী মতাং যৌবে। হন্দক্লা বব-কন্যাদু ফমফম খবা হোংলে। কাবপেট মথক্তুদা ওই-যেং যাম্লগা মমাঙদা মখূৎ থম্লবা মোন্দুম মচা অমমসু থম্লি। মদু কৃইনা মখূৎ ভুব তৌদুনা লৈবদু বাদনবনি। খুউ-খুদক কূন্দুনা মখূৎ অনী অনীদু ভুব তৌদুনা মোন্দুম মচাগী মথক্তা থম্লখ্রে। হন্দক্তি বার্ত্তন তৌখিবা মকপ-নপাংগী পালিনি। মপান্দা চৌকিদা ফম্লিবা ময়ামদু অমমম চঙলক্তুনা ববদা নত্রগা কন্যাদা পোৎযেং পীবরে। খবনা পৈশা ওইনা যোংনা পীবসু যাওই খবনা এনভেলপ ওইনা পীববসু যাওই। ববনা লৌই, কন্যাদা পীশিল্লি, কন্যা অদুনা মনাক্তা লৈবা বেগ অমদা পৈশাশিংদু হাপচিল্লি। অদুগা মনাক্তা পৈদুনা থম্লিবা পোৎযোম মচাশিংদুদগী অমমম লৌবগা পোৎযেং পীববিবা মীশক্তুদা পীখি। দক্ষিনাগী মওংনি। তৌবদদি মখোযগীসি ভুমা কাযবা যাদে, পোৎযেং পীবা চঙবদুফাও মী ২/২ চঙঙি, ঐসু নুপীমচাগী মমাদুগা চঙমিন্নবে, অদুবু ঐদি পোৎযেংদি পীবনু হাযবে, মানা পীখ্রে, দক্ষিনা ওইনা পোৎযোম মচা অমমম পীবকই।

অসুন্না পোৎযেং পীবা লোইবগা বব-কন্যাদু অমুক হৌগৎখ্রে। পোৎযেংগী শেলযাম, দানগী শেলযাম যোমশিন্দুনা পুবগা কা অমদা চঙমিন্নখ্রে। ভাইহাক লৈবগা তুংথ-মাঙথা অমুক থোকমিন্নবক্রে। মখোযগীদি বব-কন্যা ৱা ভাঙবা যাই, নোকপসু যাই। মথঙদি পুজাগী থৌবম লাক্রে। ধর্ম্মগী ওইবা থৌবম হৌবে। মবী-মতাশিংনা অহলদগী হৌবগা মথঙ মথঙ অশেংবা লং মতৎ অমমম খম্লাং ফম্লিবা বব-কন্যাগী মখূৎ ওইথংবা খুদাং খুদাংদা পুনবীবনি। লং অদু মখোযগী মবোলদা 'সাই সিন' (Sai



থাইগী লুহোংবা অদুদা পৈশা মথক্তা নুপীমচা অদুগী মবেনবোক্লা ঈশিং খিকপা

Sin) কৌই। মতাংসিদা পোৎযেং পীবা নংহৌদবা মখৈ পীবা যাই। এনভেলপসু বার্ত্তন হাপখিবা এনভেলপ অদু শীজিন্নবকই, মীশক খঙবা লাযনবা। ঐদি লং পুনবদি যাওকদ্রে।

লং পুনবদু লোইবগা বব-কন্যা খুদোপ অমমম ওন্ন-তৈনা শিনবে, লিকসু অমমম পীনবে। মসিদি অঙম্বনা পীনবনি, পীনদ্রসু যাই হাযবি। মথঙদি ধর্ম্মগী থৌবম অমমুক হৌবে। পুজাগী থৌবম্নি। হান্না হাযজকুববা লম্বোইবা (মঙ্ক) ১০ মথঙ মথঙ লাক্রে। মখোযনা ফম্নবা ফিদা তোঙাল্লি, আসন থাই, ঙাথফম যাওবা মখোঙ যাওদবা চৌকিগী মওংনি। লৈঙাং মচুগী ফৈজোম শেৎপা লম্বোইবশিংদুসু ফম খবা হম্বশিংনা হান্না থুংলৈ, খ্বাইগী মকোক্লা ইকোন কোন্না লাকই। মাগী ফমফম্না খ্বাইগী মকোক্তা লৈবি। মহাক লাকপা ঙাইহাক ঙাইনৈ। কন্যাগী মমা-মপানা থোঙজিন্দা লেপ্লুনা মখোযবু ওকই। লম্বোইবা মকোক অদু লাক্লবদা মযামসু মফম চানা চানা ফম্নবে, চেক মোক লাউনদে, লম্বোইবা ১০ দু চাউবা পিকপগী মতুং ইন্না মথঙ মথঙ ফমখ্রে। বব-কন্যাসু লম্বোইবশিংদুগী মাঙদা খুকউ লৈতানা ফম্নবে। পুজাগী চঙগদবা পোৎলমশিং, অশেংবা ঈশিং, হৈ-লৈ লোইনা মাঙদা থম্লে। অদুদগী লং অঙৌবা অপৌবা অমা শাংনা লম্বোইবা মকোক অদুদগী হৌবগা ১০ শুবা অদুফাও তিংলকই। লংদু লম্বোইবা পুম্নমক্লা মখুৎ মখুৎনা পাযনবি। লোইনমক শম্নবে, অমতা ওইবে হাযবগী মওং মাল্লি। অদুদগী মকোক অদুনা বুদ্ধিজমগী লাইবিক্তগী শ্লোক খবা থীবকই, লম্বোইবা লোইনমক মাগী মতুং ইন্না থীবকই, মবী-মতা পূম্বা মখূৎ জুব তৌদুনা ফম্লি, থীবা হৌবকই- বুদ্ধং শবনম গচ্ছামি, ধর্মং শবনম গচ্ছামি, সংঘম শবনম গচ্ছামি' মথঙদি মখোযগী হোলি টেক্স মযাম অমা



থাইগী লুহোংবা অদুদা ঐনা বাত ৪০০ থাদবা

বব কন্যাগী মনাকোংদা শোনবিবগী মওংদা মঙ্গল ওইনবা পাবক্রে। ফনা কুইনা পাই, পৃংমুক্তুম ওইগনি।

লাইশোন থৌবমদু লোইববদা বব-কন্যা অনীমক্তা লম্বোইবশিংদুদা খুকুম্মী। লম্বোইবা মকোক অদুনা বব পীবে, শেংনা থল্লিবা ঈশিং পাত্র অদু মখূৎনা শোকই, অদুগা বব-কন্যাগী মথক্তা চামচনা কল্লগা খিকপিবে। মসিগী অশেংবা ঈশিং অসি যাম্নমক মরু ওইবি। ঙাইহাক লৈবগা ঈশিং অসি খবা খবা চামচনা লৌবগা মবী-মতাশিংনা, মরুপ মপাংশিংনা বব কন্যাগী মখুত্তা হৈবখিদৌবিনি হায। পূজা লোইবে, দক্ষিনা কৎখ্রে। অদুগা লম্বোইবশিংদু পীজ-পীথক তৌনবা শীনখ্রে। মখোযনা হেক চাদ্রিমখৈ লাক্লিবা মীযাম চাবা যাদ্রি।

মথঙদি বব-কন্যাদা ঈশিং হৈবা মতাং যৌবে। বব-কন্যা অনী মফম চানা ওই-যেৎ যম্লবে। মখোযগী মাঙদা ফাল থাবি। মদুদা মখোযনীমক মখূৎ জুব তৌবগা অমোনবা মোন্দুম মচা অমমম গী মথক্তা থল্লি। লৈশাবী মচা অমনা ঙসাইগী ঈশিং অশেংবদু চাইশেলগুম্বা অমদা পাযদুনা লৈবি। মবী মতাশিংনা মোইবুং মচা অমনা কন-কন্দুনা বব-কন্যগী মখূৎবাক্তা হৈনবি, ঈশিংদু চেন্থখি, অদুগা পাত্র অমদা তাখি। খাইদগী ফজবা, অর্থ লৈবা অমা হাযবা তাববদি বব-কন্যাগী মকোক্তা লংনা শেম্বা মকোল মচা অমমম উপশিল্লিবা অদুনি, অদুগা লুহুপ ওইবিবা, লং মচা খবনা তিল্লগা শেম্বা অদুদগী লংলা অমমম শমথবক্লগা শমজিল্লি। লুহুপ অসিগী মমিং Twin crown কৌই। মখোযগী মবোলদা 'Mongkhon' কৌই। মসি ঐখোযগী বোবগী কোযেৎ যেৎপগুম্বনি। অদুগা যাম্থবিবা



**ঐনা দান থাদবগা ঈশিং খিকপা**

লং অদুনা ঐখোযবোমদা হাযবগা লুহোংবা লোইববপদা বব-কন্যাগী। যি মচি অনী কিশিন্নবগুম্বনি। লং অশাংবদু মখোয অনীগী কাবক্তা শাংনা যাম্বনি। ঈশিং হৈবগা বব পীনবম্মী। মখোযনসু থেঙ্ক যু হাযবকই। ঐসু মোইবুং মচাদু পাযদুনা ঈশিংদু খজিক্তং কল্লগা মখোয অনীগী মখূৎ মখূৎতা হৈরে, বব পীবম্লে। ইচা সদানন্দসু যাওবরে। ঙসাইমখৈ ঐগীদমক ফোটো নম্বদা কন্না বাই চিল্লুবনি। নুপীমচা অদুসু ঈশিং হৈবদি যাওরে।

মসি লোইববদি লোইরে, অযূক্কী থবক। কন্যাগী যূমদুগী নাকলদা লম্পাক অমা লৈবিবদু সামিযানা খন্দুনা, টেবল কযামা থাদুনা, টেবল খুদিংগী চৌকি মরি মরি থাদুনা ফিঙৌ কুপ্পুনা থমলি। নাকল অমদনা চাক, এনশাং মখল মখলগী অথোংবা ওইনা পৈবি। মদু সেবাবী মযাম অমনা প্লেটতা পুথোক্লব্রি। ঐখোযসু অহাংবা টেবল অনীদা চঙদুনা ঐখোয মরি মরি যম্লুবে। চাক এনশাং ফজনা হাউই। ঐদি ঙা অঙৌবা শেক্তুনা চারে। মখোযনা অতৈ অতৈ চানখ্রে। মদু লোইবগা বব অদুগা ফোটো নম্মিন্নবকই। মশকসু ফজে। কন্যাদি উখিদ্রে। লুহোংবসিগী মকওইবা থৌবমদি নুমিদাংনি হায। মদুদা অমুক লাকপা তাবি।

হল্লক্তুনা ঙাইহাক পোথানবে। ঐদি ঈকুজথোক্লে। তাঙ্গা অদুদা ঙবাংদৌনা নোংমৈ মখোল নক্লা তাবকই। হন্দক্তি ঐ পাখৎত্রে। মী অমা শিবা যাওবল্লনি খঙলে। ঐনা চুন্না হংবদা নুপীমচাদুনা ওইক্রমগনি হাযবকই। অঙকপা লম অমা ওইরে, নোংমৈগী শিজিন্নফম ঐখোযগী মণিপুবনা কমদৌবা? ঐ খন্দবা ঙমদ্রে। নোংমৈনা মী হাৎহৌবি। ইমা মণিপুব নঙ ফবকউকো। নঙগুম্বী থাইলেন্দ চাউখৎখ্রে, যুবী পাম্বীদনা, থাংতুপ পাম্বীদনা



**থাইগী লুহোংবা অদুদা বব কন্যাদা মঙ্কশিংনা বব পীবা অমসুং লোইবগা পীজ-পীথক তৌবা**

চাউখৎলকইবনি। যেংখিবদা ফৌ পান্দী অমা উদ্রি। নঙগীদি শংদুনতা লৈহৌবনি। নচাশিংনা ভাব তান বাৎপননি। নম্বুল তুবেলনা কয়াদা মোৎহৌবিবা, মীগীনা ফেৎবুবী তুবেলদু ঈন ঙবা খানা চেলহৌই। মীগীনা চে মচেৎ অমা তাহন্দ্রি সডস্তা, নালাদা, ঐখোযগীনা নুমিদাং লোয়া সডস্তা মযুম মযুমগী ফত্তবা লংখোন্নহৌই, ইমা মী খেন্নবনিকো। নচাশিং ভাব তানকখিনি। নঙ শোযদনা ফনকখিনিকো। মতম ঙাইবগী বাদনি। নঙগা প্রমান তৌকবা যাদ্রি নঙদি লান্নংলিবীনি।

নুমিদাংবাইবম অমুক চৎলে। হন্দক্তি নুপীমচাদুগী মনাও-নুপীদুসু যাওবে। ঐখোয ৬ শুবে। হনুবদুদি চাক থোংদুনা পীজবন্নে। বাসু ঙাওনদে, ওম্বোন্না ভাব তানখ্রবা Understanding যাম্না বাংবা ইমুংনি। ঐ কল্লকই, মখোযগী যুম্বাল। হনুবনা যুম শঙহৌবে।

হন্দক্তি কন্যাগী যুমদা নত্রে। খবা থাপ্পা লৈবা অচৌবা ফক্লাং খাদবা হোল অমদনি। ঐখোযগী খুল্লক্তা শাবিবা Community Hall অচৌবওম্বনি। খবা খেঙখিদুনা ফমফম লৈবমদ্রে। টেবল ১০০ হেন্না থাবমগনি। টেবল অমগী অকোযবদা চৌকি মবি মবি, মঙা মঙা। অঙকপা মওংনি। মী লীশিং যৌদ্রসু ৫০০/৬০০ তি শোযদনা শুবমগনি। হোলগী নাকল ওইবপ্পা মতাইদা টেবল অমদি ফংলে। মদুদা চৌকি ৬ থাদুনা ঐখোয ফম্লে। গেট চঙলকপদা বব-কন্যা অনীদু মখূৎ জুব তৌদুনা চঙলকপা খুদিং ওক্লম্মী। ফোটো নম্মিন্নবসু যাই। ঐখোযসু নম্মিন্নবে। অদুগা গেট অদুগী মযাদা ফজনা ফাল অশাংবা অমা থাবগা লৈশাবী অনী অহুম ফমদুনা লৈ। মখোযনা অনৌবা পোৎযেং পীবা যাওববদি লৌহৌদৌবিবনি। মসিদদি এনভেলপ ঙাক্তনি। মমিং থানবকই। বোই অমদা শোই তৌনবম্মী। ঐখোযদি অযুক লোইখ্রবনিনা মদুদি চঙলমদ্রে।



থাইগী লুহোংবা অদুদা সর্মন মনুংদা ঐসু খৃৎ জুব তৌদুনা লৈবা

হান্না মীযামদুদি থকপা চাবা হৌবম্লে। কোকা কোলা, স্প্রাইট খিলদুনা থক্লবম্লে। Stage দনা ঈশৈ শকপী অমনা ঈশৈ শক্লি মখোযগী মবোলদনি। Stage অদুগী নাকল ওইবপ্পা পাকখ্রবা অঙৌবা Screen অমা খিল্লগা অযুক লুহোংখিবগী ফিল্ম অদু কাপথোক্তুনা উহৌদবা মীযামগীদমক উৎলম্লি। ঐ যাংবা যাওবা উবে। Stage অদুগী বেক ড্রোপ অদুসু সমুদ্রগী দৃশ্যনি। চাউববা জহাজগী ফোটো যাওবি। মখোযগী মবোলদা চাউনা কবিনো খবা ইবি। Happy Wedding হাযবিবনি হায। অদুবু ঐ ঙকই, মথাদা ইবিবা তাবিখ, শোক অদু। মে ৭, ২০১১ ইং অদু মখোযগী চহীদা মে ৭, ২৫৫৪ হাযনা ইবি। মখোযদা ইংবাজী চহী চৎনদে। অদুনা থাইলেন্দগী তোপ তোপ্পা মশক উৎলে। ঐনা খল্লকই, যাইনা, ঐখোযগীসু মলযা কুমশিং চহী লীশিং ৩ হেল্লে হাযবদু চৎনবা যাইনা, থাশিং কুমশিং ঐখোযগী ওইবা অমা পাজবদা কনানা ফাবা লাক্কনি। মে থা অসি মখোযগী লোন্দা 'Puesapakom' কৌই হায।

লুহোংবগী নুমিদাংসিদি চাবগী থবক্কি। ঐখোযবোমদা নুমিদাং বব মমান্নবগী চান-থক্লবা লাঙবগুম্বনি। ইনাক খুনবা, লাযববগী মতুং ইন্না চাউবা-পিকপা খেন্নে হায। ঙসিগী অসিদি খবা চাউনা লাঙবা, খবা যাইফবা ইমুংগীনি হায। Video সু যেংনৈ, ঈশৈসু তানৈ, মচিনসু লেপ্পদে। নৈশাবী পাখঙ ২০ মুক্কা পুশিল্লকপা শুক্তোক তোক্তে। ঐখোযনা চৎতুনা লৌকুবগী রা যাওদে। পুবকপদু অপাম্বা অপাম্বা লৌবগা চাবনি। ঐগী যেংনা ঙা অঙৌবা লৌহৌবে। ঙসিগীসিনা চাউবা অমুক হেল্লি। ইচানুপাদি মখোযগা চিঙ্গাক মান্নখ্রে। ঐদি চাক্কা ঙা অতাওবগা চাবে। সমুদ্রগী খজিংগুম্বা ঙা



**থাইগী লুহোংবা অদুদা বব কন্যা দা পোৎযেং পীবা**

মচা মখল অমা থোংবদু হাউবনি হাযদুনা নুপীমচা অদুনা পীশিল্লকই। ঙসিগী তোপ তোপ্পা মশক হাযবা তাবদি চৈতেক্লা চানবা অদুনি। ফল্লিবা পূম্বা চৈতেক অনী অনী পাযদুনা চানবি। ঐখোযগীসু চৈতেক থুংলবে। ঐ মিৎ কুপ্পুনা যেংঙি। মনাও নুপীদুনা চাবা মওংদু। অঙকপনি ঐখোয মণিপুরগী খুৎহৈবী নুপী অমনা শামতু মোজা লোনবগা চপ মান্নে। হেক্তা চপখি হেক্তা চাখি। পোৎ অমতসু তাহন্দে। তেঙ্কোৎ অমদগী শা মতুম অমা লাম্লকপদু তপ নপখি। ঐদি যেংদুনা লৈবে। মদু উবদা নুপীমচাদুনা চৈতেক পাযবা তম্বীবে। ইচা সদাদি হান্নসু খবা তম্বা মাল্লি, হৈবোই হৈতবোই চাখ্রে। মানা নোক্তুনা হাযবকই, "ববা খূৎনা চাবসু যাইদা।" ঐনা খুম্মী তমহৌবা ফৈনা।' নুপীমচা অদুনা তম্বীবদগী ঙা চপ্পা হৈবে। মযাম ৱা নোকমিন্নে। শাখ্রবা নুমিদাংদু যেল্লক্লিবা উন মতুম মযাম অদুনা ঈংহল্লে। ঈশিং গ্লাস্তা উন মতুম মচা অমা থাদবদা অদুম ঈংলে। চৈতেক্লা ঙা কোৎলে, ফুবিৎসু নুপীমচাদুনা ঐবু লিৎহন্নীংঙি হাযদুনা লৈবীবকপা ফুবিৎ খুদাং ককপীদু লীৎলকপা মবম্না থাইলেন্দগী মী হেক্তা মাল্লবনি।

মতাংদুদা লাঙনবকই, যেংলুবদদি বব-কন্যা অনীদু Stage দা কাখৎলগা মীযামবু ওক্লকই। মীযাম খুবাক খুনৈ। অহল অমদি কাখৎখি। লৈ পবেং অমমম অনীদুদা শিবীকুবে। অদুগা অহল অদুনা কবি কবিনো বব-কন্যাদা হাযবি, পুন্সিবোল তাক্লিবনি হায, অমুকসু নোকই, অমুকসু ৱা ঙাঙঙি, ঐনা হংবদা কবেম্নবীবিনি হায। মিনিট ৫ বোম বব-কন্যাসু নোকফেৎ নোকফেৎ অদুম তাবি। অদুম্না Stage দা



**থাইগী লুহোংবা অদুদা সর্মন মতুংদা বব কন্যাদা ঈশিং হৈবা**

পাউতাক পীবিবিবা অহল অদু মখোযগী লোন্দা Emcee কৌই হায। অদুদগী অহল অদুনা বব অদুদা কন্যাদু kiss তৌ হায। মীযাম মাঙদা ববদু হাযবা ইনবা অমগুম নুপীদুগী খজাইদা মচিনবান থেংখি। হাযবা ইন্দবা যাদে হায। kiss মখল অদু 'sniff kiss' কৌই হায।

বব-কন্যাদু অদুম লেপ্লি। অহলদুদি কুমথখ্রে। মীযাম্না কবি কবিনো লাউর্শিন্লি। মখোযনীনা নোল্লা নোল্লা তায। অদুদগী Stage অদুদগী কুমথবল্লগা খবা নেম্বা ফম্বাক অমদা থল্লিবা Wedding cake অদু মখোয অনী চঙদুনা ককম্মিন্নবে। অমনা অমদা খবা খবা লৌখৎতুনা ইন্নবি। মীযাম্না খুবাক খুদুনা ওকই। অদুদগী মখোযনী Stage দগী কুমথখ্রে। ঈশৈ শকপীদুনা অমুক ঈশৈ মখা তাবকই।



ববগা ঐগা



কন্যা মমা মপাগা ঐগা



বব কন্যাদা পৈশা মযোম পীশিনবা

অশোমদনা বব-কন্যাদু খোক্রক্রগা মাঙদা ফল্লিবা মঙ্গপ-মপাং খুৎ শোক্লববে, চাব-থবপগী হংফম খোকপদু হংলক্সী।

হল্লকপদু খেঙলে। তূম্না যাদ্রে। অসুম নীংশিংলকই, ঙসাই মনে অহল না কৈথেলদা ডাঙখিবশিংদু। মানা পুংদোন অচৌবা অমা পাযখৎলগা "Father' India have Manipur have ?" হংখিবদু। মানা হাযবিবসি পুংদোনদু ইন্দিযাদা পানব্রা, মনিপুবদসু যংব্রা হাযবিবনি। ঐনা খুমখি, "Yes India have, Manipur have" মপা চানা। মসিনসু লোইহিব্রি নুপীমচাসিগী মমানা ঐঙোন্দা খোঙ মযা খজিঙুং কাথোকহল্লগা হংলক্কনি, ' Father eat like ?" ঐ খঙই চাক লাম্লব্রা, চাক চাবসিবা অসিনি। অদুনা ঐনসু মহাক খঙনবা খুমখি, "not like " মহাক নোক্লগা চৎখি।



থাইগী লুহোংবা অদুগী নুমিদাংদা বর কন্যাগা পূম্না ফোটো নম্মিন্নবা

# ৭

# থাই সমুদ্র য়েংবা চৎপা

ঐনা থাইলেন্দগী ফেৎবুবী প্রোবিন্সকী মচি অমদা তূমল্লক্লিবসি অহিং ৪ হৌখ্রে। মঙানিশুবগী অযূক্লা ঐবু হৌদোক্লবে। ঐগী ঙসিগী প্রোগ্রাম হাযবকত্রি। ঐনদি হাযজবা ঙমদ্রে। মখোযনা ৱাবীবনা হেল্লি। অদুবু ঐনা Travelogue ইবি খঙবনিনা কৈনোমদি হাযবক্কদবা মাল্লি। নুংথিলবুদি নুমিদাংৱাই Phetchaburi Rajabhat University দা মনেতোনগী নুপাদুনা Convocation যাওবদু উনকগদবা লৈবি।

প্রোগ্রাম লাক্লে, ইচানুপানা হাযববে, ববানা সমুদ্র যেংনীংঙি হাযবদু চখোল্লুবসি হাযবে হায। ঐ হবাউই, সমুদ্র অদু নহাল চীংথক্তগীদি লাপ্পা উখ্রবনি। অমুক্তং ঈথক্কা মাযোক্লনিংঙি।

ঐখোয মবি চৎলে। মমা লৈহৌবে। মপানা কাব থৌবে। ঐনা মাঙদা ফম্লে। ইচানুপাগা নুপীমচাদুগনা তুংদা ফমখ্রে। ঐখোয নোংপোক পাংনা যাংনা থৌবে। পূং ১ গী খোঙচৎনি। লম্বী পূম্বা নাল্লি, মুশুক মুনা কোলাস লম্বীদু চৎলি, মেবিডিযান ফজনা লৈ, সবক মতাই অনীদু শুনুনা শাংনা চিংখ্রি। মখোযগী কেবসি সহবদদা নত্তে, সমুদ্র মপানফাওবদনি। থুম মপৈ মপৈ পৈবা উবক্লে। চাউববা তূবেল অমগী মচিন্দা থাইগী ফিম্বাল ৱাংনা থেৎপা ফেবি জহাজ কযা উবে। নাক-যেৎনা উ মচা মযাম পবেং হৌবি। পূমশং শংলে। অদুবু অসুম সমুদ্র নকপা হৌববপদদি থুমগী মপৈনা শিনখ্রে। উ-ৱা হৌদ্রে। মেবিডিযান চাউনা লৈবা চন্দবা লম্বীদা শুনুগী লৈই অমনা মহুৎ শিল্লি। মৈ অঙাঙবা কাপ্পীদু পবেং লৈমাযদা ঙাঙনা কাপ্লি। লৈইদু লৈবি কাউগনু তাকপনি।

পূংমুক থৌবগা Sea Beach অহানবা য়ৌবে। বীচ অদুগী মমিং Hadchaosamram Beach কৌই। মফম অসি থাযনা নিংথৌশিংনা মখোযগী ইমুং মনুংগী মী পুবক্লগা পোখাফম অমা ওইবশ্মী হায। নুংশা শাবনা অঙাং মযাম, অহলসু যাওনা ঈথক মবক্তা ঈবোইদুনা শান্নবি। ঐদি যেংঙুগদবা যাল্লি হাযদুনা ফি চোৎহন্দ্রে। চেনখৎলক্লিবা ঈথক্লা খোঙ চোৎহল্লগা তোক্লে। ঐনা অহানবা উনবনিনা ঈশিং খজিক লৌবগা কোক্তা হাপচে। খজিক যাতোন তংলে, অযাকপা মহাও লৌদুনা। তোর্বান উদ্রবা ঈপাক্তু মুন্না যেংলগা ঈশ্বব নীংশিংজৈ। ঐ থাই সমুদ্র মপান্দি যৌবা



Hadchaosamram Beach সাইন বোর্ড মমাংদা লেপ্পা

ফংজবেকো। কনানা খঙবা অমুক লাকপা ঙমদ্রবদি। ঐ কবিনো খুদম থনমগদবা। অদুনা ঈথল্লা জিবি জিবি চেনখৎলগা অমুক চেঙ্খিবগী শিৎ নানবা লৈঙোই অমোনবা মথক্তুদা খুদোনবীনা ইবে 'তোম্বা' হায়না ঐগী ঈযেক, মৈতৈ মযেক্লা। অদুবু অমুক চেনখৎলক্লিবা ঈথল্লা চামখ্রে, পুথখ্রে, পুখ্রসনু সমুদ্র লান্না, অমুকসু ঈবি, অমুকসু পুথখি, মাগা ঐগা হানবা তান্নদুনা ঙাইহাক লৈবে। কুইনা লৈবদি যাবোইদৌবি, ইচানুপানা ফোটো নম্নকই, ঐনা তৌবিবশিংদু, নুপীমচাদুগা ফোটো নম্মীন্নবে, ইচানুপাগা অমুক। অশোমগী বাংমদা কবি সহব লৈবগে হংবদা নুপী মচাদুনা, 'পতযা' সহব লৈ হাযবকই। ঐ নীংশিংলকই, ওইনাম ওজা শবতনা 'পতযা' সহব যেংবা মতমদা সমুদ্র মনুংদা ঈকপ্লকই, হাযবদু। মদুমক্তি মফম অসিদদি ঐ ফংদ্রে। খল্লুবদা নুংঙাই, মানা নোংপোক তোর্বান্দা ঐনা নোংচুপ তোর্বান্দা যৌনবা ঙম্লে। ঐখোয অমুক কাখৎলে। কাবনা পূংখাযমুক থৌববা মতুংদা যাম্ন মকুওইবা Beach অমমুক যৌবে।

তোর্বান্দা কুমথদুনা যেংদ্রিঙৈ উবে অচৌবা মুর্তি অমনা সমুদ্রগী ঈবোন্নুংদগী ফাওগৎলকপা মান্না লেপ্লি ঈযাযদা। ঐ যাম্না যেংনিংখি। কুমথদুনা মুন্না যেংলে। যাম্না অর্থ লৈবা মফম ওইবল্লে। হিংচাবীগী মুর্তিনি, থাই সবকাবনা ঈবোন্নুংদা কুমথদুনা কবম্নবু শাবিবা, কযাদা খূৎ চঙনা শাবিবা ইতিহাস অমা মুৎখিদনবা হোৎনবদা। হিংচাবীদু মখূৎ যেৎ অদু তিংথোক্তুনা কনাগুম্বা অমবু কৌবগুম তৌবি। হিংচাবী অসিগী মমিং Peesuasamut কৌই হায। মাগী নুপাদুগী মমিংনা Praapaimanee কৌই হায। মাগী নুপানা কংফান্দা মী ফাবা চৎখিবদু হন্নকমন্দ্রে হাযদুনা ঈবোন্নুংদগী ফাওগৎলক্তুনা



থাই সমুদ্রগী ঈশিং কোক্তা হাপ্পা



সমুদ্র লৈঙোইদা ঐগী মিং ইবা

লাকও, হল্লক্লো হাযদুনা কৌবিবনি হায। মীনবু হাৎপীখ্রববা হাযবগী লাংতক্লবা মিৎযেংনি। কৌবি, হল্লক্লো, হল্লক্লো হাযনা, কৌদুনা লৈহৌগদৌবি নুমিৎনা থানা পাল্লিমখৈ। অঙকপা মিথ অমনি। তশেংবদি কুইববদা থাই কবি অমনা মাগী শৈবেংদা শৈথাদুনা ইবম্বনি হায। ফুঙ্গাবাবীদা লৈবা অদু কবি অদুনা মথ্যায হাপ্লম্বনি, মদুবু ঙসিদি মুর্তি ওইনা চোংথোক্লুনা লৈবে। Sea Beach অসিগী মমিং Puktien Beach কৌই। ঐখোয লেপ্তুনা ঙাইহাক যেংলে, ফোটো নল্লে, অদুগা অমুক কাব কাখৎলে। হিংচাবীদু লেপ্তুনা লৈবনবা খঙদ্রে, খজিক্তং কিবা ফাওই, ঈশিংফাও শোক্রুকত্রে। মীসু ইবৈ লৈবমদে।

ফেৎবুবীগী সমুদ্র মপানসি মাইল ১০০ বোম শাংঙি হায। মসিদা Sea Beach ৬ লৈ, মীযাম্না পাম্নবা। ঐখোয খ্বাইদগী মমিং লৈবিবা অচৌবা বীচ অমদা চৎলি। মফম অদুগী মমিং Cha-am Sea Beach কৌই হায। পূংমুক থৌবগা ঐখোয যৌবে। লম্বী লমশাংদু অদুম ফজবি। লম্বীনা নানবনে, নাক-যেৎনা ফজবনে, যেংবা যাবা মফমমক্তনি। সমুদ্র মপানগী অঙ্গংবা নুংশিৎনা কাবগী থোঙনাওদা চঙলল্লি। হকচাংবু ঈংথহল্লি, ঐসু থনুং যৌনা চিংশিল্লি। নুমিৎ তাখিদৌবা হেক পাম্মুবকই।

মফমদু যৌবে, মী অঙকপদা তিল্লি, পাক্লা শন্দোকখ্রিবা লৈঙোই মথক অদুদা থাইগী ছাটিন অচৌবদু খন্দোক্লুনা মাগী মাগী পবেং কযা লৈখিবনা মতা অমা ওইনা ফজবে। ফনা শাংনা ছাটিনগী পবেংদু শন্দোকখ্রি, তাম্না জ্বাব কাবকপদু যেংনা যেংনা। ছাটিন খুদিংগী পোৎফম্নি, হোটেলনি, পোত্থাফম্নি। লেম্না ফম্বা যাবা মফমদি নত্তে। ফাল, টেবল থাদুনা লম কোযবকপা মীযাম ফমহল্লি, পোৎ যোল্লি, নুপীমক্তনি, নুপাগী



Puktien Beach মপান্দা ঐ

পোৎফম যামদে। ঐখোযগী মণিপুবগী ইমা বৈখেল নীংশিংলকই। ঈযাযদনা নহা পাখ৫ মযাম ঈবোইবি মোটোব বোট তোংদুনা ঈথক্কা লাম্থেংনবি। ঈথক্কা যৈবদা হি ৬দু বাংনা পাইখৎলি হনবা লৈতে ঈশিংনা মশা পূম্বদু পূমচোৎ চোৎলে, অদুবু থৌবি নুংশিংৰী মমাঙ থানা মোটোব বোট অদু। মী অনী অনী তোংবা মোটোব বোট মযামদু খাঙবা তাম্নবি, যেংবদা কুম্মনি। তোর্বান্দু শাংনা যেংখিবদা তান্না মিৎনা উবিবা পংখে অমদা অবাংবা দলান খবা উই। বাংনা ঙৌবোক ঙৌনা। নিম মচুগী ঈপাক্কা তিন্নখ্রি। থাই সমুদ্র অসিদগী কবিনো নীংশিং খুদম অমতংদি পুখিগে খন্দুনা ঙৌবোক ঙৌনা তাবিবা Shell অহমখক খুল্লে। স্বৰনা কামথোক্লগা খাউদা হাপচিল্লি, ইশাগী অশেংবা ইবল অমা ওইবে সমুদ্র অসিনা পীবীবা।

ঐখোযনা বীচ অদু যেংলিঙৈদা মপাদু কাব থাউ হানবা চৎখ্রি। থাউ হাযজবনি থাউ নত্তে, গ্যাস হানবনি। ঙসি ৪/৫ নি কাব অসিদা তোংলকপদগী থাউ হানবা উবক্তে। গাড়ী পূন্নমক গ্যাসনা চেল্লি। ঐখোযগী বি ও সি গুম্বা মফমদুদা থৌজিনখিবদা পম্প অদু পাযবগা কাবগী নাকন্দা হাপ্লিবা মচিন অদুদা গ্যাস হানখি, পৈশা অদুম হাল্লিবা মীদুদা পীবম্মী। ড্রাইভব অমতা কুমথনদে। থোঙনাউদা পৈশা পীবম্বনি। Baht ১০০ গী হানবদা নুমিৎ তুমা অদুম চৎলি। মনীংগী বোনেৎ অদুগী মনুংদা ঙৌবোক ঙৌবা cylinder অমা ফৈনা থল্লি। অদুনা মৈখু অমা থোক্তে, মখোল অমা থোক্তে, চাউখৎতে কবম হাযগনি। ঐখোযগী মণিপুবদি থমখিসি, চাউখৎলে হাযবিবা ভাবতকী অচৌবা সহৰশিংদা গ্যাস না থৌনবা হোৎনবদা ইবাং থোক্রি। থাইলেন্দগী লমদম অসিদা



Cha-am Sea Beach কী শক্তম

পেত্রোল হানফম উবক্তে। মসিগী চৎনবী ঐখোযগী মণিপুবদা লাকপদু ঐদি উবা ফংদনা শিখিদৌবা মাল্লি।

খঙহৌদে, নোং-নুংশিৎ লাক্লে। সমুদ্রগী ঈমাযদু অঙকপা অমা ওইবে। যুম্মুক ৱাংবা ঈথক্লা ইঙৌ ইঙৌ ঙৌনা চেনখৎলল্লি। ইচা নুপানে, নুপীমচা অদুনে ঐখোয অহুম শাফদগাবা দুকান অমগী মনাক্তা লেপহৌবে। নানথ্রবা সডব মপান অদুদা লেপ্লুবদগী কুম্মৈ অমমুক উবা ফংলে। মী ২ না, ৪ না, ৫ না পূন্না থৌবা, খোঙনা ওৎপা cycle অশাংবা থৌবিবদু যেংবদা কুম্মৈ অমনি। হাপ পেন্ট শেৎপী নৈশাবীশিংদুনা শাবন ৪/৫ পানবা অশাংবা cycle দু পূন্না থৌবি। মাঙ থংবদুনা মমায চুম্লি, খুৎফজা অমনি। মচু মচুগী cycle দু অশাংবা চেন অমনা শাংনা তিংলগা খোঙনেৎ মপা খুদিংগী হুব অমমম পানবনি। পূন্না খোঙনেৎ চপ মান্ননা ওৎলি, মখুৎনা মাঙগী নৈশাবীদুদা পাযনৈ, নোং কিনদে, শান্নবি থৌদুনা। অদুগুম্বা cycle কযানি লম্বী মপানগী দুকানশিংদুদা ঙাদুনা থল্লিবা, ৱাযবা যাই, থৌবা যাই, অঙকপা টুবিজমগী প্লান্নি, যেংবগী পেনবা নাইদে। Cycle পামজবা ঐখোযগী মণিপুবদা মসিগী system অসি থম্লবদি পৈশা য়াম্না তানবা যাগনি খল্লি। নোংদু কনশিল্লকপা অদুদা পোৎ লৈসি হাযদুনা দুকান মনুংদা চঙঙি। অচা-অথক্কী পেকেট খবা লৈকবে। অদুবু ফজবা অমদি মিথাই পেকেট মচা অদু ফাওবা লেবেন অদু Computer দা scanning তৌই। computer গী bill পীবকই। কযাদা খেন্নখ্রবা, ঐখোযগীদি মিথাই অমা লৈবগী বসিদ পীবদি চৎনদ্রি।



Cha-am Sea Beach কী মপান্দা ছাটিনগী পোথাফম মযাম

ঐখোযনা যূম যৌবকপদু নুংথিলগী পূং ৩ লোম তাবে। চাক থুনা চাবে, Convocation যাওবা চৎকদৌবিবনি। হন্দক্তি হনুবা অদুসু পুবে মমাক নুপানা convocation গী ফিজোল শেত্তুনা সর্টিফিকেট লৌবদু যেংনবা। মনেহলগী কাবগা পূন্না চৎলে। Phetchaburi Rajabhat University গী Campus অদুদা থৌজিল্লকই। নানখ্রবা লম্বীগী নাক-যেত্তা শাবিবা থাইগী ডিজাইন গী শঙ মযামদু উবদা ঐগী University গী পুন্সিদু নীংশিংলকই। ১৯৬৮ নি। Gauhati University দা চহী অনী লাঙদুনা, কোযদুনা M A তম্লকখিবদু। নীংশিংলকই, ঐগী ডিপার্টমেন্ট কী ওজাশিং ছাত্রশিংদু। মশা নাঙবা ওজা Chakravarti গী ক্লাসতা নাগালেন্দগী ছাত্র অমদা Philosophy লৌবসি কমদৌই হংলুবনি ওজানা। মানা ফুক হৌগৎলগা খুমখি, "Sir it is just like fighting with Phantoms," মযাম রা লাউনা নোকই। নাতৈ চামনখ্রদুনা ঙৌবোক ঙৌবা ওজা Chakravarti দুসু নোকচৈ, ঙৌবোক ঙৌবা যাদু উৎতুনা। নুংশিবকই, ইমান্নবী Joba Mukherjee, মানা ক্লাস খবা কাগন্দবদুদা ঐঙোন্দগী হেক হেক note book রাযখিবদু।

ফজৈ University অসিসু। অরাংবা বিল্ডিং ইযাও যাওদে। মথোল অনীগীনা অযাম্বনি। মফম অসিদনি চৎমিন্নবিবা ইচাগী মমান্নবী নুপীমচা অসিনা BCA তম্লম্বা। মাগী Computer Department মানা তাকই। চাউনা থাবি Information Technology (IT) Department হাযনা, Department অদুগী হেক মমাঙদুদা নানখ্রবা,



**ফেব্রুবী বাজভাট য়ুনিভর্সিটিদা মনেতোনগী নুপাগা ফোটো নম্মিন্নবা**

অশংবা নাপীগী লম্পাক মচা অমা লৈবি, মদুগী মযাযদা লাইবিক পাদুনা লৈবা মানবা মুর্তি অমা থিল্লি। যেংনীংঙি, লাইবিক পাবদু, ফাক্রিবা লাইবিক যেংনা যেংনা ভাব তাবকপগী ঈঙ্গিৎ উৎলি মুর্তিদুগী মাযথোঙদু।

মখোযগী মনেতোনগী নুপাদু থোক্লককপা ঙাইনবি। ছাত্র য়ুনিযন্না, ডিপার্টমেন্টশিংনা শেম্বা, মাগী মাগী Department কী সর্টিফিকেৎ লৌবিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা ফোটো নমজনবা হোর্ডিং কযা, গেট কযা শা শাদুনা থম্লি মচি মচিদা। ঙসিগী তৌবিবা Convocation অসিদি Rehearsal নি হায। ঙসি তাং ৮ অসিদা Rehearsal তৌবগা অবোইবা মনা সর্টিফিকেট পীবদি বেঙ্কোকতা চাউনা নিংথৌগী মখূৎমক্লা পীবীগনি হায। মফমদুদা হংচিৎ তাং ১০ দা লৌকুগদৌবিবনি। মফমদুদদি মিনিট অমদা মী অমা সর্টিফিকেট পীগনি। তপ্পা যাদে, মীযাম পীগদৌবিবনা। লৌবা চঙবদসু নিংথৌদা মমিৎনা হঙ্গৎনা যেংলুবসু যাদে হায। অঙকপা লৈবাক্লি।

মনেতোনগী নুপাদু সনা মচুনা ফিবান চেনবা অচোনবা gown মানবা ফুবিৎ অমুবা অমা লীৎলদুনা মকোক্তা অমুবা convocation টুপীদু উপ্তুনা, scarf যান্দুনা থোক্লক্লে। ঐখোয উবদা মখূৎ জুব তৌদুনা চঙলকই। Rehearsal তৌবা লোইখ্রে হায। মাগা পূন্না ফোটো মখল কযা নল্লে, ঐগা অমুক, মনেম্বোক্কা অমুক, মকুবোক্কা অমুক, মাগী নুপীদু কোল্লগা অমুক, ইচানুপাগা অমুক লেঙ্গোন্নদুনা নল্লে, ফোটো মখল কযা। ঐখোযনা মঙোন্দা লৈগী বুকে অমমম খুদোনপোৎ ওইনা পীবে। কেম্পস মনুং অদুদা লৈ যোনবা, বুকে যোনবা দুকান পবেং ফল্লি, য়ুনিভর্সিটিগী অচৌবা লৈবক



নুপীমচা অদুগী মনেতোনগী নুপাদা ইচানুপাগা ঐগনা বুকে পীবা

অদুদা। ছাত্র ছাত্রী পূম্নমক পুল্লাংনি, মাগী মাগী গ্রূপ গ্রূপ ফোটো নম্লদুনা। নোক্তুনা লাওদুনা নুমিদাংৱাইদু শিনি নানি কাউনবে। Congratulation পীনবা session নি।

নুপীমচাদুনা হায, মখোযগী Information Technology Department না পানখত্তুনা University গী ওইবা FM Transmission Centre লৈবে। কযাদা চাউখৎলবা। Campus মনুং অসিদসু নিংথৌগী মহাবানীগী ফোটো চাউনা চাউনা থেৎলি। নিংথৌনা Certificate পীববদি, থাইগী Royal service অমা তৌবা যাবে। থবক তৌবা মী পূম্নমক মাগী মাগী grade কী অমদি থবক মখল অদুগী য়ুনিফোর্ম শেৎপা তাবে। নুপীসু অঙৌবা ফুবিৎ হাফ, স্কর্ট শেৎতুনা পাম্বোমদা সনা মচু যাওবা নেভি ব্লুগী বিবোন মতেক নপ্পা তাবে। ফুবিৎতি কোট মানবা ফুবিৎনি।

নুমিদাংদি চাক চাবদু অনৌবা চাংযেং অমা যাওবে। চৈতেক্লা চাবা হৈখ্রে। ঙসিনা যেকম খাযবগা চাবদা তাবে। ইচানুপানদি হান্না হাযবকত্থবনি চৎত্রিঙৈদা। ববা, থাইলেন্দ চৎপা তাববদি যেকম অফুৎপা খাযবা হৈবা তাই। থাঙ ছুবিনা যেকম অফুৎপদু তঙ্খায তানা খাযবগা চামচনা মতোংদু কোত্তুনা চাগদৌবিবনি। ঐ ঙাইহাক খল্লি, মদু নুপীমচাদুনা খঙখিমাল্লে মানা কোমলা খাযবগুম শৎ শৎ খাযবগা পীশিল্লকই। ঐনা চামচ মচাদুনা কোৎলগা চাবে। ঐ নোক্লিংলকই। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা ফন্না যাম্না খঙলে। লমদম অসি মতৌ অমনি, Mineral water বু ঐখোযগীদৌনা বোতল মঙক লৈথোক্লগা থাঙ্গত্তুনা যানুংদা হৈদুনা থক্লদে,। হৈ মহী থকপগুম straw পীবকই। উতোং মচাদু চুপ চুপ্তুনা থকই। মসিনিদনা পুম্সি, লৈবক অমা শৈশক অমা। অনৌবা অমসু থেংনবে।




**নুপীমচা অদুনা বি সি এ তম্লম্বা আই টি দিপার্টমেন্টকী মমাংদা খিল্লিবা মুর্তি অমসুং মমা মপা**

অনৌবা হাযবমক্তি যাদে, মনিপুবদা লৈত্রবসু ভাবত্তদি মবাঙ কাযনা লৈববনি। হল্লকপদা ঙসাই shopping mall অমদা চঙলকপনি।

হল্লকপদা মপানা মমানা পোৎ খবা লৈসি হাযদুনা Shopping Mall অমদা থৌজিল্লে। ঐবু যেংহন্নীংবা মাল্লি। Rolling stairs অদু কাখৎলে, খোঙ মতোমতা হাংবদুদা চঙলগা। মথক কাখৎপদা থেংনবে, পূং অমদা কোযবা থুংগদবা মান্দবা অচৌবা Complex অমা। মদুদা থেন্দুনা থল্লি, পোৎ শুনা, দিল্লীদা কযাবক যেংখ্রবনা ঐ ঙাওদ্রে। কোযনা চৎতুনা যেংঙি, মপু লৈবা লৈতবা মানা মানা পাম্বা পোৎ পাযখৎনবি, ইল্লক্লিবা Trolley অদুদা হাপচিন্নে। থোকখিবদা গেটতা পোত্তগী লেবেলদু Computer Scanning নমশিল্লি, মমল Computer না bill পীবকই। পৈশা থীবম্মী, পুদুনা চৎনখি।

ঐদি যেংবদা ওইবগে খল্লে। মবমদি মখোযগী মমা মপানা নত্রগা নুপীমচা অসিনা হেক্তা পৈশা পীখিনি। ঐবু খবচ তিংহন্দে। অদুনা ইকাইবে। ঙসি মঙা নি পীজবনে, পীথকপনে, লম যেংহনবনে, মখোযনা ঐবু পেন্নবা হোৎনবীবিবসি ঐমক্তা ঐখোযবোমদা লাকপদা অসুম্না সেবা তৌবা ঙমগদবা মান্দ্রে। মখোযগী মীবৈবাক্তা থাদোক্লবা অফবা মখলগী চেঙ যোল্লি। বেগ মচা মচানি। কেজি ৬/৬ নি হায। মমলনা baht 150 নি হায। পাথোকপদা কেজি দা লুপা ২৫ তাবে। চেঙদু মচঙ ঙাক্তা, চাবা হাউই হায। অমতংদি লৈবগা মণিপুবদা পুনিংবনি। অদুবু প্লেন্দা অকুম্বা হেল্লদ্রা খন্দুনা লৈদ্রে।

## ৮

# বেঙ্কোক য়ৌবা খোঙচৎ

ঙসিগা থানা নুমিৎ ৬ নি শুবমাল্লে, ঐনা থাইলেন্দ লমদম অসিদা থুম থাক্তবা ইনশাং, মোবোক যাওদবা ইবোনবা চাদুনা লৈবক্লিবসি। ঙসি মেগী তাং ৯ অসিনি ঐগী অবোইবা লম যেংবা নুমিৎ। মপানা ঐবু বেঙ্কোক যেংহনগনি, জ্ঞো হৌগৎনসি হাযখিবনি। অদুবু ঐদি ঙবাং নুমিদাংদু কবিনো পঙখন্দা খল্লিঙৈদা তৃস্বা থেঙখ্রমাল্লে, যাহৌ থেঙলে। ইচানুপানসু হৌদোক্লদ্রি। ঐনা খল্লি, চৎলগুমসি হাযদৌবিব্রা ? ঐনা চত্তবা যাদে হাযব্বা যাবা নত্তে। ইপা ইচা থুংলবদগী মখোযগী ইমুংসি ওস্থোক্লা বাববনি। ইচাগী মরুপ নুপীমচা অসিনা ঈং তপচবিবা। হন্দক্কী লুহোংবগী বার্তোন অসিদি ঐগীদি পুন্সিগী অনীংবা অমা থুংজবা খোঙচৎনি।

খোঙ হাংলকই, সদানন্দনা "ববা' লোইশিল্লো বেঙ্কোক চৎকনি হাযবে।" ঐ যুক হৌগত্তুনা অযুক্কী থবক লোইনা লোইশিল্লে মিনিট ১০ মুক্কী মনুংদা। মপাদুদি গাবী থোঁদোক্তুনা লৈবল্লে। ঐখোয অনীদা চৎপা তাবে। ইচাসু নুপীমচা অদুগা পূন্না নমখ্রিবা ফোটো মযামসি চামদুনা album শেম্নল্লগে, ঐনা পুখিনবা পোৎ-চৈ খবসু লৈবমগে হাযবে।

অযুক্কী পূং ৪ দা চৎসি হাযনবদুনা ৭-৩০ দা খোঙ শাল্লে। কন্না থৌববদি পূং ২ মুক্কী খোঙচৎনি। মাইল ১৬০ নি। লম্বী ফমনবগী থুনা যৌগদৌবিবনি। ইম্ফালদগী ডিমাপুব যৌবদুদগী শাংবা হেল্লিবনি। ঐখোযগীদি নোংমা পূবা চঙলিবনি।

অযুক্কী অঙৈংবা নুংশিৎ মবক্তুদা অৱাং পাংনা থৌগৎলক্রে। মাগা ঐগা ঙসিদি অঙকপা খোঙচৎ ওইগদৌবি। ৱাবী লৈতে, মানা ইংবাজি যাম্না খঙদবনা। অর্থ হনবীগদবা মচা নুপীদুসু লৈহৌবে, লমপ-সমদা ঙাঙগদবা ইচাসু লৈহৌবে। উম, অদুবু ঐ ৱাদে, ঈঙ্গিৎনা হোৎনবগা লোইবে খল্লে। খবা থৌবগদি মিথাই অমা পীবকই। Eat হাযবকই। ঐ উম্মী। খবা চৎলগা লৈ যোনবী অমদগী লৈ পবেং অমা লৈ, অদুগা কাবগী মাঙদা খিল্লিবা বুদ্ধগী মুর্তি অদুদা হুক্তুনা খুকুম্মী। শোযদ ঙামদনবা খুকুম্বা মাল্লি। ঐখোযগা অদুম মান্নে।



**নুপীমচা অদুগী মপানা প্রিন্সিপাল ওইবিবা সেকেন্দবী স্কুলদা ওজা নুপী অমগা ঐগা**

অমুক থৌবে। ফেৎবুবীগী ফজবা উবা ফংলে। Highway অদুনা পান্না ফজবিবা লেন মবি মবিনি নাক-যেৎ। পূন্না লেন ৮ নি। মযাযগী মেবিডিযান অদুনা ফজনা চনখৎলগা নান্না থাবি চীংশু উ মচা মযাম। মনা পান্না, ফূট ২০ মুক ৱাংনা মংনা হৌবি শংত্রিক শংনা, মাইল কযা শাংবা লম্বীদু খুবক হাঙদনা। কযাদা ফজনা শেন্নিবা।

পূংমুক থৌবগা স্কুল মানবা অমদা চঙলে। মদু মানা Principal ওইবা Higher Secondary School অদুনি হাযবে। ঐনবুদি ঙবাং হাযখিবনি, মচানুপীদুদা, মপাগী স্কুলসু অমুক্তং ঐ যৌনীংঙি হাযদুনা। মদু মপাদা ফাওদোক্লবকপা ওইবমাল্লে। চঙংে হেক গেৎ চঙফমদা চাউববা বুদ্ধগী মুর্তি খিনবা মথক কুপ্পা শঙ মচা অমা লৈবে। শুমাং চাউদে, মথক মখা শাবা স্কুলনি। ওজা নুপী অমা লৈবম্মী। মানা খঙনহল্লি, খূৎ-শা তৌদুনা ৱাবী ঙাইহাক শানৈ। মানা যাদদুনা মখোযগী staff কী কা চঙঙি। মাগী ফমফমদু অমুক্তং মানা ফন্নম্মী। মাগী মেনেজমেন্ট হৈবগী মমি তাই। ঐখোয কুইবমদ্রে। বেঙ্কোক অমুক পাংলে।

ফেৎবুবীদগী বেঙ্কোক যৌনবা লম্বী অনী লৈ। অনৌবা অশম্বা হাযবে অসি চৎলগনা মাইল ১৬০ নি। অদুগা অবিবা অদুদা চৎলগনা মাইল ২২০ নি হায। অনৌবদা চৎলগা অবিবদা হল্লক্রসি হায মানা । অনৌবদা চৎপদা Province অনী ফাওবি, Samut Songkhram Province অমদি Samut Sakhon Province, অদুগা অবিবা লম্বী চৎলবদি অতোপ্পা Province Retchaburi কৌবা অমসু ফাওকব্বা তাই।



বেঙ্কোক্কী গ্রান্দ পেলেস মনুংদা ঐ

ঐনা থাগৎনীংলিবদি মখোযগী ৱাখল্লোন অদুনি। Province অমগা অমগা লানশিন্নবকপদা সাইন বোর্ড পাকদ্রবসু যাবে। সবক মযায খাযবিবা মেবিডিযান পবেংদু যেংলগা অদুম খঙবা যাবে। ফেৎবুবী প্রোভিন্স লোইদ্রিফাও মেবিডিযান অদু চীংশু উ মচা পবেং, মনা পাকথ্রোক পান্না শংহৌই। খুবক হাঙদে হাযবা যাই। ফূট ২০ মুক ৱাংনা হৌবি তগৎ তগৎ তেন্না। লেন ৮ লৈবা সড়ক অদু হৌজিক্তা ৱাই শিত্তোকখিবদৌনা ন্যাল্লি। কোলাসসু ঙবাংদা থাবা লোইবদৌনা মুবি। অঙৌবা, যাইঙং মচুগী অপাকপা লৈইনা মতাই অনী চপ্পুনা পুবি। নাক-যেত্তা লৈবিবা লমহাং অদুনা ফজবনে যেংবগী পেনবা নাইদে। অদুবু মথঙগী Province Samut Songkhram হেক লানশিল্লকপদা চীংও উ পবেং উখিদ্রে। সনা মচুগী লৈ শাৎপা পাম্বী পবেংনা শিনখ্রে মেবিডিযান পবেংদু। ফজবা, কেবা তান্নবগা চপ মান্নে। নানবা হেনগৎলকই অসুম অসুম বেঙ্কোক নকশিল্লি মখৈ। চেল্লিবা কাব মযাম, অশাংবা মাল গাড়ী, বস মখল মখল ডবল ডেক বস উবে, মালগাড়ী চাকা নিপাল প্যানবা, অনী শম্বা মানবা অশাংবা উবে। গাড়ীসু অমনবা ইউ উদে। Condemn তৌববা গাড়ী চেনহনদবা নিযম্বু লৈবা মাল্লি। লম্বীদা থাউ হানফম লৈ, অদুবু গ্যাস হানফম্নি। ঐখোযগী কাব অদুনা গ্যাসকী ওইবনবা, ঐ থাউগী হানফম Pump শুকউ উবক্তে। প্রোভিন্স অমদু Paktho হাযবা মফমদুদগী হৌখ্রে। লৌবুকসু ফৌ পাম্বী খবা খবা উবক্তে। অযুক্কী মেঙলবা নুমিৎ মঙালদু তশেং তশেংলবা নুংশিৎনা তোৎশিন যানশিন্দুনা হকচাংদা যূবক্তে। ৱাখল তশেং অশেংলকই। মখল কযাগী লৈ শাৎপা পাম্বী মচানা কাবদু শোক্কে শোক্কে তৌবকই। মেবিডিযানগী



**অশংবা বুদ্ধ লাৎলিবা লাইশঙগী মাঙোন্দা ঐ**

লৈ জাৎ শুবে, জাকিবান্দা, চন্থই, গোলমোহব হঙ্গাম মপালগী লৈ শাৎপা পাম্বী মখল অমা। নেম নেম শাৎলি সডক মযাযদা, গাডী হোর্ন খোঙনদে, ইকাইনৈ, নিযম চুন্না, মাগী মাগী পংথৌদা থৌনৈ। লম্বীনগা পাকপনে, লম্বীগী মফম খুদিং শুনুনা যেক্লুনা ইনৌত্রা নৌহল্লি। Traffic সু মৈ অঙাঙবা, হঙ্গামপাল, অশংবা কাপ্তুনা তাক্লি। Road মেপ Symbol না ফজনা তাক্লি। এক্সিডেন্ট থোক্লিংঙাই থোইনা লৈতে।

মতাংসিদা মপাসিনা হাযবকই, মেকোলে বিভব (Makalang River) ঐ খঙই, ঐ Travelogue ইবসিনা তুবেল মমিং অসি তাক্লক্লিবনি। পঙচাউ চাউবা তুবেলমত্তি নত্তে। হিমালযগুম্বা চীংজাউ লৈতবনা উন্না কুপ্পা চীং উদে অদুনা ঐখোযগী গঙ্গা, ব্রহ্মপুত্র তুবেলগুম্বা আশা তৌকব্দি যাদ্রে। অদুবু ঈশিং মোৎহন্দবা অসিদংদি কল্লকই।

বেঙ্কোক Province চঙলক্রে। অদুদা মখোযগী খ্বাইদগী চাউবা তুবেল, 'চাউ ফ্রাযা' হাযবদু থেংনবে। মসিমদি ফজনা চাউই। নাক-যেৎ যুম্বী যুংলগা ফৈনা চাউনা শেম্বা যোৎকী ফ্রেম অমা উবে, বেঙ্কোক হাযনা চাউনা থাবিবদু। লম মমিংদুদনি ইংবাজিনা ইবিবা। অতৈদি মখোযগী চৈতেক চৈবাং মানবা মযেক ঙাক্তনি। মতাংসিদা fly over মশীং যামখৎলক্রে। লাং থাকপগুম, মবোঙ মবোঙ লোঙখিবা মযামদু উবদা ঐ মিংফম হোংবা যাদ্রে। লম্বী অমতা লৈখাদা ঐখোযগীগুম ক্রোসিং লৈহন্দে। ট্রাফিক পুলিস অমতা লেপ্তে। crossing লৈবা খুদিং fly over না লাপ্লোক্লি। U turn পী পীদুনা গাডীশিংদু fly over দগী কুমথনবকই নত্রগা অদুম কাখৎনখি। কাব, মথোন নাইবা বস, বেল দবাদৌনা শম্নবা মাল গাডী কযা থৌখ্রি মখোলসু থোক্তে। যেংবদা মিংফম



বোযেল পেম্থিযোন মমাঙদা ঐ

হোংবা যাদবা ঙাক্তা। ট্রক অহুম শমজিনবা, বস অনী শমজিনবা পঙচত্তা চৎখি। অদুক নানবা বস ঐ কোলকতাদা উবক্তে, দিল্লীদসু উখিদে। সহর মনুং নাল্লি, ইচানুপানা হাযহৌবদু চুম্লে। চাওখৎলি, চাওখৎলি লমদমসি মশা নাল্লি। Delhi গী Red-line, Green line চেল্লিবা বস মযামদুনা শোল্লবা যাববোই। বস খুদিংমক মনঙ্গলদি থাইগী আর্ট ঙাক্তনি, যেক্লিবা।

বেঙ্কোক সহর চঙবগী অরাংবা, অশাংবা fly over অমদা কাবনা পাইশিনবদুদি কাবনা অহাঙবা অতিযাদা পাইবগুম্মী। যেংথখিবদা উবে, থাইগী যূমশা কযা, যূমথক্লা চেক মচুগী অঙাঙবা ঙাক্তা, নেম্পক নেম্পক পবেং পবেং। Skyscraper গী মশীং যামদে। সহর মযাযদা চগুংননা লৈবিবা দলানশিংদুদি মথোল মশীং থীবা ৱাবে, অচেনবা কাব মনুংদগী। চপ চপ যুংনা লেপ্লি। fly over সু অমগী মথক্তা অমা মবোল মবোল, কাবনা ককচেং চৎপগা চপ মান্নবে।

লৈখা যৌবে, U turn অমদা লৈথবগা। অদুগা Grand Palace হাযবদুগী গেট মমাঙদা ঐখোযগী কাবদু খাম্লে। মফম চানা থাবম্নগা ঐখোযনী গেট চঙলে। মনুংদুদি ফজবা, চাউববা কোনুংদা কোনুং ওইবম্লে। মফমদু হৌজিক নিংথৌ লৈবিবনি। ফেৎবুবীদগী পুখৎখিবা ইমবেন্দ বুদ্ধগী মুর্তি খিল্লিবা লাইশঙসু লৈবি। অদুগুম্বা কুইববা অশংবা বুদ্ধদু উবনি খনবদা নুংঙাইবা পোকই। Grand Palace Complex অসি ১৭৮২ দগী শেমগৎলকপনি হাযবি। মসি বোযেল ফেমিলিগী লৈফম, কোনুংনি। সিংহাসন লৈবি। মদুদা নত্তনা Emerald Budha গী লেঙদ্রবা seat অমা ওইনসু



গার্দ অনীগী মবক্তা ঐনা লেপ্পা

লৈবি। সবকাবগী office খবসু লৈবি। চাউখ্রবা Complex নি। বেঙ্কোক চৎপা খুদিংনা Grand Palace অসি যেংদনা হনবা থোক্লবদি খোঙচৎ মপুং ফাদ্রে হাযবদা লাল্লবোই। বেঙ্কোক মশক তাক্লিবা Complex নি। Complex অসিনা কোল্লিবা লম অসি স্কৱাব মিটব ২,১৮,০০০ নি হাযনা ইবি। মসিগী অকোযবা অসিনা মিটব ১৯০০ শাংবা ৱাতোনমুক ৱাংবা চেকপলনা খাজিল্লি। নিংথৌ Rama-I না নিংথৌ হেক ওইবগা ১৭৮২ দা কোনুং ওইনা শেমগৎলকপা হৌখি। মাগী মমাঙদদি কোনুং অসি চেল্লিবা চাউ-ফ্রাযা তুবেলগী নোংচুপ্পা Thongburi কৌবা লমদমদা ওইবম্মী হায। Rama-I না তুবেলসিগী নোংপোক্তা ওইনা হোংদোক্লকপনি। তুবেল অসিনা কোনুংসি ঙাদুনা চেল্লি। ঐখোযগী ইম্ফাল তুবেলনা কংলাবু ঙাদুনা চেল্লিবা অসিগুম্বনি। অদুবু ঐখোযগী ইহাঙ হাঙবা কংলা অদুগুম্বদি নত্তে।

হেক চঙখিবদা Ticket লৌবা তাবে। মফম খুদিং থাই মচাগী তোঙানবা Counter লৈ। মমলসু যাম্না হোংঙি। অদুগা ফোবেন্নবগীদি মফমসু তোঙাল্লি, চেকসু যাম্না কল্লি, চে-চাং যাম্না যেংঙি, টিকেৎ মমলসু baht ৩৬০ নি। মখোযগীনা baht ৫০ দনি। ঐগীসু মানা লৌবীবক্নে। মচানুপী ওইবল্লবদি ঐ শোযদনা থাই মচা শাহল্লমগদবনি। ঐসু মানা হাযবিখে তৌবে। অদুনা অঙৌবা ফোবেন্নব মবক্তা লেপ্পুবে। চঙফমসু তোঙাল্লি।

চেক লোইবগা মনুংদা অমুক মাগা উনবে। অহানবদা সিংহাসন লৈফম যেংলে। ঙক থেক্কৎলগা যেংবা বিল্ডিংনি। আর্ট মযাম্না যোম্লবা হোলনি। সনা মচুগী অবংবা



গ্রান্দ পেলেস যেংবা লোইবগা থোক্লকপা

প্লেট নপ্পা হোলনি। আর্টমক্তনা থল্লবা হোল অদু Dusit Maha Prasat Throne Hall কৌই।

মথঙদা অশংবা বুদ্ধনা ঙাম্বোইবিবা Shrine অদুদা কাখৎলে। মদুদসু ফোবেন্নবগী চঙফম তোঙাল্লি, খোঙউপ থমফম ফাও মান্নদে। মনুং চঙখিবদা পূক্লিং থুক লাউই, অশংবা মুর্তি অদু লৈতেংনা থল্লবা সিংহাসন অমগী মথক্তা ধ্যান তৌবগী মওংদা ফম্লি। খোঙগ্রাই চন্দুনা ফম্লি, মিৎযেংদি লুককন্না। নহালমখৈ উবকপা বুদ্ধশিংগা মান্নদ্রে। মগুণ ওম্ব্রোন্না লৈখ্রে। মুর্তি অসি নুংনা শাবগা মণি-মুক্তা থাম্বা নত্তে। অচৌবা মমল যামখ্রবা অশংবা ডাইমণ্ড নুং অমদগী কক্তুনা, খেক্তুনা শাবা মুর্তিনি হায। মসিগী ৱাবী অমা লৈবি।

খৃ কুম ১৪৩৪ দা অবাংথংবা থাইলেন্দা লৈবা Chiengrai কৌবা লমসিদা অখাক অবাউ অমনা ৱাংলবা মন্দিব অমগী মতোন্দা তাশিন্দুনা মন্দিবদু কাযবম্মী। মদুগী মনুংদগী ফংলকপা মুর্তিনি ঙসি বেঙ্কোক যৌবক্লিবসি। মন্দিবদু কাযববনিনা মক্ক অদুনা মযূমদা মুর্তি অদু পুবক্লম্মী । মাগী নাক্তা লৈববা মতমদা মুর্তি অদুগী নাতোন্দা খজিক্তং মুক মানবা মচু অমা তৈবা উবম্মী। মানা খোকতোক্তুনা যেংলুবদদি বিলাটি মটিনা প্লাসটব তৌশিনবা ওইবম্লে। মানা লোইনা খোক্তোক্তুনা যেংবদদি মুর্তি অদু শংত্রিক শংবা ফজখ্রবা মুর্তি অমা ওল্লক্লে। মুন্না যেংবদা মহাক খঙলে, অশংবা ডাইমণ্ড অচৌবা অমদগী হক্তুনা শাবা, মমল যামখ্রবা মুর্তি অমনি হাযবা। মীযাম লাক্তুনা যেংবা, খুকম্বা হৌখ্রে। মতমদুগী নিংথৌ Chiengmai না পাল্লিঙৈগী ৱানি। মাগী মতুংদা

লাকপা Samfangkaen কৌবা নিংথৌদুনা শামু থাবক্তুনা মুর্তি অদু লৌখৎনবা হোৎনবম্মী, অদুবু শামুদু মফমদু যৌবগা হেক্তা চেনখিবম্মী। অহুম্লক থাবকপদা অহুম্লক চেনখিবম্মী। অদুনা নিংথৌনা খল্লে, মুর্তিদু মফম অদুদা অদুম লৈনিংলমাল্লে, অদুনা মুর্তিদু মফমদুদা অদুম থমখ্রে।

অদুবু খৃ কুম ১৫৫১ দা Chiengmai নিংথৌ শিখ্রবদা মাগী মচানুপা লৈতবদগী মচানুপী Laos তা ওংখিবদুগী মচানুপা অমনা নিংথৌ ওইহল্লে। মমিং Chaichettha কৌই। অদুবু অসোমদা মপাবুংদু ১৫৫২ দা শিখিবদগী মহাক অমুক Laos তা হনখি। মানা হনখিবদা বুদ্ধগী মুর্তি অসি Laos তা পুদুনা চৎখি হায।

অদুবু থাইগী নিংথৌ Rama-I না পাল্লবা মতমদা খৃ কুম ১৭৭৮ দা Laos তা লান্দাদুনা জয তৌবগা Emerald Budha অসিবু Bangkok তা পুবকখি। অদুগা হান্নগী কোনুং Thongburi দা লৈবদুদা লাৎখি। অদুবু মানা মাগী কোনুং ঙসি লৈবিবা মফম অসিদা হোংলক্লবদা ১৭৮৪ গী মার্চকী তাং ২২ দা ঙসিগী লাইশঙ অসিদা লাৎপা হৌবকই হায।

নিংথৌ অসিনা মফমসিদা লাৎপদগী মুর্তি অসিগী মতম মতমগী ফিজেৎ তোঙানহনখ্রে। কালেনথাদা শেৎকদবা, নোংজুথাদা শেৎকদবা ফিজোল তোঙানহনখ্রে। মথ্বায পানবা, অঈং-অশা ফাওবা মুর্তি ওইহনখ্রে। অদুগী মথক্তা নিংথৌ অসিগী মশুনুপা Rama-III না পানবা মতমদগী অহুমশুবা ফিজোল অমমুক হাপচিনখ্রে। নিংথমথাগী ফিজোল অমমুক লাঙখ্রে।

মুর্তি অসিগী খোঙগ্রাই চন্দুনা ফম্লিবসিগী অপাকপসি সেন্টিমিটব ৪৮ ৩ নি। অদুগা ফমফম আসন অসি যাওবগা মুর্তি অসিগী অৱাংবনা সেন্টিমিটব ৬৬ নি। মুর্তি অসি ফম্বগী মওংদা শাবনি। যেৎথংবা মখোংনা ওইথংবদা থাঙ্গত্তুনা খোঙগ্রাই চন্দুনা ফম্লি। ধ্যান তৌবগী মওংনি।

ঙসি ৪/৫ নিসি মখল কযাগী বুদ্ধগী মুর্তি লাৎপা লাইশঙ ৩ / ৪ উবকখ্রে। অদুবু মসিনা খ্বাইদগী মগুণ লৈবি। অহুম্লক কোক নোন্দুনা খুউ খুদক কূন্দুনা নুপীমচাগী মপাসিনা হেক তৌবিমখৈ ঐসু ব্যবহাব উৎলে। লাইশঙ অসি Monastery অমা ওইবগী মথৌ চপ চানা তৌবি। অদুবু অতৈদা তৌবগুম মঙ্ক অমসুং নন লৈফমদি থমদে, কোনুং ওইবা মবম্লা।

Emerald Budha অসিগী মখাদা নেমতক্লা থাক অমদা অতোপ্পা বুদ্ধগী মুর্তি অনী অমসু লৈবি। অমনা ১৮৪১ দা মতমদুগী নিংথৌ Rama-III না মপুবোক



গ্রান্দ পেলেসকী গেৎ মমাঙদা ঐ



লেপ্পুনা লৈবা বুদ্ধগী মূর্ত্তি মযাদা ঐ

Rama-I গী মিংদা কৎচবনি। অমনা মাবু পোকপা Rama-II দা কৎচবা ওইনা খিল্লম্বনি। মুর্তি অনীদু নত্তবা অতোপ্পা অমগসু মচি অমদা আসন মথক্তা লাৎলি, মদুনা নিংথৌ Mongkut (Rama-IV) না লাৎলম্বনি।

ঐখোযনী লাইশঙদুদগী থোক্লক্লে। শাংগ্রবা Corridor অমদা অমুক লাক্লে। মদু অতৈগী নত্তে, থাইগী আর্ট গেলবী যেংনবনি। ফক্লাং অমতা লেম্না থমদ্রে। থাইগী অযেকপা লাই মযাম যেংলে। ফুঙ্গাবাবীদা, অকল-অথৌ, শা-লানগী রাবীদা নত্রগা থাযনা থাইশিংনা শা তানবা চৎপগী মওংদা, লান থেংনবগী শক্তমদা যুম্ফম ওইবগা যেকপনা অযাম্বনি। Painting শিংদু খূৎ চঙনা হোৎনবগী মমি তাই। পূন্নমক মগুণ লৈ, যেংবদা মিৎফম হোংবা যাদে। ফক্লাং অমদনা ভগবান বুদ্ধনা অঙাং ওইবিঙৈদগীনা নির্ব্বান ফংলবা ফাওবগী শক্তম যেক্কুনা উৎলি। মানা ধর্ম শন্দোকপা চৎপগী মওংসু যাওবি। পূন্নমক অসিগী মথক্তা Jataka tales মযাম, পাউতাক পাউবৌগী শক্তম কযাসু আর্ট মযাম্লক্কুদা যাওবি।

ভাবতকী লাইশঙ কযাদা অযেকপা কযা উখ্রে। অদুদগী হেন্দুনা উবিষাগী Sun temple গী কলা কযা উখ্রে। অদুবু ঙসি উবিবসিনা খবা তোপই, ষ্টাইল দা মচুদা মমেলদা তোপ তোপই।

Corridor অদুদগী কুমথবকপদা পেলেস অদুগী যেংবা যাবা কযা লৈবিবদু যেংখিসিবা হংলকই মকপ্পুনা। অদুবু মফম অতে খবসু যেংনীংবনা থোকখ্রসি হাযবে। ঐনা লৈবা যাবা Grand Palace অদুগী literature খবা লৈবগা অদুম থোক্লক্লে।

থোক্লকপা লম্বীদা নুংঙাইবা মতৌ অমা থেংনবে। থোঙ অমগী নাকলদা শন্ত্রি অনী নাক-যেত্তা নোংমৈ অমমম পাযদুনা লেপ্লি। বিশ্রাম পোজিসন্দা লেপ্পনি, অঙৌবা যুনিফোর্ম্নি, টুপীসু উপই। নুংঙাইবিবনা মশা কবিমতা লেঙদবা অদুনি। নহাবোল পাখং লৈশাবী খবা মখোয অনীগী মবক্তুদা চঙলগা অমুক অমুক ফোটো নম্লি। মখোয অনীদু মুর্তিদৌনা অদুম লেপ্লি, ফোটো নম্বদু নম্মুসু হাযদে, নমগনুসু হাযদে, নোকসু নোক্তে, শাউসু শাউদে। ঐসু মবক্তুদা লেপ্লুবে, ফোটো নম্লকই। মনুংঙাই অমনি। ফজে ফজে Grand Palace, কোনুংদা কোনুংনি। থোক্লকপা লম্বীদা নম্বা যাবা ফোটো foreigner শিংগা নম্মিন্নবকই। অদুগা অদুম থোক্লক্লে।

ঙসিনা লম যেংবগী অবোইবা নুমিৎনিনা খবগা যেংহনগনি হাযবে। মপাদুনা অমুক কাব মনুংদা নোক্লা হাযবকই, Standing বুদ্ধ। ঐ খঙঙি, মানা হাযবিবসি অসুক যান্না যেংলক্লিবসি অতূম্বা বুদ্ধ, অফম্বা বুদ্ধ, ধ্যান তৌবা বুদ্ধ ঙাক্তা যেংদুনা লাক্লে, অবেপ্পা বুদ্ধ অমুক যেংলসি হাযবিবনি। মানা নানখ্রবা লম্বীদুদা পাইদে খাক্লা থৌনক্লে। অদুগা Gate অমদা লেপ্লুবে। মদুদগী Gate Pass অমা লৌবে। অদুগা জঙ্গল মানবা উমং অমদা নানখ্রবা পিক্তক তৌবা লম্বী অমদা থৌজিল্লক্লে। চঙখিবদা থোক্লকফম খঙলবোইদবা Monastery নি। লম্বোইবা ঙাক্তনা থবক তৌবি। Gate pass অদুসু লম্বোইবা অমনা পীবকপনি। পৈশা তিংদে মফমসিমদি। নানখ্রে চে মচেৎ অমা, Polythene খাউ অমা, Mineral bottle অমা তাদে, নালাদফাও। নাপী মকা অমা ৱাংখৎহন্দে। উমং অদু পুল্লপনা পার্ক অমা ওইহনবনি। মযাযদসু তুবেল মচা মচা ঈশিং লূনা চেম্থবি। লম্বী পূম্বা কোলাস নান্না থাই। এবো মার্ক্সা মাযকৈ খুদিং মশক তাক্লি, কবি কবি যেংবা যাবা হাযবদু। মকপ্পুনা পাব পাবগা গাডী থৌজিল্লি, ঐদি পাবা থোকত্রে,মখোযগী মবোলনিনা। ঐনা খল্লি, মানা থিবিবসি অবেপ্পা বুদ্ধগী মুর্তিদুগী লম্পাক অদু থিবিবনি। অঙকপগা, অকিবগা যেংনীংবগা পূল্লে ঐদি। মচি মচিদা লম যেংবা লাকপা কোল্লুপ কোল্লুপ ফল্লি। শাবী শানৌ পূংবা পূংবা ফম্বসু যাওবি। ঐনা খল্লি, উমংসিদা মী অমা লোৎখিবদা থিবা ফংগদবা মান্দ্রে। মাযকৈ পূম্বা কোযশিনবনি, চঙফমগা থোকফমগা থোঙ অনীদা ফাৎলিবনি হায। চঙখিবা মীগা থোকখিবা মীগা মশীং চানবব্রা হায়বদু খঙনবনি কার্দ অমমম পীবিবা। ঐখোযসু কার্দ অনী পীবক্লিবদু হোবেন থোকখিবগী থোঙ অদুদা অমুক পীবমদৌবিবনি। মাঙবা যাদে হায।

ঐনা অমুকসু খল্লি। মখোযগী লম অসিবু বুদ্ধ নত্তবা অতোপ্পা যেংফম লৈত্রবা জাৎলা? অদুবু মখোযগীদি ধর্মনা যাঙলেন শকনি। মখোযগীদি চাবে বুদ্ধনি, থবক শূবে বুদ্ধনি, বুদ্ধ যাওদবা মখোযগী পুন্সি অমা লৈতে। থাইগা বুদ্ধগা থাদোক্নদ্রি, ঐখোযগী বুদ্ধ মীবমসিদা নুংঙাইনা লৈবি, মাগী পাউতাক ফজনা মফমসিদা ইল্লি।



Sapram Elephant Ground and Zoo গী গেৎ মমাঙদা ঐ

গাড়ী খৌনা খৌনা মক পুনা হংলকই, "Budha Bharat why" ঐনা শাজিল্লি ভাবনা, বুদ্ধিজম ভাবত্তগী হৌবকপনি, অদুগা কবিগী বুদ্ধিজম লৌদ্রিবনো হাযবিবনি। ঐসু শম্না খুমখি, Hinduism Budhism equal, same খঙদে, ঐগী পাউখুমদু মহাক পেল্লমগদ্রা ? মহাক মখাদি তাবকত্রে।

লাইশঙ অফিস, হোল, লাইব্রেরী, মথঙ মথঙ লৈহৌবে। অদুগা কাইনথংদা থাঙ্গপাৎনা কোযশিনবা ফজখ্রবা পার্ক মচা অমা উমংদুগী মনুং হুজিন্না লৈবম্বা থেংনবে। অচিকপা কৌবা লাইবেস্বীদুনা চেকশিন্না শেন্নবদুনা। ঈশিংদুনা লূবিবা, কোযশিল্লিবা লম মচেৎ অদুনা ফজবিবা। মদুগী মযাযদা অপাকপা নুংপাক্লা থাক থাক চনখৎখিদুনা ফজনা শেম্লি অতোঙবা ফাউন্দেসন অমা। মদুগী মথক্তা ফমফম অমা, নান্না ফূট অঙ্গম্লোম বাংনা লৈবি। ফমফমদুদা হৌজিক্তা ধ্যান তৌব্নবদগী ফুক হেক হৌগৎলকপা মানবা ফিভমদা, অমুবা ফৈজোম শেৎপা, মথক ফি থোংদবা, ফি মচা অমতং লেংবান নাক-যেত্তা যাম্থবিবদু নুংশিৎতা পাইবিবা মানবা অদুগুম্বা অবেপ্পা বুদ্ধগী মূর্তি অমা মখোঙ থাংবগী ফিভমদা লেপ্লি। যেংবদা ফজৈ, ফূট ২০ হেন্না ৱাংগনি, লুগুণসু লেংবান্দগী যাম্থবি। ঐ তুমিন লেপুনা থাঙ্গপাৎ ৱাংমদগী নাক-যেৎ চৎ চৎতুনা যেংলি, তুংদগী অমুক যেংলি, মাঙদা চৎলগা অমুক যেংলি, যেংবগী পেনবা নাইদে। ফজখ্রবা Park অদু মূর্তি অসিনা মগুণ খংহাপ হাপখ্রে।

লৈশু শাৎলি, ঈশিংসু চেল্লি, উনা অমা তাহন্দে, চেজেৎ অমা চাইদে। অদুক যান্না চঙলক্লিবা, অচিকপা থিবক্লিবা লমযেংবা মীযামদু ভাব লোইনা তাই। লাঙনদে, তুমিন তুমিন ফম্নবি। দষ্ট বিন মফম চানা চানা খিল্লি। ঐখোযনী ফম্লমদ্রে, যেঙ্গদবা অতৈ লম



কুম্মৈ যাওবিবা শামুশিং

খবা লৈবিবনা অমুক থোকফম লম্বীদা থোক্লক্লে। গেট অদুদা card অনীদু পীবম্লে। অদুগা অমুক অনানবা লম্বী অমদা কাবদু পাইখৈ থৌবক্লে। ব্যবহাব ফজনৈ, থোঙঙাকপা লম্বোইবদুদফাও মকপ অদুনা হাযবম্মী "Sawaaddee Krab " থাগৎচবি হাযবিবনি। অশম্বীদা Krab খক্তা হাযবম্বসু যাওই। থাইলেন্দা ৱাহৈ অসিমক্তং খঙলবদি ফন্না কুইনা চৎপা যাগনি। লম্বীদা তোল টেক্স খোম্বগী বঙ্কব অদুদসু "ক্রেপ ' হাযবম্মী। Good morning হাযগদবা মফমদসু ক্রেপ হাযবম্মী, কাযনবসি হাযবদসু ক্রেপ হাযবম্মী। ঐ নীংশিংলকই, কোলকতাদগী পাইবকপা থাই এযব এসিযাগী হোস্টেস লৈশাবীদুনা হেক প্লেন মনুংদা চঙবদা মখূৎ লোন্নদুনা হাযহৌবদু হৌজিক্তা অর্থ খঙলক্লে। ঐনা খোম্থোক্তু 'লাকপ্রা' হাযবা মাল্লুবনি, মানদি হাযবিবদু, 'Kaa' হাযবনি। বেলকম বু হাযবসু Good morning বু হাযবসু নুপীনা হাযবা তাববদি 'Kaa' হাযনৈ। নুপানা Krab হাযগনি।

মথঙদা মপাসিনা অমুক নোক্লা হাযবকই, Elephant, ঐনা খঙঙি, শামু কুম্মৈ যেংহনগনি হাযবিবনি। হন্দক্তি Bangkok Province লান্না অতোপ্পা Province অমদা থৌবে। হন্দক্কী Province অসিগী মমিংনা Nakoan Pathan Province কৌই। মসিদা লৈবিবা Sapram Elephant Ground and Zoo হাযবা মফমদু যৌবে। যোৎকী কালোক মথক্তা লৈ শাৎপা উবী চৎহন্দুনা চঙফম Corridor অদু উনমুক ঈংহল্লি। কাব মফম চানা খাল্লম্লগা ঐখোযনী চঙলে। টিকেৎ কক্লে, মানা ককখ্রে, মাগীনা baht ১০০ নি, ঐগীনা ৪০০ নি। ঐগীসু baht ১৭০০ লোম যাওবি, টিকেৎ অদু ঐ কককে হাযবদা মানা শুকযা যাদ্রে। লোন্নগা ফাওনবা ৱাৎপনা ঐ মানা হেক তৌবিমখৈ যাবদা তাবে।



শামু যাখিন পাযবগা ফোটো নম্বা

হেক চঙখিবদা অকিনা অমা উবে। চাউখ্রবা ঙৌনা মুনা লাংবা কৈজাউ অনী শাবং মনুংদা কৃল্লি। অশঙবা মী অদুনা কৈ শাবং মমাঙদুদা baht ১০০ গী টিকেৎ লৌবি। টিকেৎ পাবিবা মী অদুনা কৈ মতুংলোমদা চৎলগা থোঙ মচা অমা পাল্লিবদুদা চঙলগা কৈ মমৈ পাযদুনা লেপ্লুদৌবিবনি। মদুদা Photo নমগদৌবিবনি। কৈদুনা চিকপদি ঙল্লোই, মঙক্তা যোংলি চাউনা পুল্লগা তেন্না যোংকী উচুক অমদা পুল্লি। অদুবু কৈদু যেৎ হাবদে, ওযমল্লদনা তনবা পোকপা মাল্লি মখোযনীমক তুমিন লৈ। খব খবদি ঙংলকই। খঙদে, মখোযগী লমসি কৈফাও পৈশা তানবা হৈবে। মমৈ হেক থাঙ্গৎপদা মযা কাখোক্তুনা ঙংঙি, কিহল্লি অদুবু হৌগত্তে, মমৈ হেক থাদবগা অমুক তুমিন্না লৈখি। অঙৌবা মী খবদুদি baht ১০০ পিথোক্লগা photo নম্নে। ঐসু মমৈ পাযকুগেবা হাযনা মকপ্তুনা ইঙ্গিৎনা হংলকই। অদুবু উবদা কিববা জীবদু, মমৈ অমুক পাযকুবগী থৌনা ঐঙোন্দা লাকত্রে। অদুবু কোন্নদি ঐ খঙলকই, baht ১০০ লৌবিবদু কৈ মমৈ পাযবখক্কী ওইবমদ্রে, হোবেল show যেংলুবা লোইবগা থোক্লকপদা ফজখ্রবা steel গী plate অঙৌবা অমমমদা কৈ মমৈ পাযখিবগী Photo দু block নমদুনা ফজনা থনমদৌবিবনি। মাগী মাগী খন্নদুনা হোবেল লৌদৌবিবনি। মদু খঙবদা ঐসু অমুক্তং লাইবক যেংলসিবা খল্লকখি, নীংশিং খুদম ওইনবা। অদুবু মকপ্তুনা রা যাম্মী খনখিদ্রা খনবদগী হাযদ্রে।

খবা অমুক চঙশিল্লে, ঈশৈগা কোন্নবা যন্ত্র মখোল অমা তাবকই। মদু Elephant show উৎপা হৌখ্রমাল্লে হাযদুনা ঐখোযনী থুনা চঙশিল্লি। চাউখ্রবা, নাকল অমদা শেম্লিবা মথক কৃপ্পা গেলবি অদুদা কাখত্তুনা মযায ওইবপ্পা ফম্লুবে। show হৌদ্রি,



শামুদা লফোয় পীজবা

Magic show হান্না উৎলল্লি, মদুসু show অমদি নংহৌদ্রে। মথঙগী থেক্লক্লে। তান্নপ লৈবা মফম অমদগী গাডী মথক্তা শেম্বা যুম অমা থৌবক্লে। অদুগা গেলাবিগী মগায় মপামক্তদা থাল্লবে। মথক কুপ্পা যুম মানবদু থোঙ পাল্লি ইমুং মনুং কা লৈ মাঙ্গোল নাইবি। মেজিক্সিআন অদুনা মখূৎ-মশা হাইদুনা মী ৫০০ বোম ফল্লিবা গেলবী অদুবু শুমহৎলি নহানি। মানা শুগে শুববদা চহী ২৪/২৫ মঙায। মিত্রংনি খঙনা ঙক্কবা ঙমদ্রে। মানা ইমুংদুদগী গ্লাস বোক্স মখোঙ পানবা অচৌবা অমা চিংদুনা পুথোক্লকই, অদুগা অমুক থোঙ অমবোমদগী পাইপ অমা চিংথোক্লক্তুনা অক্নাবিযমগী গ্লাস বোক্স অচৌবদুদা ঈশিং পিক থন্না থাজিল্লি। পাইপ অদু অমুক থমজিনখ্রে। বোক্স মনুংদু ইঙাল ঙান্না উই কবিশু যাওদে ঈশিং প্ৰাক্তনি। কবিশু যাওদ্রেকো হাযনা তাকপা ওইনা নুপাদুনা বোক্স মনুংদা মখূৎ থিংজিন্দুনা ঈশিংদু ওৎলি। ঐখোযসু থাজবে। অদুদগী মানা মাঙ্গোল মচাদুগী মাযকৈ মবিদা অমদা অমুক, অমদা অমুক চত্তুনা মখূৎনা লাম লামদুনা, মালংদা লামদুনা লাই কৌবগী মওংদা মচিন্দা কবি কবিনো ঙাঙ ঙাঙদুনা তৌবি। অদুদগী ফি অঙাংবা অমা শৎ লৌখৎলি, মদুসু কবিসু যাওদেকো হাযবগী মওংদা ফৎ লাউনা কপ্পোকই, অদুগা ফিদু তিংথোক্তুনা বোক্স অদু কুপশিনখ্রে। কবিনো তৌদোবিসিবু হাযদুনা ইঙক ঙকই। নুপাদুদি থবক লেপ্পে। অমুক চিথেক মবি চত্তুনা লাই কৌবি, মখূৎ ও মশা-ও। মীযাম পূম্নমক্তা কবিনো অমা তৌগদৌবি হাযবদু মালহল্লি। মীযান্না ঙক্না নৈবিঙৈদুদা মানা অমুক ফিদু শৎ লাউনা চিংথোকখি। অঙকপনি, ফ্রিং ফ্রিং চোংবা, চাউববা, থোংদুনা চাব যাবা ঙাক্রা মযাম পূমলেঙ লেঙবখৈ লৈবল্লে বোক্স মনুংদু। ঙাক্রাশিংদু মরেং তাবদুনা মুশুক মুনা ঈশিংদুদা চাবি, ঐখোয লোইনা

উহল্লে। খুবাক মখোলনা নিঙ্গে বেলকোনিদু। গেলবীদু। কুইবা যাবদি নত্তে, মিত্রংনি। বোক্স অদু অমুক কুপশিল্লগা পুশিনখ্রে ইন্দুনা।

অদুদগী অমুক মী চঙদুনা লোৎপা যাবা অচৌবা উপু অমমুক পুথোক্লক্লে। মখোঙ পাল্লি, ইন্দুনা পুথোক্লকই। অদুগা মীযাম্লোম থংবা উপু মমাযদু হাংদোক্লকই, কবিসু যাওদে। মী অমা ফম্বদি চনগনি। অদুদগী ফজখ্রবী লৈশাবী অমা থোক্লক্লে, অদুগা উপু মনুংদা চঙদুনা ফমখ্রে। উপুদু মমায শৎ খুমজিনখি। লৈশাবীদু ফি তপ নপ্পা শেৎপীনি। তশেংনা মৈতৈ লৈশাবী মচা মাল্লি, মিত্রং তৌবিবদুসু মৈতৈ পাখঙ মচাদা মচানি। মমিং চাউবা, তোম্বা কৌবমগদবা মাল্লি। অতৈগীদি খঙদে, ঐদি ঐখোযগী খুলদা সার্কস মনুংদা মিত্রং তৌবা যেংলিবগুম খল্লি। নুপী মচাদু হেক খুমজিনখিবগা নুপা মচাদুনা পাক্তক তৌবা অপাবা প্লাই উপাক মানবা অমা ফৈনা থিংজিনখি। ওন্ন-তৈনবা নাকল অদুদা ফাওদোক্লকই। মানসু ফাওবব্রা যেংঙি। ফাওবে। উপাক্তুনা নুপী মচাদু মথবাক্তা কক্লমগদবা মাল্লি। অদুদগী নাকল অমদগী অমুক হোলো ব্রোক অমমুক নমশিল্লকই। মদুসু ওন্ন-তৈনবা নাকল্লোমদা ফাওদোবকই। মানসু হোলো ব্রোক্তু মখুৎ থিংজিন্দুনা যেংঙি, কবিসু লৈতে হাযবগী মওংদু মীযামদা উৎলকই। অদুদগী উতোং মচা উতুপ মচা ফৈনা যুংনা উপুদুদা পংনমদা নমশিল্লি। নুপী মচাদু ফমফম লৈবমগদবা মান্দ্রে লৈথোক লৈশিন যাবা উপুসু নত্তে। অদুদগী মানা মাযকৈ মবি চত্তুনা লাই কৌই মন্ত্র শোল্লি, মিত্রংগী চৈদু পাযখত্তুনা নুংশিৎতা হাই। ঙাইহাক্তং অদুম তৌবল্লগা নমশিনখিবা পোৎ মযামদু শৎ শৎ শক্তোকই, উপু মমাযদু শৎ হাংদোকই। নুপী মচাদু নোক্তুনা থোল্লকই, ইমুংদা চেনশিনখি। মীযাম খুবাক প্রোক প্রোক।

*নহাদু লেপ্তু হন্দক্না অকোনবা বিং অবাউবা, মচিন শৌজিনবা ৬ পুথোক্লক্লে।* বিং খুদিংমক অমমমদা মানা অতৎপা লৈতেকো উৎনবা মখূৎনা শিত্তুনা উৎলি। অদুদগী বিং ৬ মক মখূৎ অনীনা পুল্লপ পাযবগা ক্রোক ক্রোক ওৎলম্বদগী শৎ চিংথোক্লকপদদি লোইনা শন্নবল্লে। লৌনদুনা লৈবল্লে। অদুদগী অমুক শৎ থূপচিনখি বিং ৬ মক। অদুদনা অমুক অমতা লৌনবমদ্রে। অমমমতা উৎলকই। খুবাক মযাম অমগী মখোল তাবকই। খঙদে, মিত্রংনি খঙনা ঙক্তবা ঙমদে। ঐ খুবাক খূবা যাওবে। সাইন্সকী যুগ অসিদা মানা ঐখোযবু পূমঙক ঙকহল্লে। লাই-তিন্না, মাবু মতেং পাংলিবোই নীংহল্লি।

হন্দক্না মানা খাউ অমা পাযদুনা থোক্লকই। খাউদু মানা মীযামদা মমায ফাক্তোক্তুনা লোইনা উৎলকই। কবিশু যাওদে। অদুদগী মানা কোযচৎ চত্তুনা লাই শোল্লি, মন্ত্রসু শোল্লি, মখূৎ যেৎ অদু শৎ লাউনা খাউদা থিংজিনখি। অদুগা ফজখ্রবা নুপীগী শেঙ্গাও (money bag) অচৌবা অমা চিংখৎলকই। মদু মানা মনাক্তা লেপ্লিবা নুপীমচা

অদুদা পীশিল্লি। নুপীমচাদুনসু অমতগা পীযু হাযবগী মওংদা মখূৎ অমুক তিংথোকই। নহাদুনসু শাউবংননা, অমমুক পীযু হায হাযবগী মওং উৎলগা, মখূৎ শৎ খাউদা থিংজিনখি, শেঙ্গাও খবা পিকপা অমমুক চিংখৎলকই, নুপীদুদা পীশিল্লি। অদুদগী লৈবিব্রা হাযদুনা খাউদুদা মখূৎনা ওৎলি, অদুগা ঙা ফাবগুম অমমুক শৎ চিংখৎলকই। অসুম্না মানা চিংখৎলকপা মনি বেগ মঙা শুখ্রে। অদুগা অমুকসু ওৎলি চিত্থ-নাম্বহৌবা লৈবিব্রা হাযবগী মওংদা। অদুগা নুপাদু মমায শুগৎলি, হন্দক্তি পিকখ্রবা অঙাংগী মনি বেগ অমা চিংখৎলক্লে, মীযাম ব্রা লাউনা নোকই।

যামখ্রে, মিত্রং, মানা তৌবা। কালেনগী শাবদু ঙাইহাক কাউই। অদুদগী মিত্রং নহা (conjurer) অদু চঙখ্রে, গাডীদুসু অমুক থৌদোকখ্রে।

শামুগী কুম্মৈ হৌবে। লম্পাক মচাদু ফূট বোলগী লম্পাক অমুক্তি চাউগনি। শামু ১০ মুক পবেং থোক্লক্লে, মউৎ অমমম্না তোংলদুনা। শামুশিংদু মনঙ্গন্দা যি অমমম কুপ্লকই, মচু অমতা মান্নদে, মশক খঙনবনি। ফি অদুদা থাবি প্লেযব শামুদুগী মমিং অমমম। ফূটবোল শান্নবোইগী মিং ঙাক্তনি। অমনা Brazil গী Kaka, অমনা Ronaldo, অমনা ইংলেন্দগী Bekham, অফাওবা প্লেযব ঙাক্তনি লাউথোক্লকই। Ronaldinho, সু যাওবি । লাউদ স্পিক্কবদা মমিং হেক লাউথোক্লকপদা মমিংদু থাবিবা শামুদু মঙক নোম্লকই। মীগা চপ মান্নবে। মমিং খঙই।

অদুদগী নাকল অমদা গোলগী নেট খনখ্রে। গোল কিপ্পব ওইগদবা মী অমা ফজনা ফূটবোল্লব অমগী ফিজেৎ শেত্তুনা চঙখ্রে। হেক কাওশিল্লকপদা বোল ফাবগে মতানি। শাজেল তৌদুনা গোল পোষ্ট অনীদুগী মযাযদা পাকথদুনা লেপখ্রে। মানা বোল অহনবা অমা শৎ লংথোক্লকই। মাইক্তা লাউববই Ronaldo' Ronaldo থাবা শামুদু পাইশিনখি, মখোঙ খুমাঙনা অমুক্তং কাওশিনখিবব ফাবা নংহৌদে, বোলদু পাইশিনখি, নেৎ নোম্লকই। মদুদা শামুদুনা হবাউদুনা খোংদুনা চেম্বোবকই। মীযাম্না খুবাক খুদুনা থাগৎলি। অমুক লাউবকই, kaka ' বোল লংথোক্লকই, kaka চেনশিনখি, হন্দক্না খূমাঙ অমনা কাওগদবা মালহল্লি, অদুবু পৈবপ্না খূদুং অমনা শৎ শেৎচিনখিবদু গোল কিপ্পবদুনা চোংবদা তুদুনা লৈহৌই। গোল পোষ্ট মযাদা শিত্তুনা বোলদু চঙখ্রে। মাগী হৈশিংবদু উবদা মীযাম হুপ্না লাউশিনখি। মাইক্তা লাউবকই, Brazil kaka, Brazil Kaka হাযনা। মথঙ মথঙ Bekham, Ronandinho কাওশিল্লি, মাগী মাগী style দা, মীনা কৈদৌনি, শামুনা কাওশিনবা মীনা ফাবা ঙমখিদে।

অসুম্না বোল কাওবা লোইবগা শামু পবেং চৎপা উৎলি। মাঙ থাবদুগী মনঙ্গলদা মথঙগীদুনা খূমাঙ থাঙ্গৎলি। মথঙ মথঙ শামু তবাদুনা লম্পাক্তু থুংনা কোযনা চৎলি।



গুমভিব ফাবা মগুংদা নম্বা ফোটো

মীযাম খুবাক খুবা তোক্তে। অদুগী মথঙদনা লান চৎপা উৎলি, হেক অগুইবা মান্না, নক্লা লৈবা লানবন অমা থুগাযবা উৎলি, নোংমৈ মখোল থোকহল্লি, লানবললোমদগীসু কাপথবকই, শামুনা হৈ-শিংবা উৎলি লান্দুদা। মৈ চাকখৎলকই, ঙাইহাক্তুদি কিবা অমা যাওবকই, লানগী লাঙবা যাওবকই। অঙকপা শোনি লান কান্নদে, শান্নবনা মহুৎ শিনসি হাযবগী পাউতাব্রি।

অদুদগী শামুশিংদু উৎপা যাবা কুম্মে উৎলে মথঙদি মীযামগী গেলবী পবেংদুদা মনাতোন মনাতোন শাংদোব্রক্তুনা লেপ্লবে। মনা পীবো থৌবগা চপ মান্নে। যোৎকী শম্বল অদুগী বাংমদগী মীযাম্না শামু মনাতোন্দা পীজনীংবা লফোই, এপল চুনচিংবা পীনৈ, মনাতোন্না লৌবগা চাখি। মতাংদুদা কদাযদগীনো লফোই যোনবা, চু যোনবা, এপল যোনবা থুংলবে। ঐসু লফোই baht ১০ গী লৈদুনা শামু অমদা পীবে। মানা মনাতোন্না লামদুনা চাখি। শিংথ্রবা শামুনি। পৈশা পীবসু মনাতোন্না চিংশিন্দুনা লৌখি। অদুগা মউৎকী মখূত্তা থাদখি। অচাপোৎনা মাগী, পৈশানা মউৎকী। অদুবু baht ২০ শুদ্রবদি যাথিন পাযদুনা ফোটো নমগে যাদে। নুপীমচাগী মপাদুনা ঐবু ফোটো নমসি হাযবে। ঐসু baht ২০ পীবে। শামুদু হবাউই। মনাতোন থাঙ্গৎখি, যাথিন অনীগী কাবক্তুদা ঐ চঙঙে, পাযবে, ফোটো নম্নে। কিব্বনা ঐ লোইবে। যাথিন পাযবিঙেদা মনাতোন্না কোৎখ্রবদি ঐ লোইবে। ঐ পেল্লদুনা ফুবিৎখাউদা যাওবা পৈশা অচোইবা লোইনা শামুদুদা পীবে। মানা পুল্লপ মনাতোন্না চিংখৎতুনা লৌখ্রে। অদুগা মউৎতুদা পীখ্রে। অদুবু ইন্দিযাগী পৈশা খবা যাওখ্রে। ফন্নদুম ফবে, ঐখোযগী পৈশা মশক খঙহল্লমলে।

মথঙদা ঐখোযনী শামু কুম্মে তৌফমদগী থোক্লক্লে, মফম অমদা লাঙবা অমুক তাবে। মদুদা চেনখৎতুনা যেংলুবদা নহা পাখঙ অনীনা গুন্তীব অনীগা শান্নবা কুম্মে ওইবল্লে। ইকোই কোযশিন্না মথক মখা নাইবা শঙ মবি অদুগী মযাযদা মখা বিলামটিনা চনবা, ঈশিং খুকউ যৌবা, টিথেক নাইবা পুখ্রি অমা লৈবি। মদুদা গুন্তীব যাইমবপ চাউবা অনী লৈবি। নহা অনীদুনা অমমম মমৈ লাক লাক্কুনা চিংলি। উবদা শ্বাই শ্বাই লাউই। মযা কাখৎলিবা গুন্তীবগী যানুংদুদা মখূৎ শৎ শৎ থিংজিল্লি। চিকখিবদা তৎকনি। অদুবু নহা অনীদু শিংঙি। চৈ মচা অমনা গুন্তীব মকোক্তা শেৎ শেৎ ফূই। মযা কাথোকই, কুইনা লোযনবকপগী মযা কাথোক্লিবদু উমশিল্লক্কদবা মতম খঙবা মাল্লি। থুনা শৎ শৎ মখূৎ নমশিল্লি। শৎ শৎ চিংথোকই। অমুক্তি নহা অমগী মখূৎ খূদোল গুন্তীব অদুনা উমশিল্লকপদা থেংখি। সেকেণ্ড অমা শোযবদা তৎপগী ৱানি। মী পূন্নমক শ্বাই লাউবগী মখোল থোক্লককই। মদুনা লোইদ্রি। অবোইবা শো ওইনা নহা অনীমক অমুক অমুক গুন্তীবনা মযা লাওনা কাবিঙৈ অদুদা মকোক লোংনা থিংজিল্লি। মী পূন্নমক স্বব হোন্দবগা চপ মান্নে। চেক মোক লাউনদে। দলান মথক মখা মীনা থল্লিবনি। যোৎকী জালিনা খাবনি । হন্দক্তি যান্না চেকশিল্লি, চৈ মচাদুনা গুন্তীব মকোক্তা শেৎ শেৎ ফূবে, মযা কাথোক্লে, নুপামচা অমনা হান্না মকোক লোংনা মাগী গুন্তীবদুগী মযা মনুংদুদা শৎ থিংজিল্লি, শৎ লৌথোক্লককই, নহা অমদুসু যান্না চেকশিন্না মাগীদুদা মকোক থিংজিল্লি, অহিংবা, মমিৎ তক তক পাঙলিবা গুন্তীবদুগী যানুংদুদা। মী পূন্নমক মায পাকপা অদুদা খুবাক খূদুনা থাগৎলি নহা অনীদু। অদুদগী অঙম অঙম্বা bahı পীনবে। নহা অনীদুনা পৈশা থিন্দোক্লক্লিবা মযামদু যোৎকী জালিদু পাযদুনা চোংখৎলক্লগা লৌবি । ফংসনু খল্লি ঐ, মথ্বায যোনবনি। ঙক যোল্লগা সেনাপতি ফংঙি হাযবদুনি। লমসিদি শাসু ঙাসু শেল লোইনা তানমিন্নবে।

থোক্লককপদা যেংবা যাবা যেংলে। ফোটো কযা নল্লে। গুন্তীব ফাদুনা লেপ্পা নুপাগী মুর্তি অমা লৈবি। মঙক যাওদে। মদুনা তুংলোমদগী মী লেপ্পদা ঙকখৈ উনবনি। ঐসু তুংদা লেপ্লুবে, থাক থাক কাখৎলগা। নুপাদুগী ঙক্কী শকক্তু ঐ ওনখ্রে। অদুনা ঐনা গুন্তীব ফাবগা লেপ্পা মাল্লে। ফোটো নল্লে।

ঐখোয অনী যেংবা যাবা যেংলগা কাব অমুক থৌবক্লে। নুংথিলগী পূংদি ৩ তাশিনখ্রে, মখোযগী মতমদা। ঐখোযবোমগা পূং ২ গী মথক্তা খেন্নৈ। মানদি খবা যেংহন্নীংলি। ঐনা ইকাইদুনা তোক্লসি হাযবে। ৱাসু ৱানবে। ঙসি অযুক্কী ঐখোযনীনা লম্বীদা ব্রেক ফাস্ট লৌবকপা অদুদগী হেন্না চানদ্রি। চাবগী মতম লৈতে। যেংনবা হোৎনবদা। লম্বীদা যেংবা যাবা মানা যেংহনখিনি হায। লম্বী মযাযদা যুংবা নহালগী Chedı অদুগুম্বা অমা কাব খামদুনা যেংহল্লে। মচুদি মসিনা যাইঙং মচুগীনি।

ৱাংবসু নহালগী চীংথক্কীদুনা হেল্লি, ফজবসু। চেবি অদু কোযনা লৈবগা লৈবগা গাডী পুম্বা থৌহল্লি। যেংলমদবা যাদে মওংনি। ঐনা থাইগী লাইবিক ইংবাজীদা ইবা লৈনীংঙি হায। মহাক ভাব তাই, অদুনা লাইবিক যোনফম অমদা পুশিল্লি বেক্কোক মযাযদা। ঐনা যেংবদা ইংবাজীদা ইবা অমত্তা উদে। ঐনা নহা লাইবিক যোনবশিংদুদা ইংবাজী লাইবিক হংঙি। মখোযসু থাই মবোল ঙাক্তা ঙাঙঙি। ঐনা হাযবিবদু মখোয ভাব তাদে। অদুনা মকপুনা মখোযগী মবোলদা হংঙি। মঙক হাই, লৈতে হাযদুনা। ঐখোয থোক্লগে হাযদুনা থোক্লকপদা নহা অমনা খুৎ পাযববে। Fascinating Folktales of Thailand কৌবা Dr Thanapol Chadchaidee না ইবা অমা উৎলবে। ইংবাজীদা ইবনি। ঐ পাম্মনখ্রদুনা baht ২৫০ পীদুনা লৈবে।

ঐখোযনী হল্লক্লে, হন্দল্লা অবিবা হাযবে পবিংদা। অবিবা হাযজবগী বানি। নানবদি অম্মানি। শাংবা খবা খেন্নবগী ৱানি। হন্দল্লা Retchaburi Province ফাওবক্লে। ঙসাইগী লৈ চাংশু পাম্বী উদ্রে। হন্দল্লা লৈ মখল অমা শাৎপা পাম্বী মচা মচানা লম্বীগী মেরিডিয়ান পাবেংদু লৈতেংলি। যেংবগী পেনবা নাইদে। লৌবুক লমহাং লযুনা থল্লে। Bangkok সহর মযাযগী দলান মখোল কযাগী ফজবা লোইখ্রে। হৌজিক্তি থাইগী যুমশা দা শাবা যুম্মক্তা উবে। যুমথক মচু চপ মান্নহল্লি। অঙকপগী লিংজেল মমাংনি।

নুমিদাংবাইগী নুংশিৎ অঙৈংবা যৌবক্রে। কযাদা নুংঙাইখ্রবা, নুমিৎচুপ্পা অমা থৌবিবসি, পুলিস অমা সিফাই অমা উদে। কযাদা শান্তি ওইনা পানখ্রবা, থাইলেন্দ। ঐখোযগী মণিপুর নীংশিংলকই খোঙকাপ অমা চৎপগা পুলিস, সিফাই, মফম খুদিংগী চেক। ঐ পেল্লগে। ঐখোযগী চুমখোক্কদবা যাম্না লৈবি।

নুমিদাংদি মনেহল, মনেতোন থুংলবে। হযেং ঐ চৎলনি হাযবা তাবদুনা বিদায পীবা লাক্লে। মনেহলনা ফজখ্রবা উনা শাবা হি মচা অমদা থাই নুপীনা উহৈ বাহৈ পুবকপা মানবা মেমেত্তো অমা পীববে। মদুদা থাবি, - From Rewadee teacher। মনেতোন্না ফুবিৎ অমা পীববে, মাগী নুপাগা লাক্নুনা। নুংশিনা কাযনবে।

ঙসিদি থাইলেন্দগী বাব অমদা চাক চাকসি হাযবে। ঐসু অনৌবা মওং অমা ওইনি খন্দুনা যাখিবনি।

হনুবদু নত্তনা ঐখোয তরুক চৎলে। ফনা শাংনা থৌবগা মৈনা পুমঙান ঙানবা ৱানা, উনা শাব, কেবদি লমযৌবা বাব অমা, বাবমক্তি হাযবা যাদ্রে, হোটেল অমদা যৌবে। মদুসু নুমিদাংদুদা খুৎফজা অমনি। মৈঙালগী মমি পাকখ্রবা ঈপাক অমদা তাবি। ঈযাযদা শাবা কাশ্মীবগী হিথক্কী যুম অমগুম্বনি। মী কযামা ঈংনা-চিক্লা চাক



মনেহন্না তম্লকপা নীংশিং খুদোল

চানবি। লৈশাবী ঙাক্তনা সেবা তৌবি। নুপীমচা মচিন-মনাওদুনা হবাই চনা মযোম মযোম লৈবি কাউন্টব অদুদগী। ঐদি চানবা ওইবরোই নীংলুবে। অদুগদি ঙাগী মচিঙাক ওইবন্নে। ফমফম অদুগী অকোযবদু ঙাজাউ কযানি চাববিবা। তোযনা তৌবনা ঙাসু খঙঙি, মী লাক্লে হাযবা। হরাই চনা হেক থাদখিবদা লাকপা হানবা তাঈ। কুম্মে অমনি। ঐসু মখোযদগী চনা লৌবে। ঙাজাউ কযাদু চনা পীজবা যাওবে। ডাদি বৌ মির্গন বাউ অসিগুম্বা ঙাক্তনি, অঙাঙবা ঙা কযাসু যাওই। ঐগী যেংনা ঙা অত্তৌবা থুংলরে। মখোযগীনা যেন অতাউবা পুবক্লে। চাক ঈংনা তপ্পা চানি। তহা তহানদ্রে। চাকলেন অসিনা চামিন্নবা অবোইবা ওইগদৌবি। অদুনা রাবী শা শাদুনা চামিন্নি, মখোযসু হযেং কাযনবনি খনবদা নুংঙাইতবা ফাওবা মাল্লি। ঐখোযনা চাবগী ঙা মক, যেন মক খাউ অমদা পুবকই। হূইজাউ অনীদুগী। বিলদি বাট৭৭০তাবম্মী। মপানা পীখ্রে।

ঙসিগী নুমিদাংসিমদি তূম্বা যাখিদে। হযেং চৎলনি খনবদা লমদমসি সুম নুংশিবা হেল্লকই। পুম্নমকসি থাদোক্রম্নগা ঐ চৎপা তাবেকো খল্লুবদা পুক্লিংসি কৈনো অমা তৌবকই। ইমুংসি কাযননি খনবদা ঐ রায। ঙবাং খোংখিবা কোকিলদু ঙসিসু তাম্না খোংবা তাবি। ঐগী থরায মানা কৌথোকখি। হকচাংনা ফমুংদা উইথখি। নোং ঙানবা খঙহৌদে।

# ৯

# হল্লকপা নুমিৎ

ঐগী থমোযসি লূমথবকই। ইযূমগুম লৈবম্বা, ইবমগুম চৎলম্বা চোম্থবা যাবোইদৌবি। ঙসি হনবা তাবে। থাইলেন্দা ঐখোযগী মতমদা পূং ৫ দা মখোযগী মতমদনা ৩ তাবমদাইদা নোং ঙানখ্রবনি। তাং ৩ দগী যূম থাদোক্লকপদু ঙসি মেগী তাং ১০ যৌবল্লে। থাইলেন্দা লৈবনা নুমিৎ ৭ নি শুবল্লে। কমদৌনি হনবা তাই, ঐ কবিদি পুদুনা চৎপা তাবে। মখোযগী পোৎ হাযববু, সমুদ্র মপান্দগী খুল্লকপা কোঙগ্রেং মকু অহুম, লাইবিক অনী, নুপীমচা অসিনা তল্লিবা পোৎ-চৈ খবা অসিদনি পুগদৌবিবা। অদুবু থমোযগী যেন্দাইদি পিক থল্লে, মখোযগী প্রেম্না পাথোক্লে। ইচানুপাগী মপান্দগী থাইলেন্দ যৌবা ফংলে, অনৌবা মরুপ ফংলে ইমুং অসিগী লমন্দি ঐনা মপোক অসিদদি শিংবা ঙম্লরোই। মপুবোক, মপা, মমা, মনাওনুপী মবিমক ফত্তবা অমতা যাওদে হাযনীংঙি। ঐবু কযাদা লুনা লৌবীবিবা, ঐগী পেন্নবা হোৎনবদা কযাদা অৱাবা লৌবীবিবা। নুমিৎ ৭ নি কাব অসিনা চেল্লিবা মাইল অসি, যামখ্রবা পোৎনি। অদুবু কবি যেংখিসিগে হংদুনতা লৈবি। ঐ পেল্লে, ঐনা কবিসু পীবম্বদি ঙম্লোইদৌবি।

বেঙ্কোক তান্না অমুক থৌবগা ঐগী ফ্লাইট মতম অযুক্কী পূং ১০ ৩০ দু নংনবা হোৎনদৌবিবনি। মমানা ঙন্না হৌদুনা ঐগী ব্রেক ফাস্ট শেমখ্রে। অযুক্কী পূং ৬ তা খোঙশানগদৌবিবনি। ইচা নুপাগী ফ্লাইট মতম্না নুমিদাং পূং ১০ ৩০ নি। মানা মাগী থবক মফম বেঙ্গলোববোমদা হনখিদৌবিবনি। অদুবু লম্না লাপ্পনিনা ঐগী মতমদা মাসু পূন্না চৎপা তাবে। ঙবাং বেঙ্কোকতগী হেক হল্লকপদগী পোৎ যোম্বা হৌনববনি। অবাৎপা নীংশিং নীংশিং যোমদুনা থমখ্রবনি। ঐসু ঙন্না হৌগত্তুনা অযুক্কী থবক লোইশিল্লে। পূং ৬ হাযবদু ঙাইদুনা লৈবে।

চৎলমদাইদা হনুবদু অমুক্তং খুকুম্বা পাম্বনি। অদুবু লৈবা উদে। কাব কাখৎনবে। অদুদসু উদ্রে। ঐ নুংঙাইত্রে। অদুবু মাদি সডক মযাদা ঐখোয থোক্লকপা ঙাইদুনা লৈবল্লে। ঐনা গাডী খাম্বীযু হাযবে। কূমথবে, হনুবদু মখোঙ শোক্তুনা খুকুল্লে। মাসু ঐবু কোনবীবে, মিৎলু ঈবা চেন্না মানা খঙদ্রবা ৱাহৈদা, "ঐ অমুক চৎলগে, বাবা" হাযনা মখূৎ পাযবে। মানসু মাগী মবোলদা কবিনো খবা লোন্দুনা মিৎলু অনী তৈথোকহৌই। লোন খঙনদ্রবসু



ঐনা অবোইবা ওইনা যেংলম্বা ইমুংদুগী শক্তম

থমোযনদি পাউ ফাওনখি। মাসু যেংদুনা লৈহৌরে। ঐসু কাব কাখৎতুনা অমুক হল্লবোইদবা মফমদু অমুক্তং যেংলম্লগা লাক্লে। ঐ ফম্না কুইনা বা ঙাঙবা ঙমখিদে। ইপাওম্বা চহী ৮৫ শুববা অহলদু মিত্তা উদুনতা লৈবে। পূকচেল ফজবদো, নোম্বি নোম্বিদা ঙৌহৌবদো, পুন্সিখিসনু। লৈহৌবে মখোযগী যুম, মখোযগী কোম্হোং, অমুক উববোই।

নুপীমচাগী মপাদুসু বা ঙাঙদে, মাসু প্রেম পোক্লকপা মাল্লি, তুংদা ফল্লিবা মমা, ইচানুপা, নুপীমচাদুসু রা ঙাঙলক্তে, ফোঙদোক্লদ্রবসু থমোযগী রা লোইনা খঙনৈ। হোয, কাযনবমদাইদা নুংঙাইগদবা কনাবুদি লৈবগে। নুপীমচাগী মপাসি ঐবু পেলহন্নবা হোৎনবদা রাবে। ঙসি ৭ নিসিদা বেঙ্কোক হঙ্গৎ হন্দা থৌবিবসি অহুম্লকনি ঙসিগা থানা। মহাক কাব থৌবদদা চোকথববনি। মদুদা মমিৎ শুকপা মিৎকুপ অমত্তা যাওখিদে।

কন্না থৌবকপনা Exit from Bangkok থাবা fly over অদুগী মনাক যৌবে। অতোপ্পা অমদনা Entrance to Bangkok থাবা লম্বী লৈবি। থোকখ্রদৌবা মবন্না ঐখোয Exit from Bangkok থাবা fly over দুদা চুম্না থৌগৎলক্লে।



ঐবু নুমিৎ তবেথনি লুনা তৌবীবকপা ইমুংদুগী কোস্থোংদা চৎলিবা লম্বী

ঙবাংদি Entrance to Bangkok থাবদুদা কাব থৌজিল্লগা যেংবা যাবা যেংলুববনি। পূল্লিং নুংশিববই ঙসিদি ঐবু থিন্দোক্কদৌরে। নানখ্রবা লম্বী, নানখ্রবা সহর থাদোক্লমগদৌরে ঐনা কাবগী থোড়নাওদা অমুত্তং যেংলম্মী উবকই, শিং নাননা, মচু মমেলগী সহবগী লম্বী মযাযদুদা কনাদগী তাহৌবনো, কনানবু লংথোক্রম্বনো পোলিথিন খাউ অহাঙবা অমতংদি মপাং থিদুনা কোইপাই পাইহৌই, নুংশিত্তা গাড়ীগী শাউমদা। ঐ মাগীদমক বাদবা ঙম্লত্তে, ককডাওনহৌবি। নহাল প্লেন্দা লাঙখিবী ভাবতকী নুপীশিংদুনা লংথোক্তবদি ওইসনুবো। লম্বী ডাওদনবা ফ্লাই ওভবদু থেক থেক্তুনা এবোদ্রোম পাংলি। খূনিংথেক খুদিংগী এবো মার্কনা তাল্লি, চৎকদবা লম্বী শাংখ্রবা ফ্লাই ওভবগী লম্বীদু।

বেঙ্কোক সহব লোইদুনা Suklumvit Road থাবা লম্বীদু লানশিল্লক্লে। ফ্লাই ওভব মথক্তগী Chao Phraya তূবেল উবে। মদুগী মথক্তা শাবিবা থোং অকাপ্পী ফজখ্রবদু লাল্লে। মথঙদা Sri Nasgarinda Road যৌবে। শামু মকোক অহুম পানবদু উবে। লম্বী মথক্তা মখোযগী মবোলনা অমদি ইংলিসনা থাবি, Visit again Happy journey, Land of Smiles অমদি লম মমিংশিং। মথঙদা Theparak Road লানশিল্লি, অদুদগী Samut Prakan Province লানশিল্লে। ঐ ঙকই, মপানা হাযবকই, Suvarnabhumi International Airport অসি Bangkok Province তা নত্তে। Samut Prakan হাযবিবা Province অসিগী মনুংদা লৈবনি। ফ্লাই ওভব লোইদুনা লৈখাদা অমুক থৌবে। Airport চঙলমদাইদুদা Toll Tax অমুক পীবম্লে, লম্বী মযাযদা, মপাদুনা Krab হাযবম্মী। থৌজিল্লে শাংলবা এযাবফিল্ড



সুবর্নভুমি এয়রপোর্ট মনুংদা কাযনরমদাইগী ফোটো

অদুগী মনুংদা। ফজদে হাযবা ঙম্লোই। ঈংগ্রি শিৎলি হাযবদুমক্কি। Kolkata গী Subhaschandra International Airport না ফজবদা শোক্রুবা যাখিবোই। দিল্লীগী Indira Gandhi International Airport নসু লম্বা যাখিবোই, নানবদা, ফজনা শেমগৎপদা, কেবদা খম থেংঙি, পাক-চাউবসু অঙকপনি। নাপী মতোনফাও কক্তুনা শেম্লি। লম্বী মপান্দা থাবিবা উ মচাদুবু খোযখিনি হাযদুনা মাযকৈ মবিদগী চৈ ঙাকই। এযাবপোর্ট মনুংদুদা ঐখোযগী International Departure Lounge অদু যৌনবা থৌবদা শুকলেপ লেপ্তুনা পূংখায অমা চঙঙি। নানখ্রবা কোলাস বোড অমদা কোযনা থৌবম্বদগী অঙম্বা ফ্লাই ওভব মচা অমদা থৌগৎলক্রগা মথক্কী মথোন্দা লৈবিবা Departure gate অদুদা থুংলুবে। ঐখোয থনম্লগা মপাদুনা গাডী থাবা চৎখ্রে, মথক্কী ফ্লোব অদুদা, থওইনা গাডী থাফম মযাম অমা থন্নিবদুদা।

কাযনবগী মিৎকুপ্তু লাক্লে। পূং ৯ তাবে, মখোযগী মতমদা। নুপীমচাদুগী মপানা ঐঙোন্দা খুদোলপোৎ ওইনা অতোপ্পা ইংবাজীদা ইবা লাইবিক অহুম অমসু পীবে। অদুগা খূৎ শোক্নবে, কোন্নবে, মাসু শকফম হোংলকই, নোক্রম্বদু প্রেম্না মহুৎ শিল্লকই, ঐসু হায়বম্লে, "Thank you very much for your kind heart and hospitality" মানা খঙদ্রবসু মচানুপীদুদি খঙলমগনি, মানসু হাযবকই, Happy journey, ঐ অমুক মমাদুদা ওনশিল্লে, খূৎ জুব তৌদুনা ব্যবহাব উৎলে। মাসু খূৎ জুব তৌবকই। নোকফেৎ তৌবকই। মথঙদি ইচানুপাবু অমুক হন্না কোনবীবে, অমুক উবা ফংলবোই থা খবদি, ঐনা হায, মখোয চৎহনখ্রো, নুমিদাং পূং ৯ ফাওবা নঙবু




সুবর্নভূমি এয়রপোর্ট মনুংদা ইচা সদা অমসুং নুপীমচা অদুগী মমা মপাগা পুন্না ফোটো নম্বা

শঙদুনা লৈবা ৱাবনি। নঙনা এবোড্রোম অসিদা ফমদুনা লেপ্লো, হায়না। অদুবু ইচানা খুম্লকই, "বাবা ! মখোয়না মদু শুকয়া যাবগ্লোই, ঐনা হেক চৎত্রিফাওবা মখোয় হল্লো যাবোই, ঐখোয় পুন্না মখোয়গী মবী-মতা অমদা চৎলুখিসি হায়নবি। ববা নুংঙাইনা চৎপীবো, হোবেল কোলকতা যৌবগা ফোন তৌবীবকউ।" ঐনা মাবুসু তেক্ত-কায়দনা বেঙ্গলোব যৌনবা বব পীবে। ইচানা ঐবু খোঙ শোক্না খুকুম্লকই, ঐনা মকোক্তা নাম্বুবীবে, মানা খুকুম্বদুদা নুপীমচা অদুসু মকোক নোন্না খুকুম্লকই, মাদি সদানন্দদগী মৈতৈলোন খবা তম্লমাল্লে, "বাবা ঐনা নঙবু নুংশি" হায়বকই। ঐ স্বাই লাউই, নুমিৎ তবেৎনি, ইংবাজিদা ঙাঙবা মানা মৈতৈলোন যাওবকপদুদা হেন্না নুংশিবকই। ঐনা বব পী, Wish you all the best, see you again in our India মানসু খুম্লকই, "Thank you, baba!"

থমোয় খোনবা বিদায় পীনবা লোইবে। ঐ ট্রোলি ইন্দুনা চঙবা তাবে, মখোয়না লৈহৌবা। ঐ অবোইবা ওইনা অমুক্তং মখোয় পুল্লপ্তা ওকে বাই হায়বম্লগা মনুং চঙলে। মখোয়দা খুৎ হাইবম্মী, মখোয়নসু খুৎ হাইবকই, হেক মিৎনা উনবিমখৈ।

হৌনবী সেক্যুবিতি চেক পূম্বা লোইবগা ঐ মতম ঙাইদুনা লৈবে। ঐ থাইলেন্দগী পৈশা বাট খবা যাওবিবসি লোইথোক্লিংলকই। হংলুবা পোৎ অমতা তাঙদবা লৈতে। মনুং অদু কৈথেল অমনি হায়বা যাই, লিক, সনা, ডাইমণ্ড, ফি, শুবে, থাইগী ঙাক্তনি। লৈশাবী মচা অনী অনী, অহুম অহুম ফমদুনা যোল্লি। মখোয়দি ইংবাজি ফজনা ঙাঙঙি। ঐ অতাঙবদু লৈদ্রে। ঐগী ট্রেভেলোগ লাইবিক্তা হাপ্নবা পৈশা বাট খবা থাক্রে, অদুগা

লাইবিক অমা লৈবে, চাইনা নুপী অমনা ইবনি, "The Message from an Unknown Chinese Mother" কৌই।

ঐ গেট ডি দা থোক্লগা থাই এযাব এসিয়া গী মনুংদা ফম্লে, ফোন্দা ইচাগা পাউ ফাওনৈ। মখোযসু এযাবপোটতা লৈবি হায, ঐনসু খুমখি, ঐ প্লেন মনুংদা ফম্লে। নুপীমচাদু অমুক্তা পাযহল্লু হাযখি। পাযবকই, Hello! Baba! ঐ কবি হাযদৌনো খঙলকত্রে অবোইবা ৱাহৈসি। ঐনা খংহায হাযদোকখি ওইবা যাবা পূম্বা খল্লগা, 'Kade! I'm going back with hopes, don't betray it" হাযদোকখ্রে। মানসু কবিনো অমদি খুম্লকপনি, অদুবু network তুনা মযেক শেংনা তাদ্রে। কবিগু কাযদে, ঐদি মঙোন্দা কবিনো অমা হাযবম্বদুনি, মাগী পাউখুমদু নত্তে।

প্লেন পাইখৎলে, ফোন ফাওনখিদ্রে, লোইবে ঐগী খোঙচৎ, মখোযনা অতোপ্পা সংসাব অমদা ঐনা অতোপ্পা সংসাব অমদা লৈনবগুম্লে। হৌজিক মতৌ অমা ওইনা ফজবিবা লৈচিলগী কুম্মৈ যেংনা চৎপা তাবে। ঐ ৱায, ঐগী প্লেন খোঙচৎ খুদিংগীনি লৈচিল মথক হেক যৌবদা ঐগী হৌখ্রবা পুন্সিনা হেক হেক কাইহৌবকই। ঙসিদি মদু থোক্তনবা হোৎনবে, থোঙনাওদা যেংথোকত্রে। ঐগী বাট খবা যাওবিবনিনা লপ্চ পেকেৎ অমা লৈবে, অদুগা ভাব তানা চাবে। থাইলেন্দবু লাপ্ন বিদায পীবম্লে বাখন্না চানা চানা।

' ঙাল্লু থাইলেন্দ! শক চু মান্নবা, লোন নত্তনা ববিগু খেন্নদ্রবা নখোযনা চাউখৎপদা ঐগী শকক যাওবি। ঐ অমুক হল্লকপা যাই, হল্লক্তবা যাই, অদুবু নঙগী নুংশিবা, নঙবু কল্লকপদি ঐগী থম্মোযগা অদুম কোন্নদুনা লৈবনি।"

"ঐনা হাযবমগদবা হাযববু অতিযা অসিদগী, নঙনা ননীং তম্না হাইনা হুল্না পানবদু ঐনা তাম্না যেংলক্কনি নোংপোক থোঙ হাংলদুনা। ঐ নুমিৎ তবেৎনি চুপ্পা নঙবু যেংবদা জ্ঞান খবা পুদুনা হল্লে, ঐগীনা ইমিং ইদুনা নঙগী সমুদ্র মপান্দা থনম্লবনি। অদুবু নঙনা মুৎহনবীগনু।

"নঙগী এবোড্রোমদা লমখুনু অমা যেক্লগা ৱাহে খবা ইবগা থেৎহৌবদু উবকই - উচেক অসিগী মযূমদি থাইলেন্দসুনি, মলযাসিযা সুনি, লাউসসুনি। কযাদা চুমখ্রবা, ঐখোযসুনি, মণিপুবদগী জাপান ফাওবা শক-চু লোইনা মান্নবি, মসিগী লংলা অমা শোযদনা লৈবমগনি। অদুনা লাকউ নোংমা, ঐখোযগী লম যৌবদা অতোপ্পা থাই লৈবাক অমা উগনি, ঐখোযগী চনুবা মযাম উবদা নঙ ঙক্কনি, ঐখোযগীসু মফজা অমা লৈবিকো।"

"ঐখোযগী লোক্তাক্তি নঙগী সমুদ্রগুম থুমহি চেন্দে, ঈথক হৌদুনতা লৈতে, অদুনা শাৎলি, থম্বাল, থবো, হৈকক মপুং ফানা। লমগী চেক্লা কযানি মচিঞ্জাক তাববিবা। লাপথ্রবা সাইবেবিযাদগী ফাও লাক্লি। ঐখোযনা 'ক্রোক্লাউবী' কৌজবা লমগী চেক্লা অচৌবদুফাও তোংলবি ঐখোযগী যূম মযাদা। নঙসু কৈবুল লমজাউ তাবমগনি। পৃথ্বীগী অমত্তা ঙাযববা শঙাই মফমদুদা লৈবি, চেন-চোংদুনা শান্নবি। নঙগী লৈবাক্লা শামুবু লাইগুন্না খনবা অদুঙম্না ঐখোযসু শঙাইব্বু লাৎচবিবনি। নঙনা কালেন্দা শাদবা, নিংথমথাদা অদুক হাক্লা ঈংদবা লম অমা থিবক্লবদি ঐখোযগী মণিপুববু নীংশিংলকউ। মলযা নুংশিৎফাও চীংলোন মাপলগী উ-বানা চুমথোক্লগা শিৎলক্লিবা লমদমনি।

"থাইলেন্দ' নঙগী মীনুংশি নঙগী মীযোক মীচান ফবা ঐ পুদুনা ইবমদম পাংলে, ঘড়ীদা মতম পূং ২০০ অমক লৈথবে।"

' নঙগী লৈবাক্কী মোমোন নোকপী এবাব হোস্টেসনা দোলব ৭ কী চাক পীজবে, বাট ৬০ পীনা পেপসি পীথক্লে। ঐ পেল্লে ঐবু বিদায় পীবো, থাইলেন্দ।"

পূং ২ হেন্নবা ফ্লাইটনিনা পাল্লা যৌদ্রে। ঐ লৈচিল যেংথ্রবোই খল্লম্বদু যাদ্রে। মতম লেনথম খড়দ্রদুনা ঐ থোঙনাও ফাওনা যেংথোক্লবমাল্লে, শংবানবা অতিযাদু মতৌ অমা ভৌবম্লে। লৈচিলগী চীংজাও মপৈ মপৈ লৈবম্লে, চীংখোঙদৌনা উকম লাংবা মচিযাও লৈবম্লে ঐগী বাখল পূল্লিং, থবায, খাম্বা যাদ্রে, পাইথোকখ্রে। অমুক নীংশিংলক্লে হৌখ্রবা পৃন্সি। নহালমুক লাকপদা ঐগী বাবী কযা নীংশিংখিমাল্লে। মখা অমুক মিৎমাঙদা ফন ফন চোংথোক্লক্লে।

'অহল-লমন থাবকউ" হাযবদু যৌখ্রমাল্লে। চহী অমা পুবা, যাওশঙ অমদগী যাওশঙ অমফাও মাগী মীনুংশি ঙাইবকপদু মহৈ যাল্লে। অদুবু ঐনা কবম অহল-লমন থাবনি। ঐদি ক্লাস IX গী চহীগী পবিক্ষা নুমিৎ খবনিদা ঙাযববনি। বোল ব্লান ওইবগী ইজৎসু ঙাক্লবা হোৎনবিবনি। অদুবু ঐ নুংঙাইবনা লৈফম-চাফম খঙখিদে, মাগী মীনুংশিদি ফংলে। অদুবু ঐগী বাশক্তুদি কমদৌবা। ঐনা বাশকখি, "শক্কী নাপল অসি জয তৌবমগে, ঐবু ইকাইবা পীখিবা মযামদু অমুক্তদি মচিন্না ঐবু নুংশি হাযহল্লমগে। অদু হাযবা নুমিত্তুদা ঐগী অবোইবা ওইগে, মাবু ঐনা লৌবদি লৌববোই।" অদুদি কমদৌবা, থমোযদা হাযফম খঙদবা নুংঙাইবা অমদি ফাওবে, ঐনা চহী অমগী মমাঙদা শকখিবা ব্লাশক কাউবদি নত্তে, অদুবু মাগী নুংশি ব্লাহৈ অমা তাবদা ঐগী থমোয মহী চেনখিবগুম তৌখ্রে। ঐ খনফম খঙদনা, লাইবিক পাফম খঙদনা নুমিৎ খবা হৌখি। অহল-লমন থাবগী ব্লাদি ঐ শুকঙম ঙমখিবোই। ঐ এম এ ফাওবা তমখিনি। ঐ মী হান্না ওইখিনি।

অসুন্না লাংতক্লবিঙে নোংমা অযুক ঐনা শুকথা থাজকদবা, ঐনা অমুক্তা খন্দবা থৌদোক্তু থোকখি। ঈশ্বরনা কবিনো তম্বিবিবা ঐ ভাব তাখিদ্রে। তৌবগীদি নুমিৎতুগী থা মখায অমমুক্কী মমাঙদা থংনবা খুন্দা নুপী অমা মাইবী চঙলে, যান্না চুম্মী হাযনা হাযনবদগী ঐখোয ইমান্নবা খবা মাইবী শেল হুনবা চৎলুখি। মদুদা ঐগী ফাওবকপদু অঙকপনি, "অপাইবা থৌদোক অমা থোক্লনি, শা-লান ওইগনি, শঙ্গোয লুক্কোই তেকউ হাযবা লৈবে।" মযাম ৱা লাউনা নোকখি। পাখঙনিনা লাঙদুনা হল্লকখি, অর্থ থোইনা খল্লুদে। শঙ্গোয লুক্কোয তেকপা হাযবদু যূম পানববুনি। ঐ থৌশাকদে মাইবী মৱা লৌগনবা মীতাসু নত্তে, চুন্না নুংঙাইবোইনা চৎলুবনি। অদুবু চপ চানা থোকখি।

পবিক্কা মযাগী যাহৌবদগী মাঙ্গোন্দা লাইবিক পাদুনা লৈবা ঐ, ইতৈমনা যোংচাক হেকউ হাযদুনা যোংচাক পাম্বী কাদুনা থাঙ্গোন্না যোংচাক লেপ্লিঙৈদা, যোংচাক খুনবা ওইবম্বা শুমাং পূনবা ইচেগী মচানুপা, নুপী চেনবা কুইদ্রিবদুনা, হাযববে, "মহাক মাগী নুপী উনবা লাকহৌই, কৌথোক্লবগে" হাযনা। ঐনা খুমখি, "হে যাবোই, ঐ এম এ ফাওবা লাইবিক তমখিনি। কবিসু হাযকনুকো। মাগা ঐগা কবিসু যানদ্রিবনিকো।"

ঐ অদুম যোংচাক লেপ্লি, থাঙ্গোন্না, অদুবু ইচেগী মচাদুদি মানা হাযবদু তৌবন্নে, কৌথোক্তুনা চৎলসি, তপ্লি, চৎলসি, যাবোই হাযনদুনা যূম মনীংদা চিংনদুনা লৈবন্নে। ইতৈমনা চেল্লক্তুনা, "হায তোম্বা। অমুক্তা কূপ্লকখো, কৈনো অমা তৌবে।" ঐ স্বাই লাউখি, থাঙ্গোন যাওবিবা চৈ থাদখিবা ঐ খঙহৌদে, উজাউ কোন্দুনা শিৎথবকখি। ঐ থুনা চেল্লি, অদুবু কবি উপাই লৈ খোং থাংবা হৌবন্নে, ঐ চেনবা যাদ্রে। অদুম শঙ্গোয লুক্কোয তেকউ হাযনা তম্বদু তেকখ্রে। পাউ তাবদগী নুপী পুথোক্লব উ হাযদুনা ইচেগী মচাদু ফাদুনা পুখ্রে। পুলিস তাক্লদুনা শা-লান তাখ্রে। ঐদি মঙলৈবাক অমদা চৎপগুম খোঙ থাংখি, তন্দে মান্দে। মাইবীগী লাইফাওদি চুমখ্রে।

এযাব হোষ্টেজ না লাউথোক্লকই। বেল্ট ফাজিন্নবা, কোলকতা যৌদোবে হাযনা। ঐগী ৱাখল, পূক্লিং, থৱায লোইনা হজিল্লক্লে। ঐ অতোপ্পা গ্রহ অমা যৌকবগুন্নে। নীংশিং মমিদু কোকফাক্তনা ঐ সীট বেল্ট ফাজিল্লি, কোলকতা গী ইন্টরনেন্সেল এযাবপোর্ট অসিদা অমুক তানবা শেম-শাবে।

# ১০

# খোঙচৎকী অরোইবা অহিং

নহালমুক চৎপগী অদুম্না ৱাদ্রে, লৈফম-চাফম নহাল ঐনা বুক তৌবম্নবনিনা হন্দক্তি কম ন ১০৫ ঐগীদমক খাক্তুনা থনম্লে মনিপুর ভবন্দা। নহাল খবা ঙাঙনখিবা অদুনবা খঙদে, হন্দকমুক্তি রা যাম্নদ্রে, কাগী পৈশা থীবগা কাদুফাও ফোব গ্রেদ অমনা বেগ পুদুনা লিফ্টতা কাখৎলে, কাদুদা চঙলে, অদুবু আশাদি কাযবে। কাদুনা মোৎলিবা, ফমুং ফানুংগী ফি-রোল অহনবা অমতা যাওদ্রে। পর্দা, টৌইলেট যেংবা অমতা নুংঙাইতে। ফবে, ঙসি অহিং অসিমত্তং লেল্লগা যুম যৌথ্রগা লোইবে খন্দোক্লে। চা অশাবা অমতংদি থক্লিংঙি। অদুনা হাযখ্রে।

ফিবোল হোংদোক্লে, নুমিদাংৱাইগী মতম হাযবদু ওইবে, নুমিৎনা নোংচুপকী দলান মকমদা লোৎপা হৌখ্রে। ঙাংলৈনবা কোবৌ মশেক অসি উবদা ঐগী লমদম নীংশিংলকই। আদসু লাইমতোন চীংদোন পক্লা ঙাল্লম্লনি কোবৌনা, মশেক মঙালনা লৌবুক্তা চাইখাযবদুনা। লৌবুক্তা থবক শূবিবা লৌমী শিন্মী মযাম মৈচবাং পাইনবম্লনি। থোংজাওবোক ত্রবেলগী নূং থুগাইবগী নুংথং মখোল, লৈঙোই নিকপগী খবাই মখোল লেপ্পম্লনি। ফজবনিদা ইবমদমদো নুমিদাংবাইসে।

কোলকতাগী অনঙবা নুংশিৎ অমুক স্বব হোনবা হৌবে। উতোং শেগাযবদা থোক্লকপা মখোল মানবা কাক মখোল অমুক তাবে, থংনবা যুবী পাম্বী মথক্তগী। ঐ ঈকজথোক্তুনা ঙাইহাক পোথাবে। লৈবাকপোকপদা চৎপনি লৈবাকপোকপা অমমুক যৌবম্লে। ঙাইহাক পোথাবা ওইনা ঐনা বেঙ্কোক্তগী লৈবকপা "The message from an unknown Chinese Mother" হাযবা লাইবিক্তু ফাক্তুনা যেংঙি। অঙকপা লাইবিক অমা ওইবম্লে। চাইনীজ মচানা চাইনীজ গী অসুক শাথিবা ইপিসোদশিং অসিবু ইবক্লবনিকো খল্লুবদা ঐ ঙক্তবা ঙমদ্রে। অঙাং অমদগী হেনবা যাদবগী নিযম লৈবা লৈবাক অদুদা মচাদুনা নুপী ওইবক্লবদি নুপা পাম্বনা হাত্তোক্তবা যাদবগী ফিভম ওইবকপগী ৱাবীনি, হাৎপা ঙমদ্রগনা অঙাং নুপীদু লংথোকপা তাই লমজাউদা, দষ্ট বিন্দা। অদুবু মমাদুনদি মচা কৌবনিনা মচানুপীদু খুনখিবা মীদু মশক খঙহৌনবা হোৎনজৈ, নত্রগা ফ্রিং ফ্রিং কাউদুনা শিবদু যেংবদা তাখি।

XINRAN

MESSAGE FROM AN UNKNOWN Chinese Mother






অইবী Xinran ১৯৫৮ দা পোকই। মহাক জোর্নেলিষ্টনি, রেডিও প্রজেন্টরনি। ১৯৯৭ তা মহাক মরম থাদোক্তুনা লণ্ডন পাংখি। মফমদুদা মানা মাগী কপি অঙকপদা যোনখিবা লাইরিক, 'দি গুড ব্যুমেন ওফ চাইনা'হুখি। মসিদা নত্তনা মাগী লাইরিক, 'স্কাই ব্যুরিএল,' 'হ্বাট দা চাইনিজ দোন্ট ইট,' অদুগা নোভেল অমা, 'মিস চোপসস্তিকস' ফোঙলকখি। মসিদা নত্তনা মমিং লৈরবা লাইরিক চাইনাগী ওরেল হিষ্টোরি ওইরিবা, 'চাইনিজ রিটনেস' হায়বদুসু ফোঙলকই। অদুগা মাগী চেরিটেবল ফাউন্দেসন "Mothers' Bridge of love" লিংখৎখি। ফাউন্দেসন অদুনা মবাইবক থীরবা চাইনীজ অঙাংশিংগী মতেং পাংজবা ঙমখি।

জিনরান্না মাগী চেরিটেবল ফাউন্দেসন অসি লিংখৎপগী চাউরবা মরম লৈ। মহাক মাগী পুন্সিদা মমাগী মীনুংশি খৌরাংদুনতা লাক্লবা অমনি। মমানা চাইনীজ কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অকনবা মেম্বর ওইবা মরম্না মাবু নাউকোনবীবা ঙম্লকত্রবীনি।

মানা পোকপা থা অমা হেক ফাবগা মাবু মমা পোকপা মবেনবোক্তা থনম্লগা মমাদি অদুম চৎখ্রবনি। ১৯৫৮ দনি।

অদুবু মানা চহী ৫ ফাবকপদা মবেনবোক্না পুদুনা মহাক নানজিং রেল-প্লেটফোর্মদা নুপী অমথক উখি। নুপীদু মংগ্রা মচুগী লৈচিলওম মমাঙদা ফাওবকখি অদুগা সিল্কগী স্কার্ফ অমা মরেংবান্দা যান্দুনা মাবু কোনগদবগী মখূৎ তিংথোক্তুনা চঙশিল্লকখি। অদুবু মবেনবোক্না হায়বদগী মহাক্না নুপীদুদা অন্তি হায়না কৌবকখি। মিঙ্গৌ অসিদি খঙনদবা নুপীদা কৌনবা মিঙ্গৌনি। অদুনা নুপী অদু চপ লেপখি। অদুগা মপি অব অব শিন্থবকখি। নুপীদু অমুক চৎখ্রে।

নুপীদু মমানি হায়বা কোন্না খঙলকখি। মবেনবোক্না তাকথোকতবনি কপ্পনি হায়দুনা।

১৯৬৬ খক্তদা মশাগী চহী ৮ শুবদা মমা-মচা লৈমিন্নবা ফংখি। অদুবু অমুক লৈমিন্নবা চযোল অনীখক্তা ঙাযবিঙৈদা চাইনাগী কলচরেল রিভোলুসন অমুক হৌবকখি।

মমা-মপা পূন্না জেলদা পোলিটিকেল প্রিজন্নব ওইনা ফাখ্রে। জিনবান অমসুং চহী অনী মখাযদা ঙাযবিবা মৌপ্পাদুগা অমুক লমজা মচা ওইহৌবে। অমুক উনবদি চহী ১০ অমগা ঙাইবদা তাখি।

মানা হন্দক ইবক্লিবা লাইবিক অসিসু লণ্ডন্দগী ফোংলকপনি, ২০১১ দা। মানা অশেংবা থেংনবকপা থৌদোকশিংগী পাউদমনি।

চাইনাগী মতৈ-মনাও অমগী মচা অসি অমমমতা ওইগদবনি হাযবা নিযমসি ১৯৭৯গী ডিসেম্বরগী ১১ দগী ১৪ ফাওবা পাঙথোকখিবা অনীবকশুবা নেস্নেল সিম্পোসিযম ওন পোপ্যুলেসন অদুদা রাবেপ লৌখিবনি। মতমদুদা ১৯৪৯ দা শেমখিবা পিপলস রিপব্লিক ওফ চাইনাগী মীশিং মিলিযন ১০০ হেনগভুনা মিলিযন ৬০০ যৌবে। হাযবিবা রাবেপ অদুনা লৈবাক্কী মীশিং হেনগৎহন্দবদা চাউনা মতেং ওইববসু মমা-মপা ওইবগী থমোযদি মচেৎ মচেৎ থুগাইখি। অদুনা ফনা নুংশিববসু অহানবা অঙাং অদুনা নুপী ওইবক্রবদি হাৎপদা তানখি। অদুওম্বা মরাইবক থীববা অঙাং নুপীমচা অমা মানা কন্নখিবগী র‍্যারী অমা লাইবিকসিদা য় জনা ইবি।

— নুমিৎ অদু ঐ সাইকল তোংদুনা অযুক্কী পুং ৮ দা রেডিওদা ঐগী প্রোগ্রাম লাম্থোক্লনবা থুনা চৎপনি। লৈচিল থাব, ঈংবনসু ঙকপা অযুকনি। খূৎ মোজা উপ্লসু ইখূৎ অনীমক ঈংবনা চিংশিন্ত্রি। মী পূম্নমক ঈংবনা থবক চৎনবদু মাপ্প লোইনা উপ্নে। রেডিও ষ্টেসন থুনা যৌনবা কৈথেল যাওদুনা লৈবক শমদুনা সাইকল থৌবসি ঐগী হৈনবীনি। মদুনা ঐঙোন্দা মীযামগী খূম্লে-কৈবৈ, হৈনবী, চৎনবী খঙবদা যাম্না মতেং ওই। অসুম্না লাকপদা ঙ ওনা ঐ থাউ যেনবগী, চেঙ, হবাই যেনবগী অশাঙবা কিউ কযা উবা ফংঙি। অদুবু লৈবক অমা লাম্থোকপদা ঐনা উবে, নহাবোল পাখঙ মযাম ওমশিন্দুনা কৈনো অমা যেংনবম্বা । মসিদি পোৎ যেনবগী কিউ নত্রে ঐ খঙনীংবা অমা যাওনা মীবক্তুদা চঙশিল্লুই। ঙাঙনবা তাই ঃ

পিশক পিকইনহে মসি থা শুদবা ওইবমগনি।

যেংঙুনহে স্বব হোল্লিনে, হিংলিনে।

অদুবু কৈদৌনি, যেংঙু মকোক মচাসিদা ওল্লিবা হযিং মযামসে।

মসি নুপীমচা ওইবমগনি। মমানদি মাবু হিংহনবা পাম্লমগনি। নত্রবদি টোইলেটতা নমশিনখ্রদৌনি।

কযাম কুইনবু হিংজকদৌনা, ঈংখ্রবসিদা যেংঙু, মশাসে শংত্রিক শংখ্রে, শিবনি যাববোই।

ঙাঙনবিবশিংদু তাবদা ঐ খঙলে, অঙাং অমা হুন্দোক্লম্লমাম্লে। অদুনা ঐনা থুনমক সাইকল অদু মী অমদা শিন্নবে, অদুগা মীবক খাযদুনা চঙশিন্লে। উবে, মযোম অমা, অঙাংগী মখোঙ অনী থিন্দোকপা উবে। মখোঙদু কাওবি। ঐনা পম্বুবা তৌদনা চেনশিন্লে অদুগা পমখৎলুবে। ঐ তিল্লম্লিবা মীযামদুবু শাথিনা ৱাবৌখি। কনা অমতনা অঙাংদুবু লৌখৎপীবমদে। মীওইবগী থমোয পানবা অমত্তা যাওবমদে। ওন্ন-তৈনবদা ঐনা পমখৎপা উবদা লাউহৌই।

- যেংঙুনহে, কবিনো মানা তৌবিসে?

- মাগীসি, অঙাংসি মহাক যোক্কে হাযবিমান্লে। ঙাঙনহৌবদু ঐ তাদ্রে। মযোমদু ঐনা ঐগী কোট মনুংদা কোনশিনবীবে। অদুগা হাযবম্মী, "ঐগী সাইকলদু বেডিও ষ্টেসন ফাওবদং যৌহনবীযু, ঐ নুংথিল প্রোগ্রাম লৈবনি। অদোমগী অৱামল কৎচগে।" সাইকল পাযবীবদুনা কবি খুম্মকপা ঐ তাবমদ্রে। থুনমক ঐ অনকপা হোসপিতাল অমদা চেন্লে। তেক্সি ঙাইদ্রে, তেক্সিনা লৈবক অখুবা লৈনবিঙেদা মতম হৌথিবনা হান্নি। অঙাংসি কন্দবা যাদে। মসিনি ঐগী ৱাখল।

চেন্না চেন্না ঙাঙনহৌবদু নাকোংদা অমুক ফাওবকই- "জীব অসি কৈসু হিংলবোই। অদুবু ঐনা ইতোমতা শোঞ্জে - "নত্তে, ঐগী মিৎ মাঙদা পিক্লিবী থবাযসি মাংখিবা যারোই।"

ঐ চেনশিল্লি, ইমর্জেন্সি ৱার্ডতা। অদুবু লৌশিনবীযু যাদ্রে। ঐগী ইচাবা হংঙি। পোকপগী সর্টিফিকেৎ যাওদ্রবদি লৌশিনবা ঙম্লোই হাযবে। ঐনা কপ্পে খান্না হাযজে-

"নত্তে, ইচাদি নত্তে, ঐনা অমোৎ অকায মবক্তগী খুল্লকপনি যেংঙু কুচু শংত্রিক শংখ্রে। ডাক্তব অমতা কৌথোকপিযু। মাবু অমুক্তা যেংহনবীযু, মাগী মথ্বাযদদি কন্নবীযু।'

অদুবু বিসেপ্সন্দা লৈবম্বা নর্স অদুনা পোকপগী সর্টিফিকেৎ যাওদ্রবদি বেজিষ্টাব তৌবা যাদে হাযদুনা শিখাং খাঙদুনা লৈখ্রে।

অমুক ঐনা হাযজে "মীগী থৱায কন্নবসি ডাক্তবগী, নর্সকী মথৌ নত্রা? নখোযগী মিৎমাঙমক্তদা অঙাং অসি অসুম শিহল্লদ্রা?"

- চুম্মী নঙনা হাযবা। ডাক্তবসু মীনি। অদুবু মখোয আইনগী ৱাংমদা মথৌ তৌবা ঙমদে। থবক তৎলগা নঙনা দাই লৌবা ঙমগদ্রা?

মসিনদি কান্নবরোই খন্দুনা ঐগী প্রেস কার্ড উৎলি অদুগা হায - "মুন্না যেংঙু, ঐ কনানো খঙঙব্রা? ঐ হৌজিক অঙাং অসিগী ৱাবী বেডিওদা ঙাঙলুবনি। ঙসি চাইনাদা

মক ওইবিবসি পুক্সিবা নত্রগা আইনলা ? হেক অঙাংসি ঙসি নখোযগী হোস্পিটালসিদা শিবা থোক্লবা বেডিওদা লোইনা পাউদমগনি, অদুগা হযেংনা খববদা কবি যাওবক্কে যেংঙু।”

ঐগী ধমকাদুদা নর্সতু পাখৎলমাল্লে, চেনশিনখ্রে ডাক্তব অমা থুনমক পুদুনা লাক্লে। নর্স অদুনা পাউ তল্লমাল্লে, ডাক্তবদু রা অমা মখা তাবমদ্রে। থুনমক অঙাংদু লৌবগা পুশিনখ্রে। ঐ মতুং ইনগে তৌবনি, অদুবু মপান্দা লৈবীয়ু হাযবদগী লৈহৌবে। ঐ তৌফম খঙদে। মপান্দা ফমদুনা পাউ ঙাইবে। ঙাইহাক লৈবগদি নুপা অমা থোক্লক্লগা হাযববে ঃ

সোম্ব মিসেস জিনবান ওইবীবব্রা ? বেডিও স্টেসন্দা লৈবদো ?

মানি, কৈদৌবগে ?

ঐবু শাউদনবা থেম্বা লাকপা ওইবল্লে। ঙসাই নর্সনা উৎখিবা ব্যবহাবদু নিযম্না যাদদুনা তৌবনি বাবৌবীনু হাযববে। মানা মখা তাবকই, মখোযগী হোস্পিটাল অসি সবকাবগী মমা-মপা অমগী মচা অমা হাযবা নিযমদু ঙাক্লা চৎলিবনি। হেক নিযম থুগাইবদা থবক তৎকনি, হোস্পিটালসু মুৎকনি।

মদুদা ঐনা খুমখি নিযমসু যনা ওইসনু, মীগী থরায হান্না কল্লগা নিযমগী মতুং ইন্না কোন্না অতৈ মখা চখবা যাদ্রব্রা ?

- ‘হোয মদপুদি চুম্মী’’নুপাদুনা খুল্লকই ‘ অদুবু মদু চুম্না হাযবনা অমনি, থবক ঐনা পাঙখোকপদা অকবা লৈ। ঐখোযনা অসুম্না পুবকপা অঙাং কযা মখায কনখ্রে, ঐখোযগী হোস্পিটালগী খোঙজিন্দা লংখোক্লম্বসু কযানি। অদুবু অঙাং পুম্নমক নুপীমচানি। কনাদা যোকহনগনি। কনানসু পাম্লদে, ঐখোযনা যোকপসু ঙম্বা নত্তে। অদুনা ওর্কাম্রেজদা খিনবা তাখি। অদুবু মখোযসু লৌবা ঙল্লবোই হাযবকই। অদুনা মমৈদদি ঐখোযনা যোকপদা তাবকই। ঐখোযসু ইচা অমমম লৈনববা ঙাক্তনি। ইচা হাৎলগা মীচা যোকপগী ফিভমদা লাক্লে। অদুনা ঐখোয মী নেক্তুনা নুমিদাং শঙহল্লে, অঙাং লংশিল্লম্বা ঙমদনবা।

অসুম্না বাবী শানবিঁঙদা মনুংদগী ডাক্তব থোক্লক্লে। মহাক্লা পাউদম্লবে, অঙাংদু হিংলনি, কুইনা অঙ্গংবদা লৈক্লবগী লোক থুংবা অদুদা ঙাযবে। আই সি যু দা থম্লি নোংমা নীনি চঙখিনি, অদুবু মশা ফবী নুপী মচা অমদি ওইবা ঙম্লনি। ডাক্তবগী পাউদু তাবদা ঐনা মাবু থাগৎলি। অদুবু মহাক লাযেংশেল হাযদে। ঐনা খঙনা খবা পীবম্লগে লেপ্লে। অঙাংদু যোম্লকপা শংবানবা মচুগা অঙৌবা মচুগা লাংবা ফিদু মানা ঐঙোন্দা

পীবকই। তাঞ্জা চানা ঐনা ফিদু লৌবগা এনভেলপ অমা পীখি। পৈশা যাওখ্রে। অদুবু মানা মদু অমুক পীথোক্লকই। অদুগা হায়বকই - পৈশা লৌজববোই। ঐখোয়সু ইচা পোক্লিবনি, অঙম্বা পাংজগনি মতুংদসু।

ঐ হবাউনা বেডিও স্টেসন যৌবে। ঐনা যৌখিবদা ঐগী সাইকল মফমদুদা লৈবল্লে। নুমিদাং পুং ৮ দা ঐগী প্রোগ্রাম শন্দোকপা হৌবে। প্রোগ্রাম মনুংদা ঐগী ফোন লাক্লবসু অৰুবা নৎত্রবদি অকায়বা পীবক্তবনি। অদুবু নুমিৎ অদুদি প্রোগ্রাম প্রোদ্যুসব অদুনা ঐঙোন্দা ফোন পীশিল্লকই। অৰুবা ৱাফম্নি হায়বকই হায়। ঐ ঙহাক পাখৎলুই, ইচানুপা পানপান (Panpan) দুবু কবি তৌবা যাওববনো। ঐনা ফোন পায়খৎলুই। অদুগদি শুৎ শুৎ কপ্পা নুপী অমগী খোঞ্জেল ওইবল্লে। মানা হায়বকই

- জিনবান । ঐনা নঙবু থাগৎচবি। ঐগী মবাইবক থীববী ইচা নুপীদু নঙনা কনবীববা নৎত্রা? নঙনা খুনগৎতুনা হোস্পিটালদা পুখিবদু ঐ নতুং ইল্লকপনি। নঙনা ইচাবু হিংহনবীবে। ঐনদি মাবু কনবা ঙমখিদে, চৎনবীনা ইচাবু লংথোকপা তাহনখি। অদুনা মেডাম জিনবান। নঙনা ঐগী ইহুৎ শিনবীদুনা ইচাদুবু নুংশিনা চুপ্পীয়ু, অদুগা মাবু চেৎনা অমুক্তা ইহুৎ শিন্দুনা কোনশিনবীয়ু। ঐ পৈশা যাওদ্রে ফোনসি শাংনা পায়বা যাবোইদৌবি। জিনবান। নঙ কুইনা পুন্সিয়ুবো।

ফোন থমখ্রে।

ঐ মশক মমিং লৈকায় অমুক্তদি হংহৌনিংবনি। অদুবু ফোন থমখ্রে। ঐ প্রোগ্রাম মখা চথবে। ঐনা বেডিওগী থোঙদা হায়খি। মমাদু অমুক্তদি ঐঙোন্দা মশক তাকপীবৰ ঊ হায়না।

লাইবিকসি পাবদা চাক চাগনি কাউকবে। মখোয়গী মীনা চাক কাদা পুবক্লোবা হংঙবে। পুবক্লো হায়খ্রে। ঙসিসি ঐ তূম্বা যাবোইদৌবি।

*লোইববা*

## কান্নগদবা থাইগী ৱাহৈ খবা

| মশীং | ইংলাজি | থাইগী ৱাহৈ |
|---|---|---|
| 1 | All | - Tang-mod |
| 2 | And | - Lae |
| 3 | Apple | - Apple |
| 4 | Arm | - Khaen |
| 5 | Aunt | - Pah |
| 6 | Baby | - Tarok |
| 7 | Bad | - Mai-dee |
| 8 | Banana | - Kluay |
| 9 | Bank | - Thanakam |
| 10 | Basket | - Tra-kra |
| 11 | Bear | - Hmee |
| 12 | Beard | - Krao |
| 13 | Bed | - Tieng-non |
| 14 | Bed-room | - Hong-non |
| 15 | Bell | - Rakung |
| 16 | Belt | - Khem-khud |
| 17 | Beside | - Khang-khang |
| 18 | Bath-room | - Hong-nam |
| 19 | Before | - Gom |
| 20 | Behind | - Khang-lang |
| 21 | Best | - Dee-tee-sood |
| 22 | Better | - Dee-kwa |
| 23 | Big | - Yai |
| 24 | Bird | - Nok |
| 25 | Birth-day | - Wan-koed |
| 26 | Bite | - Gud |
| 27 | Black | - See-dum |
| 28 | Blind | - Tah-bawd |
| 29 | Blood | - Luad |
| 30 | Boat | - Rue |

| মশীং | ইংৱাজি | | থাইগী ৱাহৈ |
|---|---|---|---|
| 31 | Body | - | Rang-guy |
| 32 | Bone | - | Gra-dook |
| 33 | Book | - | Nang-sue |
| 34 | Bra | - | Yok-sonk |
| 35 | Buy | - | Sue |
| 36 | Cabbage | - | Galumplee |
| 37 | Candle | - | Tien |
| 38 | Car | - | Rot-yont |
| 39 | City | - | Muang-yai |
| 40 | Class | - | Chan-rien |
| 41 | Club | - | Samo-sorn |
| 42 | Coin | - | Rien |
| 43 | Colour | - | See |
| 44 | Comb | - | Ha-wee |
| 45 | Come | - | Ma |
| 46 | Cost | - | Mee-racar |
| 47 | Cotton | - | Pa-fai |
| 48 | Crab | - | Phoo |
| 49 | Cry | - | Rong-hai |
| 50 | Cut | - | Tat |
| 51 | Dad | - | Khun-por Papa |
| 52 | Dance | - | Ten-rum |
| 53 | Day | - | Wan |
| 54 | Evening | - | Ton-yen |
| 55 | Every | - | Took-took |
| 56 | Eyes | - | Tah |
| 57 | Face | - | Bai-nah |
| 58 | Fan | - | Pad-lom |
| 59 | Fire | - | Fai |
| 60 | Fish | - | Plah |
| 61 | Flower | - | Dokmai |
| 62 | Foot | - | Tao |
| 63 | Friend | - | Puan |
| 64 | Gift | - | Khong-Khuan |
| 65 | Give | - | Hai |

| মশীং | ইংবাজি | | থাইগী বাহৈ |
|---|---|---|---|
| 66 | Go | - | Pai |
| 67 | Good | - | dee |
| 68 | Gold | - | Tong |
| 69 | Grass | - | Ya-ah |
| 70 | Hair | - | Phom |
| 71 | Hand | - | Mue |
| 72 | Hankerchief | - | Pa-ched-nah |
| 73 | Leg | - | Kha |
| 74 | Lemon | - | Ma-now |
| 75 | Love | - | Rak |
| 76 | Luck | - | Choke |
| 77 | Medicine | - | Ya |
| 78 | Milk | - | Nom |
| 79 | Mosquito | - | Yoong |
| 80 | Mother | - | Manda,mae |
| 81 | Mouse | - | Nooh |
| 82 | Moon | - | Duang-jan |
| 83 | Nail | - | Tapoo |
| 84 | Name | - | Chue |
| 85 | Night | - | Kland-kuen |
| 86 | Our | - | Khong-rao |
| 87 | Pair | - | Koo |
| 88 | Pepper | - | Prit-tai |
| 89 | Pillow | - | Mom |
| 90 | Rain | - | Fon |
| 91 | Rat | - | Nooh |
| 92 | Rope | - | Chuak |
| 93 | Sad | - | Sao |
| 94 | Salt | - | Glua |
| 95 | Sky | - | Tong-fah |
| 96 | Son | - | Lookchai |
| 97 | Song | - | Pleng |
| 98 | Sorry | - | Kho-tot |
| 99 | Tea | - | Chah |
| 100 | Time | - | Wela |

## থাইগী কান্নগদবা ৱাহৈ পরেং খবা অমা

| মশীং | ইংবাজি | থাই মবোল |
|---|---|---|
| 1 | Please sit down | = Choen nang krab/ka |
| 2 | Good morning | = Sawaddee krab/ka |
| 3 | Good afternoon | = Sawaddee krab/ka |
| 4 | Good evening | = Sawaddee krab/ka |
| 5 | Good night | = Ratree Sawad |
| 6 | Good bye | = La gone na |
| 7 | See you later | = Pob-gun-Mai |
| 8 | That is all right | = Chai laew |
| 9 | Hurry up ! | = Reyew noy ! |
| 10 | What do you want ? | = Khu tonggarn arai? |
| 11 | What is the matter ? | = Pen-arai-pai ? |
| 12 | What is happened ? | = Koed-arai-Khuen? |
| 13 | Wait! | = Raw-diew! |
| 14 | Where are you going? | = Khun-ja-pai-nai ? |
| 15 | Go on! Go ahead | = Tam-taw-pai |
| 16 | Look up there! | = Doo-teenan-si! |
| 17 | Look down here ! | = Doo-teenee-si! |
| 18 | Do you know | = Khun-roo-mai ? |
| 19 | No, I don't know | = Plao-Pom-mai-roo |
| 20 | How long? | = Yao-taorai? |
| 21 | It's too late | = Sai-goen-pai-lack |
| 22 | It's too early | = Chao-goen-pai-lack |
| 23 | It doesn't matter ! | = Mai-pen-rai! |
| 24 | Listen | = Fung si ! / Fung na ! |
| 25 | It is my fault | = Pom pid eng |



সলাম তোম্বা সি আই কলেজ, বিষ্ণুপুরদগী ভাইস-প্রিন্সিপাল ওইনা ২০০৩ গী জুন তাং ৩০ দা থবক্তগী পোখাবে। ইবগী লমদদি ক্লাস থ্রী তম্বদগী শৈবেং ইবা হৌবে। মাগী ইহান হানবা শৈবেং, 'ৱাখলগী ঈথক' ১৯৫৬ কী বিষ্ণুপুর হায স্কুলগী মেগাজিন্দা হাপখি। ১৯৭৫ দা শুমাঙ লীলাগী স্ক্রিপ্ট ৪ ইখি। ১৯৯৪ দা বিষ্ণুপুরদা মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মসা হাংদোক্লবা কনভেনর ওইখি। মাবু ফাউন্দর সেক্রেটরী ওইহনখি। ব্রাঞ্চ অসিগী সেক্রেটরি অনীরক, অদুগা প্রসিডেন্ট অনীরক ওইরম্লে। হৌজিক মহাক প্রোগ্রেসিভ রাইটর্স এসোসিএসন, মণিপুর চেপ্তরগী প্রসিডেন্ট ওইরি।

মশাগী লাইরিক ১৪ যোঙখ্রে। ইংরাজিদগী নোভেল অহুম, যুঙ্গাবারী লাইরিক অমা মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা ফোঙখ্রে। হৌজিকস্ত ইবা হন্দোকপা লেপত্রি। ১৯৪৬ কী মেগী তাং ১৪, লৈবাকপোকপদা পোকখিবা অইবসি সাহিত্যগীদমক কখোকপা অমগা লোযননা ঙসি হিংলি। মহাক ২০০৫ দা থোঙাম উধব সাহিত্য মনা অমসুং ২০১১ দা যাম্বেম মণি সাহিত্য মনা ফংখ্রে। অদুগা ২০১০ দনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ মেঘালযনা কাব্য ভূষণ উপাধি পীখ্রে।

